# পোম্বীখোক

চাইরেন থৈচংপুঙ

এমঃ প্রেমানন্দ




অফোঙবা :
এম: প্রেমানন্দ, ককচিং মোইবা থেম লৈকাই

ইং ১৯৯৯, এপ্রিল

মমল : লুপা ৫৫-০০



6

কপি মশিং : ৫০০

নমফম : পম্মৌ প্রেস, ককচিং বাজার - ৭৯৫১০৩ (মণিপুর)

# ৱাহৈ খরদং

ইয়াম্বা শ্রীমোইরাংথেম প্রেমানন্দ সিংহ মণিপুরগী অপাবশিংদা নৌহৌত্ৰবা অইবনি। মমাঙদা (১) ককচিংগী খরদং (২) শেঙ্গাও যাত্রা ১বা শৱক (মুক্লাগা মরী লৈনবা) (৩) শেঙ্গাও যাত্রা ২বা শৱক (মুক্লাগা মরী লৈনবা) (৪) শেঙ্গাও যাত্রা ৩বা শৱক (মুক্লাগা মরী লৈনবা) (৫) মৈত্রবাক্কী মুক্লা (৬) ঙমু পোরোম অমদি ঙারিন কৌবা লাইরিকশিং ফোঙখ্রে। এলহৌঙৈদগী ঐথোয়গী পুনশিগা শাগোম্নহুনা লাক্লবা থাঙ-তা, কাঙজেনচিংবা মুপা থোকপা মশান্নশিংগী মস্তুংদা অমা ওইরিবা মুক্লাগী মরমদা ইবীনবা অইবা মৈত্রবাক্তা য়াম্না তাঙই। শ্রী প্রেমানন্দ মুক্লাগী মরমদা খিজিনবা কনবা অইবনি।

হন্দক পুথোক্লক্লিবা 'পোম্বীথোক চাইরেন থৈচংপুঙ' কৌবা তোঙান তোঙানবা ৱারেং কয়ামুক্লা শাবা লাইরিক অসি পাজরে। লাইরিক অসিনা মোইরাংথেম প্রেমানন্দ কনানো হায়বা তাক্লি। লাইরিক অসিগী অহানবা অমস্তুং অকোনবা ৱারেংদা অহুঙৈগী ইপা ইপু লাইশিংগী পুনশি ৱারীশিং অমস্তুং মরী লৈনবা লম্মিং তুম্মিং কয়াগী মরমদা ইরি। অহুবু লাইরিক অসি মপুং ওইনদি ইয়াম্বা অইবসিনা মাগী মপান ফরিঙৈ সোসিয়েল ৱার্কর ওইরিঙৈগী শাংলবা মতম চহী কুনমাথোই/কুম্নিথোইরোমগী পুনশিদা হকথেং-নরকখিবা সমস্যা, ৱাথোক, থৌদোক, থৌরম, থৌরাং কয়াবু অমুক নীংশিংহুনা হুবা নীংশিং-লাইরিক্লি। লাইরিকসি পাক্লবদা পূক্লিংদা ইঙক ঙক্লা ইথং-থংবা অমা ফাওবগুম তৌখি মরমদি অমুক লুবা **Autobiography** অমবু অইবসিনা করম্না ইরুরিবা ? অমুক

চৎথ অহৌব সনা অমুক য়াম্বা থবক শংসিবু মাগী পুনশিদা করম্না হকথেংনরম্লিবা ? লাইরিক অসি ভাবনা শাতুনা ইবা উপন্যাস নত্তে। পুনশিগী ইতিহাসনি। হায়জিনবা য়াগদবা নত্তে মাঙদা লৈরিবা খুঙ্গাশিংনা চুমই চুমদে সাক্ষী ওইগদৌরিবনি।

ইয়াম্না প্রেমানন্দ ককচিংদা পোকপনি ! লাইরিক হৈ হায়বদি মাদে। অহুমশুবা ক্লাস ফোর পরীক্ষা পাস থক্তনি মাগী ক্লাস। অদুবু মহাক ওন্না কংগ্রেস টুপি উপথিবা মীওইনি। ককচিংগী লময়ানবা সমাজ সেবক পি, তোমচৌগী তুংইনবা মীনি। গান্ধীজীগী লুচিং মথাদা ভারত লীনবা থুংনা চথখিবা লোনরু-শম্নবা য়াদবা শেংদোকপা হায়বা আন্দোলনগা মরী লৈননা ককচিংদা থোকখিবা য়াইথিবী শেংদোকপগী রাখোকতা য়াওবা উথি। মনিপুরগী লুচিংবা এম. কোইরেংগা অমত্তা ওইনখি। গান্ধীজীগী খুঙ্গং শেমগৎপনচিংবা থৌরমশিংদা থবায় য়াওনা পাম্বা উথি। য়াওগনবা, ওইরুবা ফিভমদা পেনবা, অচাউরম থিদবা, অরাবগা নুংঙাইরগা থেন্নদবগুম তৌবা হায়বসি মাগী মহৌশা ওইনা উই।

হংনীংহু রাহং অমা—ঙসি মাগী লাইরিকসিদা থেংনরিবা প্রেমানন্দসিগী হৌরকফম, মরু কদায়দা লৈ ? লাইরিকসিগী প্রেমানন্দগা মথক্কী ওল্লিঙৈ মতমগী প্রেমানন্দগা চাংদা নত্রগা মখলদা কয়া য়াম্না কয়ি থেন্নৈ ? তশেংনা 'পোগ্নীথোক চাইরেল খৈচংফুড'গী প্রেমানন্দগী পুনশিদা মাগা তিন্ন-তোংনরকপা লময়ানবা সোসিয়েল রার্করশিং, লিডরশিং, মাগী রাজনিতি, অমদি গান্ধীজীগী খুঙ্গং শেমগংপনচিংবা থৌরমশিংগী মমি য়াম্না তাই হায়নিংই। সোসিয়েল রার্কর ওইবা হায়বসি মা-মাগী থাক্তা ওইনবনি। পূকচেল শেংবা অমদি ওইজবা থাদোকপা হায়বস্নিদি খুদিংমক্তা তঙায় ফত্তে। শ্রী প্রেমানন্দ মাগী ইচম চম্বা থাক অমদা ওইজবা, পূকচেল শেংবা, ওইজবা থাদোকপা সোসিয়েল রার্করনি। মহাক

পুরুচেল শেংবা, সোসিয়েল রার্কর অমগী পুনশিদা মতম শাংনা লেল্লম্মি হায়রম্বিদা চিংনম্নিঙাই লৈতে। কুকচিংদা পোকচরবস্ মাগী মরুওইরা থুঙ্গং শেমগৎপগী থবক্তি পোম্বীখোক, খোংয়াম, চাইরেন, নুংঙু, তাংজেংনচিংবদনি। মসিসু ফজবা অমনি। করি মরমগী ককচিংগী মপান্দা মাগী থবক তৌফম ওইরুরিবা হায়বগী মরমদি থঙদে। নুংঙু, চাইরেন, পোম্বীখোকা মাগী ইমুং মনুংগা করম্বা মরী লৈনবগী ওইরবনো? অমগীবু ওইরবসু অমগীবু ওইরবসু মহাক সোসিয়েল রার্করনি। সোসিয়েল রার্করদি হেক ওইবা য়াদে। অরা অনং কাউথোকপা সোসিয়েল রার্করনি। পোম্বীখোক অমসুং খোংয়ামদা স্কুল লৈত্রিবৈদা অঙাং ময়াম খোমজিন্দুনা লাইরিক তম্বী, এলঃ পিঃ স্কুল লিংখৎনবা প্রজাগা রারী শান্নে। উমং চৎতুনা উ য়াল্লি, চিফ মিনিষ্টর কোইরেংনা য়াবীত্নুনা স্কুল লিংখৎলি, হেদ পণ্ডিত ওই, তোলোব চাই। থরা লৈরগা ওঝা ওইবা তোকখোকই, রাংঙু গ্রাম সভাগী ভোট লেপই। তৌ-শীংনাং শীংমুৎকী মোংশোং কোকথোক্তুনা পোম্বীখোক খুল শেমগৎলি। য়ুমশীং হেনগৎনবা মী কোয়খোম খোমই। সমাজগী লুচিংবা ওইবা হায়বসি সমাজগা থুৎশম্নদুনা চৎমিন্নবগী রানি। খুলনা পোম্বীখোক এলঃ পিঃ স্কুল লিংবগী রারেপ লৌগনি, কমিটি শেমগনি প্রেমানন্দবু অশীন অরাঙ ওইহনগনি, প্রজানা চাইবেন্দগী তাংজেং তাবা সড়ক শেম্নবা ডিভলপমেন্ট কমিটি শেমগনি প্রেমানন্দবু সেক্রেটরি থল্লমগনি, শাগৎবা লৌ নিল্লবা ময়াম্নাখন্নগনি, প্রেমানন্দনা কোয়চেন চেনগনি। উমংগী জরি অমসুং পাৎকী টেক্সকী ওইরো, ঈচাউনা শোকপগীবু ওইরো, হুরান চিন্থি শাফনবা ডিফেন্স পার্টি শেম্বগীবু ওইরো প্রেমানন্দনা মাঙজিন থাগনি। করি করি সমস্যাদা করি করি থোদোক্তা কয়া য়াম্না মতম পৈস্না মাঙলমগনি, রারমগনি হায়বা ঙমদে।

ঙসি অইবসিগী মশাগী চহী ৭৫ শুরে। মপান ফরিবৈ মনিপুরদা শিক্ষাগী মঙালনা মায়কৈ শীন্দ্রিঙৈ কেগেনা উইনগী মহুৎ শীনবগুম্বা মাগী হৌথিবা পুনশিবু মুংশিহুনা ইজবা নীংশিং লাইরিক্নি।

লাইরিক অসি পারুবা মরী লৈনবা খুঙ্গাচাশিংনা শ্রী প্রেমানন্দগী মফমদা নৌহৌনা মুংশিগনি, থাগৎকনি, থাজৈ।

ককচিং

তাং ১৯/৪/৯৯ ইং।

য়েংখোম বিহারী

# অহৈবগী ৱারোল

ঐখোয়গী মৈতৈ লৈবাক (মণিপুর) অসি খুন অচৌবা অপিকপা কয়ামরুম্না পুল্লগা ওইবনি। খুনশিং অমু য়াম্না লিরবা, নৌরিবা কয়াসু য়াওরি। খুনশিং অমু কমদৌনা খুন্দাখিবা, কনানা হৌদোকখিবা, ৱারী-ৱাখোং কয়া মাগী মাগী লমদমগী মীওই কয়ানা থিগংনরি। অরিবা মতমদগী ইবীরথসু য়াওই। ইরমদবা লমদম কয়াসু নহারোলশিংনা থিগংনরক্লি। হৌজিক বিষেনপুর ডিষ্ট্রিক্কী মনুংদা লৈবা পোম্বীখোক হায়বা খুনফম অসি চাওরাক্না চহি ৫০ রোমতা ঙাইরি। মসিসু ইশিল্লমদনা থমন্নবদি হয়েং তুংদা নহারোলশিংনা থিগংনবদা ৱাখিগদ্রা খঞ্জত্তুনা ইজবনি। হৌজিক্কী পোম্বীখোক অসি অরিবা মতমদা চাইরেন থৈচঙপুং কৌরমই। চাইরেন নিংথৌ য়াওশুবাকপগী মতাইবেম্মা কোন্দেনুগী মতমদগী হৌজিক পোম্বীখোক হায়না থংনরে। লাইরিক অসি মীয়াম্না য়েংবদা মিংয়েং থরা থমহঞ্জনিংতুনা তৌজবনি। লাইরিক অসি মীয়ামগী খুত্তা থাদোকপা ঙমজবসি ঐগী লাইবক ফবনি। লাইবিক অসি পুথোক্লবা হোৎনবদা তেংবাংবীরকপা পুকচেল চাওরবা মীওইশিংবু মতম চুপ্পা কাওজরোই। পন্থৌ প্রেসকী প্রোপ্রাইটর অমদি ষ্টাপকী মীওইশিংবু পুন্সিগী লমন তোনশিঞ্জরে হায়না নিংজগনি।

এন: প্রেমানন্দ

# পোম্বীখোক চাইরেন
# খৈচংপুঙ

ঐখোয়গী লৈবাক মনিপুরগী মখা থংবা মাইকৈদা পোম্বীখোক হায়বা খুন মচা অমখক হৌজিক হৌজিক লৈ। খুঙ্গং অসি বীষ্ণুপুর সব দিভিজন, ইম্ফাল তুরেলগী নোংচুপ, অহল্লুপ পানা হায়না খঙৈ। হৌজিক্কী কুম্বী কনষ্টিটুএনসি কৌই, মমাংদা থাঙ্গ কুম্বী কনষ্টিটুএনসি কৌরম্মী। খুঙ্গং অসি হৌজিক য়ুম ৫০/৬০ রোম লৈরে। এল পি স্কুল অমদি জুনিয়ার স্কুল ফাওবা লৈরে। তনব চাবা সাকারগী কর্ম্মচারী ১৫ রোম লৈরে। মফম অসি চহি চা কয়াগী মমাংদা চাইরেনগী লম ওইনা হাংন লৈরম্মী। খুঙ্গং অসিগী ময়াইদা পুঙ অমা হৌজিক হৌজিকস্সু লৈবি। পুং অদু হৈয়িং পাম্বী ময়াম হৌরমই। অদুগুম্বা পুঙ অদুদা চাইরেন নিংথৌ য়াওশুরাকপগী মমোম কোন্দনু লৈরোন চনখি। চকপ চাইরেন্না হৈয়িংপু খৈচং কৌরম্মী হৈয়িং হৌবা পুঙদা মমোমনা পোম্বীনা মখোক লোইবগুম লৌইখি হায়দুনা পোম্বীখোক চাইরেন খৈচংপুঙ কৌরম্মী। মদুগী রারী মপুং মখাদা লাকনি।

ইং ১৯৪৯ দগী পোম্বীখোক হায়বা খুন অসি লৈখিবনি। ইশামক খুন অসিবু শেম্ব য়াওবা অমা ওইনা কৈদৌন পোম্বীখোক কৌখ্রিবনো কমদোনা নিংথৌতা চৌং হায়খ্রিবনো হায়ব মরম অসি খঙনিংই। কনাদা হংলগা খঙগাদগে খন্দুনা ঐনা মীওই খর উনজে। মীওইশিং অদুদি লুড খুনগী পণ্ডিত লাইশ্রম তেলচৌ, মতম অদুগী চাইরেন নিংথৌ নাওরেম খোংজোম, চাইরেন খুনগী য়ু পানবা নাওরেম ফাইবোক, নহা ওইনা পুয়া কয়া পারবা থিবা কনবা লাইশ্রম পঙ্কম্মী পণ্ডিত হায়রিবা মীওইশিং অম্সিদা হংজরুবদা তাকপীরকপা অদু মরী, ওইনা মথাদা ইভরি।

মতম কয়াগী মমাঙদা কংলৈ মৈতৈ লৈবাক অসি লমতুপ লমতুপ খায়দুনা পান্নরম্মী। মতুদি হাংকপ চৌংশাং খেন্দে চাইরেন, মৈতৈ, লুয়াং, খুমন, মোইরাং, হৈরেম খুঙ্গান অনিচিংবনি। লমতুপশিং অদু ঐনা হেল্লি, ঐনা হেল্লি মতাগুম লৈবাক ভারুরম্মী। লমতুপ লমতুপশিং অদু অমগা অমগা লান্বা তৌনদুনা লান শোরুরম্মী। মতম অদুদা চাইরেন হায়বা নিংথৌ পানবা খুঙ্গং অদু কুম্বী মনিং হৈয়াইপোকপীদ লৈরম্মী। মখুম কেগে মোইরাংনা হৌজিক লৈরিবা মফম অসিদা খুন্দাববা মতমনি। নোংম অহিং অমা মোইরাং লৈবাক্তা অঙকপা শব্দ অমা, অহি তাংলৌ খেঙলবদ থোকখি। নোংঙাল্লগা য়েংবদা য়েংকী লমদাং ওইবা অঙাং নারা অমা লৈরম্মী। অঙাং অদুগী মপা মমা থোরক্তুবদা মোইরাং নিংথৌনা ঐগী ইচা লৈজদে ঐহাক য়োল্লগে হায়দুনা লৌথি। কেগে মোইরাংদা পানখিবা নিংথৌশিং অসি, মোইরাং শায়োন ৭ কী মনুংদা অয়াম্বা মচা ধারা পান্দবনা য়ামথি। মোইরাং নিংথৌনা য়োকখিবা অঙাং অদু মবুধৌ থাংজিঙনা পীবনি। অহিং তাংলৌ অথেঙবদা পীরগা নোং ঙানবদা ফঙই হায়বগী

অঙাংগী কোলোয় মিঙথোনবদা ঙানবা তাংলৌখোম্বা হায়না কৌথি। ঙানবা তাংলৌখোম্বনা চাওরকলবা মতমদা মপাবুং মোইরাং নিংথৌনা, চাইরেন নিংথৌ য়াওফুবাকপগী মমোম হৈয়াইমুবু হায়ন শিংনহুনা থাজখি। ঙানবা তাংলৌখোম্বদি য়ারৌ শা তানবা চংখিবদা য়াঙ্গোই কারোংদা খুমন নিংথৌ মমোম শংলৌরেম্বীগা উনহুনা হৈরাং লোনচংন তাওজিঙ লোনহাইনহুনা মোইরাং মুমদা হল্লক্লে। চাইরেন নিংথৌ মমোম হৈয়াইমু চাইরেন মপামদা হল্লকুনা মপন পম্থৌ, মতোন য়াওশুরাকপদা পাওদমজখি। য়াওশুরাকপা চাইরেং নিথৌ য়াওফুরাকপগী পোকচিন্নবা পাঙ্গল চাওবা থৌনা লৈবা মনাওনি। মনাওগী মপান্দগী য়াওফুরাকপনা নিংথৌ ওইজবনি। য়াওশুরাকপা শাওহুনা করিগী মানা থাজ য়োঙ্গবগী মতমদা পামই পামদে হায়হৌদব, অহুগা মানা খুমন নিংথৌ মমোম শংলৌরেম্বীগা হৈরাং লোনচংনহুনা ইমোমবু হন্না য়েংদবা কৈ মথন্নাই লৌগে থংগনি থম্মোই রাখন্না লমজিংহুনা য়াওশুরাকপা চংখ্রে। মোইরাংগী মমাংদা লৈবা চীং অমদা কাখ্রে। নোং ঙাল্লমদাইদা চীং অহুগী মথক্তা থৌথেগ্রগা তা হুনখি; ঐনা ঙসি হুল্লিবা তা অসি থাংজিঙ লাইগী লাইশুমাংদা তারবদি ঐনা নীঙবা খুংগনি থঙগে। য়াওশুরাকপনা থৌথেন্বা চীং অহু ঙসি ফাওবা য়াওশুরাকপা থৌথেম চীং হায়না কৌনরি। নোংঙাল্লকপদা তাগী থোঙ্গুল লিরকপদা থাংজিঙলাই শুমাংদা মুংহুনা লৈরমলে। ঐনা নীঙবা খুংগনি খন্দুনা চংখিবদা য়াঙ্গোই কারোংদা ঙানবা তাংলৌখোম্বা থেংনহুনা মকু মমাক হুয়েন লান থেংনবদা য়াওশুরাকপনা ঙমহুনা তাংলৌখোম্বগী মঙক কক্লুনা পুরকখি।

ময়াম্বুঙ য়াওফুরাকপদা লুখা থাবিমু হায়জরুবদা ময়াম্বনা খুমখি। ইশানৌ ইবুংঙো অঙাং অহু লুখা থাবা য়াদে থাংজিঙ

লাইগী শায়োল্লি মাবু ইরাং থৌনিসি হায়তুনা ইরাং থৌনিজখি। চকপ হৈয়াইনুঙ্গু মথংলেন লৈত্রবদা কৈদৌরুনি হয়েংমুক্কী মপোক্তা য়াইথুংলুরগে নীঙজুনা কোরৌ নোঙ্গাখ্রে। থর লৈরগা মপাইবুঙো য়াওফুরাকপশু কোরৌ নোঙ্গাখ্রে। চাইরেন নিংথৌ য়াওফুরাকপা লৈত্ররদা মনাও ইবুংঙো মথং থনবা য়াওশুরাকপনা নিংথৌ ওইরে।

য়াওশুরাকপনা চাইরেন নিংথৌ ওইবা মতম অসি চাইরেন য়ুমশীঙনদি য়ামলকপা লননা পিকপনা খুন তোংশি হায়না থন্নরে। মখা পাংনা চংতুনা ঙাকৌ চীংদ মতম খরা লৈরম্মী। মতুদশু চন্দবদগী লাই শাখি থরা হায়না ইপা ইপুনা চংনরম্বা নাওপুরবী ওক থাদোকতুনা চাপোকফম য়েংসি থন্নরে। নাওপুরবী ওক থাদোকখ্রে, য়াওশুরাকপা নিংথৌনা ওক্কী তুং ইনবা মনাই খুঞ্জা থাদোকখি। ওক অহুনা চংখিবদা মকুম মথা শুরহুনা ওক মচা পোকখ্রে।

ওক মচা পোক্লে হায়বা খঙবদগী মকম অহুদা খুন্দাখ্রে। ওক্তা মচা পোকফম অহুদা চকপ চাইরেন্না নিংজবা পাম্থোইবী লাইগী লাইকোন ওইখি। ওকনাও মচা ময়াম অহু নুঙ ওন্দুনা হৌজিক ফাওবা লৈরি। মীশিঙ য়ামলকপগী মতুং-ইন্না তুরেল অচৌবগী নোংপোক নোংচুপ তুরেল কাকুপ খুন্দাখি।

মতম থাগী তুংদা মাংলমচংকী মতৌশুম মোইরাং লৈবাক্তা থাংজিঙ লাইকোন্দা অঙাং নারা য়েংকী লমদাং ওইবা অমা লৈরমলে মতুমশু মপু মোইরাং নিংথৌনা য়োকচখ্রে। নোং ঙানবদা ফংই হায়তুনা অঙা গী কোলোই ঙাঙোই হোংবা হায়না মিংথোল্লে। মপু মোইরাং নিংথৌ সনা শঙ্গাইদা মচাইবুংঙো ঙাঙোই হোংবা চাওনবা য়োকখ্রে। ময়ুম চাইরেন লমদমদগু য়াওশুরাকপা য়াওশুরাকপী অনিগী মমোম অমা ফংজরে। মমোম চাওরগা মনীঙ মথা তৌনা কোন্না লৈজনবা কোলোই কোন্দেনু হায়না

খোল্লে। মতম অদুগী চংনরম্বা নিংথৌশিংগী মচা নিপা ওইরগনা লাঙ্গোই শগোল তোংদুনা য়ারৌ শা তানবা চংনৈ। মুপী ওইরগনা ইন চী বা লোং খোনবা চংনরম্মী। অদুবা য়াওশুরাকপা নিংথৌনা মচা নুপীনা মথোক কারক্লবা মতমদা ইন চিংননবা লোং খোন্নবা পাং মচা অমা থমই। পাং অদু মচাগী মমিং লৌহুনা কোন্দে পাং হায়না কৌই।

অমরোমদা মোইরাং নিংথৌগী মচা ইবুংঙো ঙাঙোই হো বা শকনে চুনে লাইগী লাইপোক অমা ওইবগী চিংথবা অমতা লৈতে। নিংথৌ মচা অম ওইবগী শেংথোক চাখোক্লকপদা পকইবা লাঙ্গোই শগোল তোংদুনা খুজু খুৎলাই পায়রগা চীংয়া তময়া কোয়না য়ারৌ শা তানবা চংলকপদা নোংচুপ মাইকৈদা তোর্বং য়ৌরে। নোংম নোংমগী মাইকৈ শিনবনা থুগা তুরেল লান্দুনা মথা পাংনা দামগী চীংশা হাওতক চীংগোন্নচিংবা শাথিরম্মী। নোংম নোংমগী মফম হোংলকপনা শগাং লুথুম্বী চীংয়া তময়া চংলকপনা চাইরেনগী লম পাইখংলকলে।

চাইরেন নিংথৌগী মজা ইবেম্মা কোন্দেনুশু শারেপ ফারকপগী হৌনবী শক্ত চুদ শাওং শাথেক্তা মীওইনা পোকপগী অরাংপা অমতা লৈত্তবমথৈ ফজবদা শিংথানরে। চাইরেন পাখংদি লাইরজুনা মতারোই মমান্নবীশিংনা মুরা মাগী নাক্তগী হেন্দোকনিংখিদ্রে। কোরৌ নুমিৎ খুদিংগী মশুং মমান্নগী কম্রাগা মুরা অউনপাং কোন্দেদা ইন চিংবা লোং খোন্দুনা ঙা ফারকই। কোন্দে পাংকী ঈশিং চিথফম তুরেল অচৌবগী তোবর্বান্দা পন্থৌ মপানা খাংপোক অমা থনবী। খাংপোক অদু নোংচুপ মাইকৈ খাজিল্লি মাইকৈ অহুম হাংহল্লি। মুংথিল মুংশা শারবা মতমদা খাংপোক অদুদা নুংশা খাংই মমুম ময়ুমদগী পুরকপা তরা চয়োম চামিন্নে। অম্মুম তৌনা কোরৌ নুমিৎ খুদিংগী কোন্দে পাংতা লোং খোনবা

কোন্দে খোংজিন্দা ইন চিংবা লেপ্লক্তে। খোয়ুম নোংদম্না হুরা পাখং অনি শকথং মাইখংনৌ তমলম্বা মাল্লি।

কোরৌ হুমিং অমদি মোইরাং নিংথৌ মচা ঙাঙোই হোংবা তরা চানঙন চাহুনা মখা পাংনা, চীংয়া তময়াদা য়ারৌ শা তাল্লকপদা, হুরানা লৈবা মাইকৈ শন্দংপন য়ৌরক্লে। “শন্দংপন, কোন্দে পাংকা তাইনবা চীং মচা দামপী চীংশানি। ঙাঙোই হোংবনা চীংয়া উরুম অহুদা ঙাইহাক পোৎথাহুনা লৈ। মহাক্না য়েংথিবদা তুরেল অচৌবগী ঈশিং অচেনবা উরকই। লাইজ ইখৌ লাংলক্তুনা ঈশিং থক্কে নিংলকই। পাংকী ঈফম থকপবুদি অচেনবা তুরেল লাইজ থকপনা ফে খন্দুনা তুরেল তমনা কুয়কই। নারক মোংশোং ওইবনা কোন্দে খোংজিন্দা মী লৈ হায়বদি খংদে তুরেন্দ কুমহুনা ঈশিং থক্তুনা অরাম খৌরাং কোক্লবদা পাখং মানা নোংচুপ পাংনা য়েংথিবদা হুরা ওইবী খবা ইন চিংবহু উরুরে। ময়াম অহুগী মরক্তা চেংলৌ হেনবী অমা য়াওবহু য়েংথিবদা হুরা মাশু য়েংলকপদা মিংচি অনি অহু মিংচানরুরে। অনি অহু মিংফম হোংদোক্লবা ঙম্নদহুনা ঙাইহাক মিংচি অনিহু মিংচানহুনা লৈনখ্রে। ঙাঙোই হোংবনা খল্লি ফজখ্রেদা অচম্বা মচাদি ওইরমলোই। ঐগী হৌথিবা পুন্সি থর অসিদা অমুক নিংথিবী অমতম্ব উথিজ্রি। মরি মখোংদি খংথিবনা চুমই থন্দুনা খোংথাং থরা থাংজিন্দুনা, “ইবেম্মগী অশেংবা শক তাকপীবা য়াগদ্রা”? “হুরা মাগী য়াথলম্ব নিংথৌ মচাদগী খোইনা তাদে”। হুরানা য়াগনি অশেংবা হায়জগে “ঐহাক চাইরেন নিংথৌ য়াওশুরাকপগী মমোমনি ইমিংনা কোন্দেনু কৌজে”। নচলগীম্ব তাকচরবনিনা পাখংগী অমুক্তা তাকপীরম্মু। “ইবেম্মা ঐহাক মোইরাং নিংথৌগী মপারিনী ইমিংনা ঙাঙোই হোংবা কৌই। নিংথৌ মচা ঐখোয়গী হৌনবা চীংয়া

তময়াদা য়ারৌ শাত্তানবা লাকপদগী মফম অসি য়ৌজরকপনি"। "নচল ওইবী ঐথোয়স্থু পম্বৌ ইপানা পীরীবা পাং অসিদা ইনজিং লোংথোন তৌজবনি কোরৌ মুমিং খুদিংগী তরা চাকওন চারগা পাং অসিদা লৈজে"। ঙাঙোই হোংবনা হায়রকই মুরাগী নাক্তা মতম শাংনা লৈনিংই অদুবু ইমুম লমদম তাম্বনা ঙসিদি তাংলৌ লৈথথ্রে মোংবা শংলেন য়ৌরগে হয়েং চয়োম পুদুনা লাকচগে চামিন্নসি"। ব্রাহৈ থরা হায়নরগা নিংথৌ মচা লাঙ্গোই তোংদু।। ময়ুম মোইরাং পাংথ্রে। লাঙ্গোই তোংনা লাকপনা হোংবগী রাথল লৈতাবা রাজথ্রে। নুংখিলগী থৌদোক অদু মঙ ওইরমদ্রবদি ফগনি খল্লি। চংন চংন মাংদা উত্থনতা লৈথ্রে।

কোন্দে পাংকী লমদমদস্থু মুরা কোন্দেনু থমোই হামচৎ হান্বোইনথ্রে। তাংলৌ থেংলদুনা মতারোই মথৈগা চাইরেন ময়ুম পাংনরে। নুংখিল উখিবা শকফম অদু মাংদা উত্থনতা লৈথ্রে। অস্থুন্না অহিং অদু হৌখিবা খংহৌদে। নোংঙাল্লে নুরা চেংহি শম্বাল লাংদুনা তবা মথেল হোংনথ্রে। মোইরাং নিংথৌ মচানা চয়োম পুদুনা লাক্কে চামিন্নশি হায়বা অদু কাওদে।

হৌখিবা মুমিং কয়াদগী নুমিৎদুনা থর ওন্না হোংনজৈ। তরা চয়োম নিংথিনা য়োমদুনা মতারোই মমান্নবী হৌনদুনা কোন্দে পাংতা লাকচখি। কোন্দে পাংতু মহৌশাদগী হেন্না ফজবগুম উজখি। কোন্দে পাং অচৌবা পাং নত্তে অদুবু মশাগী ফজবা মওং অমদি ওই। নোংচুপ থংবদা দামপী চীংশাগী লোকনুং অমদগী ইপান থাদা ঈশিং ততনা চেম্থরকই। মথা থংবা চীংগা তাইনবা, শরুক্ত থম্না থম্বালনা ফজনা লৈতেংলবা লৌ পরিমুক চাওবা মফম অমা লৈ। ঈশিং ঈমাই মথক্তা থম্না থেঙ্গোং থম্বালনা ঙাংনা ঙৌনা শাংপদো পুক্লিং হুনবা মশক্লি। পাংকী ঈশিংনা তুরেল অচৌবদা চেম্থরিবা অদুবু কোন্দে থোংজিন হায়না

থংনৈ। অছুগুম্বা মফম অতুদা নুরানা মমান্নবীশিংগা ইন পরেং থাবা হৌখ্রে।

কেগে মোইরাং লৈবাক্তা নিংথৌগী মজা ইবুংঙো ঙাঙোই হোংবা হায়নখিবা মতুং ইন্না তরা চাকঙন চাহুনা চয়োম য়োমজরে। থৌরাং পুম্বা লোইরহুনা লাঙ্গোই শগোল তোংহুনা খ্বা পাংনা থৌরক্লে। নুমিৎ কোকতোন হায়থরক্লবা মতমদা মোইরাং হোংবা থুংজররে। পন্থৌ য়াওশুরাকপনা শাবীবা খাংপোক অতুদা চংহুনা পাখং হোংবগা কোন্দেনু মমান্নী কয়াগা তরা চয়োম চামন্ন ব্বারী রাতাই কয়া শান্নজে। লৈমিন্নরিবশিংহুগী মনুংদা ন্নুরা কোন্দেনুগীদি খোংজোম য়াওই পাখং হো বগীদি য়াওদে। অছুম ওইনমক লৌশিং শিংবী কোন্দেনুগী মমান্নবীশিংনা এদি ইবুংগী মিচং ওইগনি হায়হুনা ময়াম নোকমিন্নৈ। অসুম তৌনা কোরৌ শিংবুম কয়া নুমিৎ খুদিং লাক্তুনা কোন্দে পাংতা নুংশি ব্বারী শান্নজে। নোংম নোংমগী অনিগী নুংশি লিপুন হেল্লকখি। লৌসি লৈনসি ব্বাশক্নে শিবদা হৈনা তুং ইন্নসি ব্বারেপনৈ;

অস্নুম্না পাখং, নুরাশিং নুংখিল তরা চয়োম চামিন্নবা অসি কোরৌ মশিং কয়া হৌখ্রে। কোরৌ নুমিৎ অমদি পাখং নুবাশিংনা চয়োম চাবা লোয়রকপা মতম নুংশি ব্বারী শান্নরিঙৈদা য়াম্না নক্লা শজি অমা ঈশিং থকপা উরে। শজিগী ফজবা মওং মতৌহু উবদা নুরাগী পুক্লিং খোয়দারুরমাল্লে মশাবী য়েংহুনা হায়জরকই। ইশাবী ইবুংঙো থংলেন পাম্মুবা নংবু মীন হায়নৈ মোইরাং নিংথৌগী মজা ইবুংঙো ঙাঙোই হোংবদি শারম থংবা শাফা রাঙম তানবনি। অহুনা মাংদা উরিবা শজি অসি নচলনা খোইদানা নুংশিজৈ। শজি অসি ফারগা নচলনা মকোন শাহুনা থমজনিংই। পন্থৌ মশেন হায়নহুনা নচলনা থংলেন নাক্তা লাকচবদা শজি অসি পুজরক্লে। শাফা হৈবা নুংশিবা শজি

অসি ফাবিম্মু। থাগৎপদা হরাওদবা মী তাইবংদা পোক্তি হায়বা য়াই। কোন্দেনু চাইরেন নিংথৌ য়াওশুরাকপগী অমতা ডাইবী মমোমনি। চাইরেন নিংথৌ য়াওশুরাকপস্মু মথৌনা মরৌশিং লৈবা মাগী পাম্মেম্মা ময়াম্বা য়াওফুরাকপনা নিংথৌ ওইনা হিক্ক হাইনা পাললহনখিবনি। হৌজিক হৌজিক মোইরাংগী মমাংদা য়াওশুরাকপা খৌথেম চৌঙ হায়বা অমা লৈরিবা অসি য়াওশুরাকপনা মথং থনবা ওইরিডেদা ময়াম্বনা পোকপী হৈয়াইনুগী লমন খুমগে হায়ডুনা তাগী চাংয়েং তৌনবা য়াওশুরাকপনা তা হুল্লমদাইদা খৌথেমথি হায়ডুনা ওসি ফাওবা য়াওশুরাকপা খৌথেম চীং হায়না লৈরিবা অনিনি।

অতুগুম্বা য়াওশুরাকপগী অমতা পোকপী মমোম মপুনা শেম্বদা অমংক য়াওরবদি ওকে হায়বা শকলোন অতু মকম খুদিংগুনা অমতা রাত্তুনা য়াওরবী নুরা কোন্দেনুনি। মোইরাং ডাংডোই হোংবস্মু থাংজিঙ লাইনা শেম্বা লাইওইবা মীনি। মশানৌ রাহৈ পাও তারগা পাখং হেংবা ফাগে হায়না হোয়াজৈ। মশানৌ নাক্কগী হৌগৎলগা হোংবা নাকোইননা চংতুনা শজি ফাগে খৌরাংলে। মীনা শিনবনা অমা লাইনা তম্বনা অমা শাফা হৈবা হোংবনা শজি ফাগে তৌবদা কংফানলোমদা কারবদি ঐবু শোয়দনা ফাগ্রনি খন্দুনা শজিডু লাইজ ঈপাক্কা চোংথডুনা ঈরাংমা লাম্থোকখ্রে। ডাংডোই হোংবা নিংথৌ মচাগু ইকাই নুংশি য়ান্নুনা ডমগে ফাগে মতাগুম তিমেন খুংতা পায়ডুনা ঈশিং ঈরানখ্রে। শজি নমডুনা ফাগে হায়না তান্নরকপনা চীঙয়া তময়া অশোংবা মফম কয়াদা লৈশিন্নে শাবম থংবা হোংবনা শারোৎফম কয়া নৈথাইরকপদা য়ারৌ থাংবা ডমদডুনা মথা পাংনা চেন্থখ্রে। কোরৌ নুংথিলচুপ্পা তান্নবদা হোংবা রারে। মশানৌ মাংদা চংনা ফাগে য়াখিবনি অতুবু তাংলৌদি লৈথরক্কবনিনা ফাদবদি য়াদ্রে শিনা ওইরবস্মু ফাগে থল্লক্লে।

শজিনা, ঈরেন অমগী খোংবান চাকরাইশাবী মরক্তা চংখ্রে। হোংবা তিমেন খুৎশু পাইহুনা শজি তম্মা লংখ্রে। হোংবনা পাইবা তা অসি থাংজ ৭ না তিন্দুনা শাবা হুনগ্নবদা পান্দবা লৈত্রবা তিমেন তানি। শজি অহুসু অচম্বা ওইরমদ্রে চীংঙু লাইনা শায়োন্দুনা মাইকৈ অহু কোনবা শজি ওইরমহুনা তা পানখিদ্রে। তুরেল ঈরেন অচৌবা ঈরাংম লান্না চেনখ্রে। অশাওবা মু ঙাইতবা অমা য়াওনা ঙাঙোই হোংব তা খুল্লমদ্রে। ঈরাংম লান্না য়ারৌ শজি তান্নখ্রে "শজিনা লানখিবা ঈরেন অহু ঙসি ফাওবা চাকরাইশাবী মরক্তা তা তাখি হায়হুনা চাকরাইতা ঈরেন হায়না কৌনরি" শজি অহু অমুক হন্না চীংয়া তময়া চেনখিবনা ঙসাই অঙনবদা শজিনা ঈশিং থকফম অহুগা থংননা লৈরা ঈরেন অমা লৈবগী চীংজিন অমনা কাথংলগা লাইজ ঈরেন য়েংহুনা লৈখ্রে। শজিনসু খল্লি ঙসি ঐবু তান্নরিবা মী অসি অচম্বা মীদি ওইররোই। মাগী মথুন্তো ঐগী থরাই থাবদি লাইরমলেন্না ঐবু মুংনগনি অহুনদি তান্নরকলিবা মানা থুংলবগা ঐহাক লাইজ ঈরেন্দা চোংথহুনা লাইরমলেন্দা চৎখ্রগে থন্দুনা লৈখি। ঙাঙোই হোংবা নিংথৌ মচাসু অশাও মৈরি য়াওনা নুংশি মাংদা চাং তানিংদহুনা থাংলেন খুৎসু পাইনা শাথোঙ লিরকই। য়ারৌ শজিগা হোংবা নিংথৌ মচাগা তুংথ মাংথ তান্নরকপ অহু কোন্দে খোংজিন্দ ইন চিংলিবী কোন্দেনু উবা ফংই। নিংথৌ মচানা কোন্দে খোংজিন তম্মা মশানৌ চেংলৌ য়েংলিডৈ য়ারৌ শজি অহু তুরেল ঈরেন অচৌবদা চোংথখ্রে। শজিনা ঈরেন্দা চোংথখিবদা নিংথৌ মচাসু থাংলেন চেংনা পাইহুনা ঈরেন্দুদা চোংথখ্রে। খোয়ুম লাংওনঙাক্ত ওইরম্লে, শজি অমদি নিংথৌ মচা ইপাল্লাংদা ফাওরক্তে। মথংলেন্না ইফাওরক্তবদা কোরৌ নুমিৎনদি থেংলবদা কোন্দেনু পাইম রাখল তৌরকই। ঐগী পুন্সিদা অমতা ঙাইরে খঞ্জবা থংলেন মানা ইফাওরক্ত বদা ঐনা তাইবংদা হিংবগী করি কান্নগনি।

পামু হৈনা তুংইনগে হায়বা অরেপ্পা ব্বাথল ওইখ্রে। য়েংবা য়াবা মতম কয়া য়েংলবদা তাংলৌ খেংজিল্লক্রে। কোন্দেম্মু মরুপ মপিজা কনা তাক্লমদনা কোন্দে খোংজিন নুরাগী ইন চিংকমদগী তুরেল লাইজদা চোংথখ্রে। মরুপ মপিজাশিংনা খাম্বম্মু নংহৌব্রে রাংলেন পুংজা খর য়েংলগা উপাই নৈতহুনা চাইরেন খুন্দা চংতুনা মপা ইবুংঙো য়াওশুরাকপদা পাওদমজক্লরে। য়াওশুরাকপা নিংথৌ ইচা মাংলে হায়হুনা চাইরেন পুংজাও য়ৈহুনা প্রজা মীয়াম কৌখংলে। চাইরেন প্রজা মীয়ামহু কোন্দে খোংজিন্দা লোইন তিল্লে। ইরুপ্পা হৈবা মীওই কয়া খন্দুনা তুরেল থুংনা ইরুপ্তুনা মমোম কোন্দেন্ খিজখি। উচান মৈরা চাওনা চমহুনা নুমিত্তুগী অহিংহু ইরুপ্তুনা থিনবদা মমোম কোন্দে ফংখিব্রে। অম্মুম তৌনা অহিং অনি নুংখিল্ল অনি খিবদা কোন্দেনগী অশিবা মশা ফংখিব্রে।

হুমনি শুপা নুমিংনি তোরৈ অমা চংথরগা তুবেন্দা তুখিবা তেরা উরাং উশা অমদা কোন্দেনগী অশিবা হকচাং পন্দুনা লৈরম্বা থেংনখি। কোন্দেন্ মশা পল্লম্বা মফম, মশা লৌথংলগা মচুম কংনবা থনখিবা মফমহু ঙসি ফাওবা শাগংবা হায়না খংনরি। মতম অহুদা চংনরম্বা খুনগী মীওই অমা লয়ক্কা শিখিবা তারবদি মখুন্দা লৈবা মংলেন্দা তিনবা য়াদে লমলক্কা মথৌ মঙম তৌবা চংনৈ। চাইরেন নিংথৌ মানা পোকচবী ওইরবম্মু মচানগী মখুন মংলেন্দা পুশিনখিদে। চাইরেন মাগী লম ওইবা শাগংবগী তুরেল রাংমদা লাম্হোক্তুনা মমোমগী অশিবা হকচাংহু লৈরোন চনবগী থবক থোরম পাংথোকখি। মমোম ইবেম্মা কোন্দেন্ মীপুম খুদিংনা ফজে, তুংশি হায়না শোন্নরম্বা মচানা, অরোইবা য়াহিপ তানখিবা অহুদা খম্মোই শোক্লা তেংথাখি। হাঃ ইমোম ইবেম্মা নংনা মনুং মতম চাদনা পোম্বীনা মংখোক লোইহনা কেনবগুম কেনখিবদি কল্লকইদা হায়না কপখি। অহু নোংদগী লমদম অহুবু পোম্বীখোক হায়না খংনরি।

নুরাগী মং ওইখিবা মফমদু হম্লিৎ পাম্বী হৌই। চাইরেন্না হয়িংপু থৈচং কৌই। নুরাগী মংফম অতোংবা অদুদু পোম্বীখোক থৈচংপুং হায়না কৌখি।

মথক্কী রারী অসি অহনশিংনা তাকপিবদা মোইরাংগী শায়োন তরেৎ খোকত্রিউঙেগী মমাং ওইনা তাকপি। অদুনদি পোম্বীখোক অসি চহি চা কয়াদগী লৈবক্তা মিংথোননি। কংলৈপাক্তা লমতুপ নাইন খুন্দারম্বদগী নোংদা লাইরেল পাখংবগী ধারনা লৈঙাক অমতগী মথাদা থমদুনা অপুনবা মৈতৈ লৈবাক ওইখি। মৈতৈনা লৈঙাক অমগী মথাদা লৈরবা মতমদা কুম অমা মৈদিঙু চরাইলোংবনা রাকয়ৈ হিজাও তোংলগা তুরেল অচৌবগী মরিন ইন্দুনা থা মাইকৈ য়েংবা লেংখি। চাইরেন নিংথৌ পানবা খুনফমনি, খোংফম অদুদা চাইরেন খুনগী নিংথৌ উনরগা লৈঙাক রারী শান্নদুনা শুগু য়োনা চৎমিন্নে। নিংথৌ তা ঈরেন য়োরমদাইদা চাইরেন নিংথৌনা হায়জ্জে। ইনিংথৌ মাংদা উরিবা ইরেন অসি নিংথৌতা ঈরেন কৌই। মফম অসিদা পাখংবগী ধার কাংলুপ নিংথৌ সনা ঈ ওইবশিংনা রাকয়ৈ হি তোংলগা চৎহৈদে হায়নৈ। হিরেন অসি ননাইশিংদা চংহনখ্রগা মতেক খন্না সনা খোংনা লেংবিসি। চীং মচা অসি লানথোক্লগা অমুক রাকয়ৈ হি তোংবীসি। হি চৎহনখ্রে মৈদিঙু চরাইলোংবা চাইরেন নিংথৌ য়াওনা মনাইশিং কয়া নিংথৌতা চীং লানখি। নিংথৌতা চীংদগী য়েংবদা মাংদা উরিবা লমদম, তুরেন্না চীংখোং অমদগী চীংখোংঅমা ফাওবা কোইশিনবা তোর্বান অকোইবদা তেরা, থান উজাওনা পংতি পংতি হৌবা মথা থংবদা পিকতক্লা পাং মচা অমা লৈবা লমম্নুংশি অদু উবদা চাইরেন নিংথৌদা মফম অসি মমিং করি কৌবনো হংবিখি।

চাইরেন নিংথৌনা লম অতুবু পোম্বীখোক থৈচংপুন্ড কৌখিবগী য়ারী লিজখিনি কোন্দেন্নুগী অশিবা হকচাং মংলেন্দা পুশিনবা য়াদতুনা মফম অতু থৈতুনা মথৌ মওম তৌখিবা য়ারী কয়া তারবা মতমদা মৈদিঙ চরাইরোংবনা লমনুংশি অসি থ্রহাক মমিং অমা থোল্লমগে হায়তুনা লমদম অতুবু লয়াই পোম্বীখোক চাইরেন থৈচংপুন্ড হায়না থোনখিবগী য়ারী লৈখি।

মথং অমনা শকাব্দ ১৮১৩ দগী ১৮৬৩ ফাওবা নরসিংহ মহারাজগী ধার মৈদিঙ শ্রীযুৎ চূড়াচান্দনা নিংথৌ ওইতুনা পানখি। গুগ্ন খুনগী মথাদা ইম্ফাল তুরেল মারিন্দা নুংথোং কৌবা মফম অমা লৈ। মফম অসি মৈতৈ নিংথৌ কয়াগী হাক্তগী য়েংকী পৌরোন অমমম শিন্দুনা লোন্নরম্মী। শ্রীযুৎ চূড়াচান্দ মহারাজগীসু মথৌদাং য়েংকী পৌরোন লোনবা চংপদা য়াকয়ৈ হি তোংতুনা তুরেল অচৌবদা লেঙই। থোঙফম ততুনা নুংঙ খুনগী হঞ্জবা য়াওনা নিংথৌতা ঈরেন মথক্তা হি থাংলগা সনা খোংনা নিংথৌতা চৌঙ লানখি। মনাইশিংদা হি অতু ঈরেনগী মথাদা থাংহনখি। শ্রীযুংনা নিংথৌতা চৌঙ লানবদা দোলাইথাবী চীংথক্তগী য়েংখিবদা পোম্বীখোক লমগী ফজবশিং অতু মিংয়েং তারকই। তুরেন্না নোংপোক পাংনা চেল্লগা থা পাংনা হাইথরিবা, অমুক নোংচুপ তম্নকপা থা থংবা তুরেল নক্লা পাং মচা অমা লৈবা তোবর্বান খুদিংদা তেরা উজাও থান পাম্বী উজাওনা পরেং শানা হৌবা পুন্নমক অতু য়েংবদা শ্রীযুৎ পুক্নিং শোইদারুরে। শ্রীযুংনা তাকপিরকই হৌজিক্তি মৈতৈগী লৈঙাক মপু ঐনা ওইরবনি। অতুগা নিংথৌতা চীং অসিসু দামপী চীঙগা শমুদে অতুনা মসি ঐগী লনাই উয়োক ওইরনি। ঐনা হয়েং কোম্নুং য়োরগা উচান পাম্বী চান্ন থরা পুবা মী থারক্তনি নুংঙ হঞ্জবা নংনা লুচিংতুনা উচান থাও? উচান পাম্বী অতু চাওতুনা শিজিন্নবা য়ারবা মতমদা মীয়ামগী ওইবা থবক্তা শিজিন্নৌ তাকপিরম্মী।

পাং মচা অসিনা খুল্লোম্নবা নুংঙু, তাংজেং অনিনা ভানৈত্নুনা চানিন্নৌ হায়না সনা য়াথং তাকপিরম্মী। শ্রীযুৎকী য়াথং কাইদনা নিংথৌতা চীঙদা উচান থাখি। চহি ১০ গী মতুংদা উচানশিং অদু চাওরক্তুনা নুংঙু খুনগী লাইশং মাণ্ডপ শাবদা শিজিন্নৈ। লৌ লোকপা, লোইরবদা নুংঙু, অংজেং পাও চংনহুনা পোম্বীথোক পাং নৈতুনা ভা ফারগা চামিন্নৈ। পোম্বীথোক পাং অসি দামগী চীঙগী খুনৌ লোকচাওগী ঈশিং নিংথৌতা চীঙগী ঈশিংনা ইপান থাদা অতৎ-অখম লৈতনা চেন্থরকই। পাং অতুগী ঈশিং তাফম অসি মথা থংবা শরুক তাংজেংনা খবা নকপা তুরেল অচৌবদা তাবনি। তাংজেং খুন্দগীদি হি লানবগা পোম্বীথোক পাং য়োরে। নুংঙু খুনগীদি লম থর লাপ্পনা ইপান লোকপা থোংজিন্দ লু য়াবসি তাংজেংনা হেক হেক ওই। সোই লৌতুনা ইপান লোকপগী ভা ফাবসি অতুকী মতিক কান্নৈ। অতুনা অনকপা তাংজেংনা হেক হেক হানবা অদু নুংঙু খুন্না কল্লকই। নুংঙু খুনগী শনথিবা শন ওকপা কয়ানা উবদা মীহৌবা পোকই। মরম অতুদগী ইং ১৯৪৪ শ্রীযুৎ বোধচন্দ্রনা পানবা মতমদা নুংঙু লাইশ্রম নবান্না লুচিংবা মীওই থরনা হায়জিন্দুনা পোম্বীথোক লিলাম পাং ওইহনখি।

## থোংয়াম খুন থোনখিবা

পোম্বীথোক হায়বা লম অতুগী তুরেল রাংম থোবান সব ডিভিজন লাইফম পানাদা থোংয়াম কৌবা খুন মচা অমা লৈ। খুন অসি অনিশুবা লাঙ্গাও লোইরকপা ইং ১৯৪৪ দগী তাথিবা খুননি। খুন অদু অহানবা তাবদি য়ুম তরুকথক্কনি।

য়ুমশিং অতুদি :— ১। ৱাহেংবম বীরচন্দ্র ২। লাইশ্রম গুনেসিং ৩। হৈক্রুজম হেমসিং ৪। হৈক্রুজম লিলাসিং ৫। হৈক্রুজম ইবোমচা ৬। হৈক্রুজম চন্দ্রহাস নি। খুন অতুগী লুচিংবা ওইবদি ৱাহেংবম বীরচন্দ্রনি। খুন তারিবা মীশিং অনি নুংঙু খুন্দগী ঙাক্তনি। নুংঙু তাংজেংগী মীওইশিং অসি লৌ উবা, উ-য়ানবা ঈকাগী মতমদা মু খোন্দুনা চা কাবনা শিনফম ওই। ৱাহেংবম বীরচন্দ্র হিরম খুদিংদা খোইদোক হেন্দোক্না হৈ-শিংবা মীনি। থাঙবু থাঙেন য়ুম্বী শাবদা বীরচন্দ্রনা শাবা উশিংনা শিংপা হাল্লি। উকায় লাঙ্গোন শাবদা মথুং নানবনা বীরচন্দ্রবু শাহল্লে। খোংয়াম খুন শেম্নবা মতুংদগী নুংঙুগী ৱাহেংবম বীরচন্দ্র, খোংয়াম বীর হায়না থংনখ্রে। খোংয়াম বীরগী লোইনবী লৈম খুবী অতু ৱাংঙু অহল্লুগু লৈবা অমোম গুলামজাংকী মচানি। মানা খোংয়াম খুন শেম্বদা মকুবোক গুলামজাং অমদি মবাই নোংয়াই কৌতুনা য়াওহল্লি। মথংদা লাইশ্রম মোদোনসু য়াওতুনা খোংয়াম য়ুম নিপাল শুরে। ইং ১৯৪৭/৪৮ খোংয়াম খুন ফিথুং-চাকথুংলে। চীঙজেং অমা লাম্থোক্লগা ইম্ফাল শুগন লম্বীগী নোংচুপ কোর্স নিং-তাবীদা লৈবা লম্মাং নিন্দুনা লৌ মতিক চানা লৈরে। খোংয়াম খুন তুরেল খোংবান্দসু মতিক চানা অঙনলৌ লৈরে। ইম্ফোল শম্বল নিংথিনা খুনবানবা অমা ওইনা খোংয়াম নঙাইনা পাল্লে। অমোম গুলামজাং মচানিপা নোংয়াইসু শুব নোম্বা কনবদগী মচিঙ্গাক চাবা মী অমা ওইরে। নোংয়াই নহা ওইনা মাগী নপী নুপীমচা শিখিতুনা মমুম পান্দনা লৈবনি অতুবু মাগী মশেন খোংয়াম বীরগী মচন ইবেতোন লৌতুনা অমনসু অমনসু ইবাই থোক্লে। বীরনা হান্ন ইবাই কৌবনিনা হান্নগী মিংগৌদা অতুম কৌনৈ। মমৈদা অমুক নোংয়াইগী মচন অতোম্বী খোংনেম্বী লৌতুনা খোংয়াম বীর মচিন মনাও অনি লোল্লি।

খোংয়াম তাবীদা খুন্দাবা য়াওরিবা অগোম গুলামজাং হায়বছু ককচিং কৈথেল মপান মোইরাংথেম চুড়াগা পিরক্লা মরুপ শান্নবনি। গুলামজাংকী মচানিপা অহল মাইতেনগা, চুড়াগী মচনিপা নেত্রসিং, মীয়াম্না রাইরিতাবা কৌবগা তুং ফাওবা মরি তংনদনবা মতাও শান্নহল্লি। অনিশুবা লাঙ্গাও জাপান লান্দা চুড়াগী য়ুমদা লাক্তুনা হাজিরা শুতুনা শেল তাল্লি। লান লোইরবদা ময়ুমদা হনথিছুনা খোংয়াম থুন তাবা য়াওরুবনি। মচিঙ্গাক চারবা অতুদদি নোংম নিনি ইচানিপা রাইরিতাবছু করম পল্লিবনো য়েংব ওইনা ককচিংদা কোইরককই। মতম অতু মাগী মরুপ চুড়াদি লৈথিদ্রবা মতমনি। মতম অতু রাইরিতাবগী ইরোহ্ন লাবা অচৌবা অমা লৈ। গুলামজাংনা হায়রকই, ইচানিপা নংগী ইরোই অমসু লৈরবনিনা খোংয়ামদা লাক্লো ঐখোয়না লৈরিবা খোংয়ামদা লৌ উনবা লম মরাং কাইনা লৈ। ইঙ্খোল কোইনবা মফমসু লৈ। মফম অতুদা চহি মরি মঙাদং থাংতুনা লৈরবদি নহাক শোহ্নদনা চাবা রাংক্তবা মী অমা ওইগনি। অসুম তৌনা নোংম নিনি লৈরমলগা গুলামজাং খোংয়ামদা হনগ্রে।

রাইরি তাবা মাগী পজিনা হায়রম্বগী মতুংইন্না চংকে নিংলে। খোংয়াম খুনগী লুচিংবা রাহেংবম বীরচন্দ্রনসু ইবাইহন অমুক্তা উননিংই হায়বনচিংবা থন্দুনা ইং ১৮৪৮দা ইরোই পুরগা খোংয়াম য়ৌনা চংখি। খোংয়াম য়ৌবদা রাহেংবম বীরগী অরাং শঙ্গোয় থাজিন্দুনা লৈজখি। ইরোই অতুনা বীরগী ইরোই শঙ্গোন্দা পুল্লি। মতম অতু বীরগী ইয়োই লাবা অনি ইরোই শনবী চাজেনবী অনিনি। রাহেংবম বীরগা মবাই নোংয়াইগনা ময়াম্বা মবাই রাইরিতাবগী থুংশু লাঙ্গোন অমদি উকাই শেম্বীতুনা মীগী লৌ খোহবনচিংবা তৌতুনা শেল তাল্লি। মতুনা চেং শেঙ্গাং লৈতুনা চানৈ। অসুমনা ককচিংগী মোইরাংথেম নেত্রসিং (রাইরিতাবা) খোংয়ামদা লৈখ্রে।




পোম্বীথোক চাইরেন থৈচংপুঙ

পোম্বীথোক খুন্ শেম্বদা মরু ওইনা থৌজ্বা যাবুগদবা মোইরাংথেম প্রেমানন্দ, ইং ১৯২৬ শকাব্দ ১৮৪৮ গী ইডাগী ১৯ নি পানবা নোংমাইজিং ন্নুমিত্তা ককচিংদা পোকই। অপোকপগী মিংনা মোইরাংথেম নেত্রসিং (রাষ্টরিতাবা) কৌই অপোকপীনা নাওয়েম লিঙোল বীধুমুখি কৌই। প্রেমানন্দ (অইবাইশামক) চহি ৮ শুবদা ককচিং খুলেন গোর্ভনমেণ্ট (পাঠশালা) এল,পি, স্কুলদা লাইরিক তম্বা হৌই। ইং ১৯৩৮ দা নিম্ন প্রাইমারী পাস তৌই। ককচিংদা মথা তমথনবা স্কুল লৈতবা, ইম্ফালদা চংলগা তম্বা ঙমদবনা চহি ২ রোম লাইরিক তমদে। স্কুল লাইরিক তমত্রবস্থু ককচিংগী য়েংখোম কুলধজ সংস্কৃতকী পণ্ডিত্তা সারসং ব্যাকরন বিধিব্যাইকম সমোম্ন প্রদিপ তম্বা হৌজখি। ওঝাগী সেবা তৌবা ওইনা চহি ১২ দা ওঝাগী থৌগল তৌহুনা খোংনা ইম্ফাল ফাওবা চংলি। সংস্কৃত তমগে হায়হুনা অহল লমনগী মনাক ফম্বা, রারী লাইরিক তাবা চিংথদনা য়াওই। অহল লমনগী হিদাক হান্দুনা সেবা তৌবদা ন্নুংশিবীহুনা ইশু মরম ওকপা হায়হুনা ইমা ইবেনশিংনা নানবী অঙাং ওইনা শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রজিউগী হোলি ফিরাল পায়রকই। মতম অদুগী "সৈত্যচরিৎ ফাগী লিলাদা কোলু খোংপাক শাবনা মচিন পৈথোকপা খজাই গোংথোকপা মতৌ" অদু তমহুনা মাইদা অবের পুমঙাং ঙাংনা তৈহুনা পুং ঈশৈ তান চানবা ধুমোক তৌহুনা চোংবদা ঐবু মীনা ফিরাল পাইবা কৌনরম্মী। ঐনা ফিরাল পাইখিবা হোলি দোল অদু শ্রীশ্রীকৃষ্ণচন্দ্রজীউগী হলি পালাদনি ককচিংদা লৈরিবা শ্রীশ্রীকৃষ্ণচন্দ্র হায়রিবা দারুক মুর্ত্তি অসি করমনা ওইরকখিবনো হায়বা তারবদি মথাগী অস্নুম্না থংনগনি।

মৈদিংঙু চীঙথংখোম্বা হারুক তেথাও শামু ফাঙৈদা মবুংঙো শ্রীগোবিন্দনা খোমলেন মংদা লাক্লগা মৈতৈ নিংথৌ রাগম্নু নংগী শামুহু হয়েং ঐহাক ফাবীগে। নিংথৌ খুবম হঞ্জনহনগে নংনা

নরৈবাক য়োৌরবদা কাওবা লৈতনা ঐগী মুর্ত্তি অসি শাত্নুা নির্পন তৌরকউ। শাগদম্বা উদি ভাসমুখ কাইন চীঙদা থৈবোং ওইনা থৌরমগে। মতু য়াল্লগা ঐবু সোইদনা নির্পন তৌগদবনি তাকপীবা মতুংইন্না থৈবোং অতু য়ান্দুনা গোবিন্দ নির্পন তৌখি।

মতৌ অন্নুন্না মৈদিঙু চন্দ্রকির্তি সনা হাক্তক্তা ইনিংথৌগী খোমলেন মঙদা শ্রীশ্রীকৃষ্ণচন্দ্রজিউনা তাকপিরম্মী। মৈতৈ নিংথৌ ঐনা হায়রিবসি মুম্না তাহৌ, মতম অমদা নবুধোশিংনা পাল্লিঙদা কোন্নুং ওইরম্বা লম্মাংদাং কোন্নুং অমনবগী অরাংদা লৈবা চীঙতুম মচা অতুদা ঐহাক হৈনৌ ওইনা হৌত্নুা লৈরে। হৈনৌ অতু য়াল্লগা ঐনা নমাংদা উইল্লিবা মুর্ত্তি অসি শাত্নুা নংগী লৈবাক অসিদা সেবা তৌজৌ। লৈবাক লুঙাইহনগে নচা নগু অকবা পীবিগে তাকপিরম্মী। চন্দ্রকির্ত্তি নিংথৌনা পম্বা তৌদনা হৈনৌ পাম্বী অতু য়ান্দুনা মঙদা উইনবীরম্বা মুর্ত্তি অতু মান্নবা শাজরে। নিংথেম পিশন্না মমা ইবেম্মা কুমুদিনী রানীগা তান্নজে। সনা কোন্নুংদদি শ্রীগোবিন্দ লৈবনা থন্নুনুশি অতোপ্পা মফম অমদা লাংলসি থন্নবদা মমানা তাকপী। ইচাগী মংলান্দা ফাওরকপা লাই অসি ইমাগী ইপাম চীঙা মথাদা থন্নসি হায়তুনা চীঙা মথা মাইন্নামদা মাপ্তব লাইশঙ শাবা হৌখ্রে।

ইং ১৮০২ দা ককচিং লমদম অসিদা রাইরিদা নিত্যাইনন্দ হায়বা দেবতা লাংতুনা গৌর ধর্ম্ম চংলে ককচিং খুল্লেন্দি গৌর ধর্ম্ম চংখ্রি। মতম অতুগী ককচিং নিংথৌ মোইরাংথেম গৌরশ্যাম্না ওইরি। রাইরিনা গৌর ধর্ম্ম চংখিবা খুলেন্না গৌর ধর্ম্ম চংতবা অতুদা খুলেনসু গৌর ধর্ম্ম চংসি থন্নরে। চহি অসিগী শজিবু নুমনি পানবা নিংথৌকাবা নুমিংতা গৌরশ্যাম নিংথৌ ইম্ফাল চত্নুা শ্রীযুৎতা হঙ্গংলুরে। ইনিংথৌ ননাই ঐথোই ককচিং খুলেনসু দেবতা অমতা লাপ্তুনা গৌর ধর্ম্ম চংচরগে লাই অমতা পীনবীয়ু।

মতম অদু লাই অশাবা ময়াম জীব নাসতি তৌভ্রিবা শ্রীগোবিন্দগী কা অমদা ধর্ম্মী। শ্রীগুৎনা চানবীতুনা তা নিংথৌ ঐগী লাই অশাবা ময়াম লৈরিবা অসিদগী গোবিন্দ নত্তনা অপাম্বা লাই খঙ্গৌ তাকপী। গৌরশ্যাম নিংথৌদি করম্বা লাইনা ফবনো ফজবগী ফজবা ঙাক্কা থনফম থংজদ্রে। গৌরশ্যাম নিংথৌনা রাথল তৌই লাইগী থৌজাল য়েংলগে হায়তুনা লাই ময়াম পুথোক্লে। লৈই অমা চীতুনা পরেং শানা থমজরে মশা শেংনা ইরু মাইথজরে। অশাবা মতম ওইবনা ফক অমা থাতুনা ঙৌবোং অমা তাই থাংনতুনা শ্রীগোবিন্দগী লাইমাংদা হিপচরে। তুমদ্রিঙৈগী মমাংদা গৌরশ্যাম লাই খুরুমজৈ, ননাই ঐদি করিসু থংজদবনি। লাই নথোয়্রগী শাক্তি য়েংজগে ঐগী ককচিং লমদমদা লৈবীনিংবা লাই অদু ননাইনা চিংজরিবা লৈই অসিগী রাংমদা লৈবীরম্মু পূজগে। হয়েং নোং ঙানবদা ককচিংদা লৈনিংবা লাইদু লৈইগী রাংমদা লৈবীরম্মু। হায়তুনা গৌরশ্যাম লাইমাংদা তুমগ্রে। নোং ঙাল্লগা গৌরশ্যাম্না মিকপ থোরকপা মতনদদি শ্রীশ্রীকৃষ্ণচন্দ্রজিউ অসি লৈই রাংমদা লৈরমলে। হরাওবগা লোয়ননা গৌরশ্যাম সনা চরন্দা হঙ্গচতুনা লাইশক থন্দোকলে। লুরিবদি হায়রিবা লাই অদু মমা ইবেম্মা কুমুদিনীনা মপামদা থমগনি হায়তুনা লাইশঙ মাঙব শাবা হোৎনরিবনি। হৌজিক নিংথৌ মমা মচা অরূম অয়াং থন্নবা তারকলি। গৌরশ্যাম অসি নিংথৌ মমা-মচাগী শিংবা ঙম্লরোইদবা লমন তোল্লীবনি।

নিংথেম পিশক্লা চহি নৌরিঙৈদা পিক্লা নিংথৌ ওইহন্দুনা রাজ সিংহাসন্দা থাংগৎপীরে। মতোন ইবুংঙো নরসিংহনা যুবরাজ ওইতুনা লৈবাক ঙাকই। নরসিংহ যুবরাজনা ইচা অঙাং ওইরি হায়তুনা সাসনগী চুপ্পী কল্লা পাইহন্দে। নরসিংহ যুবরাজগী থৌশিন অদু কুমুদিনি মহারানীগী থমোইদা কয়া মুঙাইত্রে।

ইচাগী খুদোংচাবা অমতা পীদনা ইনাওনা নিংথৌ ওইখিদোরে থল্লে। অদুনা কুমুদিনীগী থমোয়দা নরসিংহ যুবরাজ হাৎকে থল্লে। ইবুংশি নোবিন্দা নরসিংহ হাৎপা ঙম্লবদি যুবরাজ ফম পিগে হায়নরো নোবিন্না নরসিংহ হাংপা ঙমহৌদত্নুনা নোবীন অঙাং ওনখ্রে। নোবীন হাৎখ্রে তাবদা গম্ভীরসিংহ নিংথৌ থল্লম্বা মনাই অচানবা মোইরাংথেম গৌরশ্যামগা নিংথৌ মমা মচাগা অহুম অহিংদা লান চেনখ্রে। চীঙ মান লোক তাই গীরী গুহা তুরেল কয়া অঙাং ওইবনা লানবা ঙমদবা কয়া পো, পমত্নুনা লাক্লগা মনুগ্রামদা লৈখি। চহি ৬ উনথম কালেন থাইদনা শীঙনচিংবা রাংতনা হোৎনরকপ মখোই অহুমতা শঙ্গাই অমদা লৈমিন্নরকপা মনাইনি। নোংম মুংথিন অমদি মনাই গৌরশ্যামনা শীঙ চল্লুবা হল্লকই। মক্কম অতুদা উগী শীঙ ফংদবনা রাগী শীঙনি। গৌরশ্যাম্না পুরকইবা শীঙপোৎ অতুগী মথক্তা লিল খারৌ অম মখৌ পোংনা তোংবা উরে গৌরশ্যামদি করিশু থংদনা লাকপনি, মতু উবদা কুমুদিনী অথাম্বদগী লাউরকই। ইমাগী ইবুংঙো নং ফিংগৎকনু ইমা রা অমা হায়গে। নংনা পুরকইবা শীঙপোং অতু শুমাংদা লাপ্লপ হুম্বরগা নহাক য়াম্না থুনা ইমাগী নাক্তা লাকউ তাকপিরকই।

মমাগী য়াথঃ তারবদা শীঙপোৎ অতু হুন্দোক্লগা মমাগী নাক্তা চংলকই। মতুংদা মমা মচা অহুমনা য়েংবদা লিল খারৌ অমা মখৌ পোংনা ফন্দুনা লৈবা উরে। কুমুদিনী মমানা নবুধৌ পাথংবনি হায়ত্নুনা চেং থোইদিং কত্তুনা লিন অতু চৎহনখি। অসি য়ৌনা রানা মমা মচাগী সেবা ফংলকপা গৌরশ্যামনা নিংবা কায়গদবগী শরুক, ইমাগী লাই ময়াম অসিদগী থল্লসি। শ্রীশ্রীকৃষ্ণচন্দ্রজিউ অসি ককচিংদা লৈনিংবা মাল্লি পীথ্রশি হায়না য়ানত্নুনা শক ১৮০২ শুক্রিবুগী ৫ নি পানবা য়ুমশকৈশ মুমিত্তগী শ্রীশ্রীকৃষ্ণচন্দ্রজিউ ককচিংদা নিপ'ন তৌত্নুনা থুলেন্দা গৌর ধর্ম্ম চংখি।

মতম অদুদা শ্রীযুৎ ইবুংঙো চন্দ্রকির্ত্তি মহারাজনা তাকপীখি। ঙসিদগী হৌনা ককচিং প্রজা নখোয়না শ্রীশ্রীকৃষ্ণচন্দ্রজিউগী সেবা অসি মপূংফানা লৌগদবনি। গোটিময়ুম তোলেন শর্ম্ম অসি লাই সেবাগীদমক ককচিং খুন্দ শিন্নরবনি। মনা কোম্নুংদা তৌবা লাই সেবাগী থৌরম খুদিং শ্রীশ্রীকৃষ্ণচন্দ্রজিউগী মাংনা তৌরোইদবনি। মনা য়াথং তাকপীবা মতুং ইন্না ঙসি ফাওবা শ্রীগোবিন্দগা সেবা চপ মান্ননা কাইদনা চংথরি। শ্রীশ্রীকৃষ্ণচন্দ্রগী হলি দল অদু য়াম্না লিংই অদুগুম্বা হলি দল অদুদনি ঐনা ফিরান পাইখিবসি। ক্লাফম অসিদি য়াওশং মতমগী রাদনি।

শ্রীযুৎ চূড়াচান্দ মনা হাক্তক্তা ককচিংদা দুকান অহুম পীখিখি। কৈথেলগী মখা থংবদা থম্নাংবা য়াথোক লম্বীগা তাইননা নোংমাইথেম পীতাম্বর থংনবদা থাংজম অঙৌবীনি। নোংপোক থংবদা কোইজম ফাম্দ্রংনি অহুম অসিনা দুকান ফমদুনা ককচিং খুন্না লৌগদবা পোৎ কয়া য়োল্লি। হায়রিবা দুকান অহুম্মক মখোয়গী পোৎ হোন্নবা ষণগাড়ী অমমম লোইনৈ। মদু দুকানশিং অদুগা থংনবা মী নেকুনা ইম্ফাল চৎহল্লি ককচিংদগী ফৌ পুখৎহল্লি। ফৌ অদু ইম্ফালদা তাইথোকই। ফৌগী অশিংপা শেল অদুনা কেরোসিন, থুম, অচা থাও, চুরুট মৈথেং, খানচিংবা পুরকহল্লি। মদু ককচিং প্রজা ময়ামনা লৈদুনা শিজিন্নবনি। ঐখোয়না উহৌবদা ককচিং কৈথেলগী হিদেন (তুরেল কুম্ফম) অচৌবদা দুকানগী পোৎ শুনা য়াওবা হিদিঙ্গা হিজাও, অমা লাকই মদুনা তুরেল খোঙবান তাবা মী কয়াম্ম মাগী মাগী হিদেন্দা পোৎ লৈনৈ।

নোংমাইথেম পীতাম্বর ইবুধোগী দুকান অদু ঐখোয়গা মুম লোন্নবা কৈথেল মচিন্দা লৈ। ইবুধোনা ঐবু য়াম্না লুনা জ্রোবী অদুনা মাগী দুকানগী পোৎ ঐনা তম্বা হৈবম্মু জ্ঞমী। ইবুধোনা হায়বী ইবুংঙো প্রেমানন্দ মংনা মতম অহাংবদা ঐগী ইশু মাইপাকপী,

গোরহরি, রবী মখোয় অহুম অসি লাইরিক থরা থরা তাকপীয়ু। ইবুধোনা মুম্মিং খুদিংগী নংগী ওমোক চানবা মতেক অমমম পীগনি। থা ফারবা নংগী কি-রেজ লৈজনবা অনা অহুম থা খুদিংগী পীগনি হায়তুনা অঙাং অহুমতু ঐনা লাইরিক অ, আ, তম্বী। অসুম তৌনা নোংমাইথেম ইমুংগা ঐপা মরি লৈনবা অসি চহি অমা কায়রে।

ইং ১৯৩৯ নি রাবগাইদগী তুইদ্রোম বারনি ওঝা অহল, রাইখোম গোরমনি ওঝা, রাহেংবম সনাজাওবা ওঝা, থুম্নাম কহ্নাইনচিংবা মীওই কয়া ককচিংদা লাকুনা ককচিংগী অহল-লমনগা রানী শান্নথিং মাইপৈ অনিগী অঙাংশিং ইম্ফাল থাবা ওমদবশিং লাইরিক তমহন্নবা স্কুল অমা লিংখৎসি, মফমদি রাবগাই কৈথেল মচাদা লৈরে। ককচিংদগী ওঝা অনিগা লোইনবা ছাত্র থরা পীবীযু হায়রবদা ঝানরে। ককচিংদগী ওঝা নাওরেম নবহরি, ওঝা ক্ষেত্রিমযুম গন্ধারসিং (খুরাকপম) অনিগা লোইনন। ঐথোয় ছাত্র ১৮ লোম য়াওখি। ইং ১৯৪০ দা ঐহাক ক্লাস থি পাস তৌরে। ইং ১৯৪১ দা ক্লাস ফোর পাস তৌরে মথং ক্লাস ফাইভ তম্লি, তথাই চল্লকপদা ইং ১৯৪২ দা ইম্ফাল অমদি পল্লেলদা বোম থাদুনা মী কয়া শিনরে। ধনি অহু কিবদগী লাইরিক তম্বা তোকখি। লান মপুংদা ইমুম নকপা মফম ময়াংলম্বম রোসোরাজদা সনা সাবা তমহুনা ইশানা থবক শুবা ওম্বদা পোথাখি।

ইং শোক ১৯৪৪ দদি লান অসি থরা নেমথরে। মতম অসিদা বৃটিশ সরকারবু ভারতগী চংথিনবা ইহৌ অমা মাহাত্মা গান্ধীগী লুচিং মখাদা কন্না চথবা হৌরম্বে। মতুংবু ভারত জাতিয় কংগ্রেস কৌমুনা ভারতকী কাচিন-কোয়া শন্দোকপদা মণিপুরসু য়োরকখি। মতম অমুদা ভারত জাতিয় কংগ্রেস মনিপুর হাপ্নবা অমা লোম্মে। মদুদা লুচিংখিবা মীওইশিংদি— ভুবনসনা, ললিত

মাধপ, বঙ্কবীহারী, দ্বিজমনি দেব, সিন্নাম কৃষ্ণমুহোন, এলাংবম তোম্পোক, পোশংবম তোমান, লোইতাম য়াইমা, লাইশ্রম যুগেশ্বর, অসিনচিংবা মীওই কয়ানি। ইগৌ মান্ননা তিদিম রোড মোইরাংদা হেমাম নিলমনি, মাইরেম্বম কোইরেং, ব্রহ্ম গুপ্ত রোডতা থৌবালগী ব্রাইখোম নিমাইচান্দ, ককচিংদা পুখ্রম্বম তোমচৌনচিংবনা মাহাত্মা গান্ধীগী লুচিং মখাদা ভারত জাতিয় কংগ্রেস পার্টি লিংখৎপদা ঐ ইশামক (অইবা) অহোবদগী য়াওরকই লোয়ননা ককচিং কংগ্রেস লিংখৎপদা থৌদাং য়ারকই। ইম্ফালদা হেড ওফিস ওইরগা খুঙ্গংগী মফম কয়াদা ব্রাঞ্চ থাইদোকপশিংগী মন্নুংদা ককচিং কংগ্রেসনা শিকি পীবা (চার অন্না টিকেট) মীং চনবদা ককচিং ব্রাঞ্চ কংগ্রেসনা খ্বাইদগী মশীং য়াম্বা হেল্লি। হেড ওফিস ইম্ফালদা রাজকুমার ভুবনস্নানা সভাপতি ওইরবা মথংদা নাহারোল কংগ্রেস (য়ুথ কংগ্রেস) শেমই মতুগী প্রেসিডেন্ট শৌগাইজম পদা দেবীনা ওই। শিংজমৈদগী আরঃ কেঃ মাইপাকস্নানা সেক্রেটরী ওই। মতম অদুদা ব্রাঞ্চ ককচিংগী নাওরেম গন্ধার সিংহনা প্রেসিডেন্ট ওই। ঐনা সেক্রেটরী ওইদুনা মীয়ামগী ওইবা কমবা থবক কয়া তৌই। গনক অচার্য ময়ুম্বু গ্রহগী থবক তৌই হায়দুনা ব্রাহ্মন কয়ানা চাকচা ফিদা তিন্নদে। দেবতা লাৎপা লাইশিং মন্দির শাবা মাংই হায়না নিংথৌগী শক্তিনা ইমথোক্লম্বা অদু য়াহন্দুনা ককচিংদা অচার্যময়ুম গনক চাওবগী লাইশং মাওব শাদুনা দেবতা দারুক মূর্ত্তি লাৎপা য়াহন্দুনা ভসি ফাওবা কাইদনা সেবা চৎলিবা অসিদা অচৌবা থৌদাং য়ারকই।

ব্রাইথৌ মপান তাবী য়াইখিবীবু নিংথৌগী দন্দি য়াখংনা শোক্র-শম্নবা য়াদে মাংই হায়না ইম্ফোকখিবা অসি চহি ৭ খুন্তাক-ভৈদগীনি। চহি ৭ খুন্তাকখিবদি ইং ১৮১৯ দগীনি ইম্ফোকপনা ইং ১৮২৫ দগীনি মীওইশিং অসি সনা কোম্নুংগী কম্লাইবা শাগৈজাং

ফুবা ঙাক্তনি। ইং ১৯২৭ দদি মখোয় চহি ১৯২৫ গুরে ইম্ফোক্রম্বা মপু মপা অমতা লৈত্রে চারোন-গুরোন্ত ঙাইহৌরে। মতম অসিদা মাহাত্মা গান্ধীগী শোক্ল-পন্ন য়াদবা হায়বসি থমদবনী প্রোগ্রাম চথরকপদা মখোয় হিন্দু ধর্ম্ম চংপা প্লাম্নরক্নে। মখোয়না অহানবদা ব্রহ্ম সভাদা হায়জবদা য়াবীত্রে। গান্ধীগী নিয়ম থাজবা মণিপুর কংগ্রেসকী সভাপতি কৃষ্ণমুহোন, ললিতা মাধবনচিংবদা হায়জক্লবদসু য়ানিংবা উত্রবদা ককচিং কংগ্রেসতা হায়জবদা মতমত্তগী প্রেসিডেন্ট নাওরেম লিলাসিং, পি ভোমচৌনচিংবদা হায়জবদা য়াবীত্তুনা রাইথৌ মপান্তাবী (থৌবাল খুনৌ) মিং থোন্দুনা শেংদোক্লবা হোৎনবদা ঐহাক অচোবা খোদাং য়ারকই।

থৌবাল খুনৌ শেংদোকপা য়াওরুবা অমদি উসব য়াওরুবা শ্রী খুদিংমক ম্যাংলে শ্রীশ্রীকৃষ্ণচন্দ্র মন্দির চংহনবা য়াদে হায়না সনা কোক্লদগী মুহোর পীরকথি। মতুদা শ্রীশ্রীকৃষ্ণচন্দ্র কাংলুপ্পা অমদি গোটিময়ুম ইমুংনা চেক তৌত্তুনা য়াম্না হৈ শিংনা অমাং অশেং থন্দোকই। দেব কর্ম্ম, লুহোং খোংদোং, মপা মচা, মচিন মনাও চংনহন্দে। অসিগুম্বা মীনম্বা অসিবু য়ানিংদহুনা ঐহাক্না ককচিং কংগ্রেস ওফিস ব্যরার ওইরিঙৈদা পমপ্লেট চেজাই অমা কোপী ২০০০ নমহুনা মণিপুরগী লোইজি-লোইয়া থুংনা চাইথোকথি। ককচিং রাইক্লি খুলেল অশি ইবুধৌ থয়াংবগী কাংলুপ অমা ওইনা হৌরকপা ওইবনা মরি-মতা থোক্লবা মশীং য়াম্লই। ভারত্তসু মাহাত্মা গান্ধীগী পাওতাক্ল লৌরগা প্রেসিডেন্ট রাজেন্দ্র প্রসাদনা শোক্ল পন্ন য়াদবা থম্নোইদবনি হায়না খোল্লাও পীবা মতম্নি। অতুনা অমাংবা কাংবুনা মশীং য়াম্লমক্লবা অত্তু নোংম্ন নোংমগী অমাংবা কাংবুনা মশীং য়ামথংলক্লই।

চহি অমক্লি ককচিং কংগ্রেস হলি দল অমা লিংথলে। পালাশিং অতুগী মতুংদা রাইথৌ মপালগী মৈ, থৈশা কয়া য়াওহল্লি।

মপাঙ্গল ফরবা কংগ্রেস ভলন্টিয়ার কয়ানা পালা অমদি পুংয়ৈবা (খোলোক) শুইখনি। শ্রীশ্রীকৃষ্ণচন্দ্র ককচিংগী অপুনবা লাইনি লাইশং মাগুব ককচিং পুম্নমক্তা শাখিবনি। ঐখোয়মু হলি দল অমা লিংখংলবনিনা শ্রীশ্রীকৃষ্ণচন্দ্র মন্দিরদা থৌগল তৌসি লেপ্লরে। পাও অসি বামোন ইমুং লাই পালা কাংলুপ্পা অমাংবা হলি চংহল্লোই হায়বগী থৌরাং তৌখি। ককচিং বাজারদা লৈবা মফম ওইবগা য়াওশংগী মীয়াম তিনবা ওইবগা কাংলুপ অনিগী মুক্নবা কুম্মৈ য়েংশনি হায়দুনা লাক্লবনা মীনা চিক্র-চাইনা চনখিজ্রে। কংগ্রেস হলি দলগীসু মপাঙ্গল ফরবা মী ২০০ গী মথক্তা হলি চংলকপনি। হাম্নদগী থৌরাং তৌদুনা থোঙ খুদিং ডাকুম্না হলি চংদনবা থৌরাং তৌখ্রে।

মতম অদু শ্রীশ্রীকৃষ্ণচন্দ্রগী সেবা য়াওবা পালাশিং অদু ককচিং খুংলনগী লৈকাই খুদিংগী পুং য়ৈবা ঈশৈ তৌবা মীওই কয়ানি। বামোন ইমুংনা ই-পাও চংদুনা মাইগৈ খুদিংগী মী কৌদুনা মাগুব থন্না পৈখ্রে। ককচিং কংগ্রেসনা শিনবা য়াইখিবী হলি চংহনবা য়াদে মাহারাজগী সনা মুহোর পায়রবনি হায়না থৌবাং তৌখ্রে। মখা থোঙ, অন্নাং থোঙ, নোংচুপ থোঙ লোন্দুনা য়োংপী য়ৈশিনখ্রে। খা মাইগৈগী হলি কয়া চংলক্কদবনিনা নোংপোক থোঙদি হাংই। হাংলিবা থোঙ অদুদা কংগ্রেস হলি চংলকই, হান্না বামোন কাংলুপ্পা ডাকুনা লৈখিবনা থোঙ কানশিনবা ডমদ্রে। মাইগৈ অমনা অমুক ইন, অমনা অমুক ইন্দুনা ইন্থোক-ইনশিন তৌনবদি পুংখাইমুক ফারে। তুংদা কংগ্রেসকী অহল, নাওরেম লিলাসিং খুনয়াই লৈকাই, নাওরেম নেত্রসিং তুরেল অচৌবা খোংবান, নোংমাইথেম তোমচৌ অন্নাংবা মোইরাংথেম লৈকাই, পুখ্রম্বম য়াইমা নিংথৌ লৈকাই, দেবলসিং পাজি লৈকাই, য়েন্দ্রেম্বম বাগু চৌকিদার সুমাক লৈকাইনচিংবা অহলশিংনা তুংদা লেপ্লগা করম তৌরগা চংবা

য়াগনি হায়রবগী য়াথল তৌনরি। লাই পাল্লা বামোন খুৎকীস্থু মী য়াম্বনিনা ইন্নবা অসিনদি ঐথোয় খুদোংচাবা ফংদ্রে মনিদি চিংথোক্লসি হায়না থন্নরে। অকনবা নহারোল্ল খরা থোংজিন ময়াদা লৈরল্লে খা অরাং লেপ্তুনা মাইকৈ ফাংলে ইম্নরুরম্নু মপাম্লোমদা চিংথোক্লো হায়হুনা অকনবা কংগ্রেস ভলন্টিয়ারশিং অতুনা মশা পাইতুনা চিংথোকপদা লম্বীদা লোইনা তারে। হাল্লা ইম্নরম্বনিনা তুংদম্বী ইল্লকপা ফোর্স অতুনা থোংজিন ময়াদা লৈবা অঙাকপশিং অদু লোইনা মপান থংখ্রে। তাল্লক য়েংতুনা কংগ্রেস হলি চংশিন্দুনা শ্রীশ্রীকৃষ্ণচন্দ্র মণ্ডরতা হলি শক্লে। কংগ্রেসকী হলি শকখিবা মতুংদগীদি মাণ্ডব মাংলে হায়তুনা অতৈ হলি শকখিদ্রে।

নোংঙাল্লগা সনা কোন্নুং চংতুনা মাণ্ডপ মাংথোক্লে হায়না য়ুকেংলুবে মাণ্ডব অতুনা মাংলে হায়তুনা খাজিন্দুনা থমখ্রে। কোন্নুংনা কেশ পাল্লকপা মীওইশিংদি— ১। পুখ্রম্বম য়াইমা ২। নাওরেম লিলাসিং ৩। নাওরেম নেত্রসিং ৪। নোংমাইথেম তোমচৌ ৫। পুখ্রম্বম তোম্বা ৬। পুখ্রম্বম তোমচৌ ৭। ময়াংলম্বম বীরহরি ৮। মোইরাংথেম প্রেমানন্দ ৯। নাওরেম ভুবননচিংবা মীওই কয়া পান্দুনা চৈরাপ্তা কেশ তৌনখি। কোন্নুংগী উকিল ময়াং অমন ওই। কংগ্রেসকী উকিল শৌগাইজম সনাজাওবনা ওইখি। কেশ অদু কংগ্রেস হলি পালানা ডমখি।

থা ২/৩ দেব কর্ম্ম অমতা মাণ্ডপ্তা তৌখিদ্রে। ব্রহ্ম সভানা মাণ্ডপ অদু শন্নপোং খোইয়ু অতুগা হঙ্গাম মরু হুল্ল হঙ্গাম হোররা মতমদা লৈহৌতুনা শেম্নগা গঙ্গাজল চাইথোক্লগা শেংগনি হায়তুনা কৃষ্ণচন্দ্র মাণ্ডপ শনপোং খোইতুনা শেংদোকখি।

অমুম্মা ঐগী হৌখিবা মতম খরা রাজনিটিদা থরাই য়াত্তুনা ইমুংগী থবক কয়া নাম্বোরকপনা ইমুংগী ফিবম ফংচিল্লক্লে। ঐগী লৈরিবা ক্বালিফিকেসন অসিনা এম এল এ ওইবা য়ারোইদবনা ঐহাক রাজনিতি মতম খবা পোত্থগে; পাবুংনা চংথিবা খোংয়ামদ চংতুনা পাবুগী মতেং পাংলুগে থন্দুনা ইং ১৯৪৯ জানুয়ারী থাদা ঐহাক পাবুংগী নাক্তা য়োরে। মফম অতুদা হান্না লান মমুংদা ঐখোয়গী য়ুমদা লৈরম্বা ইবুবোক গুলামজাং খুরা নোংয়াই, ইচে লৈনা খুবী, ইচন খোংনেম্বী খংনরা কুয়া লৈরম্মী। ইবুবোক অমদি খুরা নোংয়াইনা প্রেমান্দসি লাইরিক লাইশু থর থর থংবা অকবা মীনি হায়না হায়বীবদগী খোংয়ামদা লৈবা অঙাং ৭/৮ ঐভোন্দা লাইরিক তমহল্লি। মতুগীদমক অঙাং মমা মপানা চেং ইনশাং ঙানচিংবা মরক মরক্তা পিবি, মতুনা পাবুংগা ঐখোয় অনি চাবগী মতেং থর থর ওইনৈ। পাবুংনা ঐবু নিপামচা হায়না কৌই অতু মফমতুগী মী খুদিংনা ঐবু রাইরি নিপামচা কৌই।

থা ১/২ ত্রেরগা খুরা নোংয়াইগী মচন ইনে সনাতোম্বী লান মমুংদা ঐখোইগী য়ুমদা পুন্না লৈরম্বদগী ইফালদ চংথিবদগী লৈ হায়বা খংথিব্রবা অতু মাগী মপা রাহেংবম অঙোগা লাক্লুনা থুংলরে। ঐখোই য়াম্না লুনা তৌনরে। রাহেংবম মাম অঙোপা, হান্না লৈরম্বা রাহেংবম বীরগা য়ুম্নাক শাগে তিন্নতুনা য়াম্না লুনা তৌনরে। চহিশু হনবা মুপীশু অহল লৌবনা বীরচন্দ্রনা অঙোদা তাদ কৌতুনা লৈমিন্নরে মুমিদাং মুমিদাং অসি ঐখোয় কমমিন্নতুনা রারি কয়া শান্নরে। মামা অঙোশু ইফালদা অমুক হল্লরোই মফম অসিদা খুন্দাবা য়াওরনি হায়রে। পাবুংগা ঐখোয় অনিশু মতম থর য়ুম ইংখোল লিতুনা লৈরসি হায়না থম্নরে। খোংয়াম খুন্দগীদি স্তুরেল লাম্বোক্লগা লৈরিবা পোম্বীখোক হায়বা লম অসিনা অতোংবা শরুক য়াম্বা হেল্লি, মসিদা খুনফম অমা শেম্বা পানই।

খোংয়ামগী মীশিংনা ঐথোইদি য়ুম তাবা য়াওবদি ঙমলোই লম কোকপা য়াওহুনা ঐগী ঐগী ইংথোল লৌ থম্বদি ঙমগনি। মসিদা খুন শুইনা লৈগদবসি রাহেংবম অঙৌগা পাবুংগা য়ুম অনিতনি। হায়রিবা শোংলবা মফম অহুদা য়ুম অনিদ লৈবদি চিংননিংঙাই ওই। অহুনা মী থর হৌসি হায়হুনা মুড চাইরেন তাংজেং মী হৌবদা অমতা ফংদে। নোংমনা শুগ্ন চৎহুনা খুন তাবা য়াওগীনবা মী থিবদা ফংদ্রে। মথং মুমিং অমদা পাঙন্তাবীদা চৎথিবদা য়ুম অহুম তানবা মী যংলে। ১। শোরোকখাইবম কর্ণসিং, মচানিপা য়ুম খাইরবা গৌরসিং, মুপী খিরবা চাগোন্নবা মচা মধু, ২। থোঙাম লৈয়োন রারি লিবা মচা মুপা য়ুম খাইরবা শুরচান্দ, ৩। মনাও মচানিপা য়ুম খাইরবা মাইবম মনি, মাইবম মুহোন. অসি খুন তাবা য়াওগে য়ারকথি। চাওরাক্লা য়ুম মঙাদি শুরে তপ্প তপ্প খাইদোক্লগা য়ুম ১০ দি শুবা য়াবগী পান্দম লৈরে। নোংম পাঙন্তাবীগী মীশু কৌহুনা লম য়েংমিন্নরে মানা মানা থুংনিংবা মফম খন্নরে। কালেন তৃতিয়াদা ঐথোই খুন তাবা হৌরে। থোংঙাম লৈয়োম্ম নিংথৌতা চীংগা তাইনবদগী চীংয়া লম্বী থম্নম্নগা খুন্দাই। মথংদা মাইবম মনাওনা, মথংদা শোরোক খাইবম কর্ণসিং, মরক অহুদা মুংঙদগী লাইশ্রম ধোনসিং, লাইশ্রম জীবনসিং অনিশু মোরোক ইংথোন থরা য়াওজগে হায়হুনা লৌ শঙম অমমম থুংলে। মথংদা রাহেংবম অঙৌনা তেরা অচৌবা মখোংদা ইংথোল কল্লে। ঐথোয়গীনা শাগংবা পাৎকী রাংমদা খোংমাং কৌবা মফম অমা লৈ। মফম অহু মাংজোননা শাগংব পাৎ চাবা লৈশাংথেমদগী রাংজম থোমদোম্না ইনাও রাইরিতাবা নংনা পোম্বীখোক খুন তারবদি খোংমাংদা থুংউ তাকশিবদগী পাবুংগা ঐথোই অনিনা খোংমাংদা কন্দুনা মুমিং অহুগী অঙনবা অয়ুক্তগী চাক চারগা মাগী মাগী লৈবা য়ানবা য়ুম পাথল শানখ্রে।

নুমিৎ অত্তুদা য়ুম শাত্তুনা লৈখিবসি য়ুম অহুমদনি। খোঙামগী ইশ্খোন্দা মাইবম মনাওগা পুন্না নোংম নিনি লৈবা য়ানবা পাখন খনখি। সোরোকথাইবম কর্নসিংগীদা মপা-মচা অহুমগী পুন্না পাখন অমা খনখি। খোংমাংদা ঐখোয়গী ইশ্খোন্দা ৱাহেংবম অঙৌ সনাতোম্বী মতৈ-মনাও ঐখোয়গী ইমানে পাবুংনে ঐখোয় পাখন খল্লিরৈদা শিংজ্রমৈ চীঙা মখোংদগী ময়েংবম নিপামচানা মাগী মরুপ ৱাহেংবম অঙৌ খিবা লাকপদগী ময়েংবম নিপামচাসু খুন তাবা য়াওরনি হায়ত্তুনা ঐখোয়গীদা য়াং নাইবা পাখন খনবদা নিপামচাসু য়াওরে, মখোং, ৱাচেৎ পৈয়ানচিংবা হান্না থোরাং তৌত্তুনা থম্বনা ঐখোয় ৪/৫ না ই ফানবা য়াও, ফল্লাং শিংমুৎ য়ানবা য়াও, নুমিৎ তাদ্রিবৈদা শাবা লোইত্তুনা ৱানা মখোং য়ুংবা ৱাচেৎ থাবা ফমুং ৩/৪ শেম্বা, চাক খোংফমনচিংবা শেম শাবা লোইত্তুনা নুমিৎ অত্তুদগী পোম্বীখোক খুন তাবা হৌখি। অমুন্না মথং মথং য়ুম অহুম অত্তুনা ঐখোয়গীদা লৈবনা শরুক অহুম থোক্তুনা ৱাহেংবম অঙৌসু তেরা অচৌবা মখোংদা মাগী য়ুম শানবা হোৎনরে। ময়েংবম নিপামচাসু ঐখোয়গীদা লৈনা লৈনা ৱাহেংবম অঙৌগা ঐখোয়গা লোন্নবা লম অত্তু হাইত্তুনা মাগী ইশ্খোল শেমলে নুঙ্গী ধনসিংগা জীবনসিংগসু মোরোক থানবা ইশ্খোলগী লম কোকপা হোরে। চাইরেনগী সোরোকথাইবম কর্নসিং মানা কল্লিবা লমত্তুদা মচা অহল গৌরসিংগীনা মমাংদা, মচানিপা মধুগীনা মনিংদা, মশাগীনা ময়াইদা অহুম থোক্লে। মথং মাইবম মনাওনা মাগী ইশ্খোল অত্তু অনি খাইদোক্তুনা মচানিপা মনিগী অমা, মচানিপা মুহোনগী অমা, অনি থোক্লে। খোংঙাম লৈয়োন্না কনবা জাগাদা মচানিপা সুরচানগী শরুক পীরগা থোবাল অথোকপমদা লৈহৌবা মচাশিংগী য়েংত্তুনা লম খরা চাওনা থাকলে।

মতম অত্তু নিংথৌতা হায়বা চীঙ মচা অসি য়ুম্বী য়াবা উ লোই থাঙেন ওইবা য়াবা কয়া লৈরম্মী। মত্তুদগী উ য়ান্দুনা থা

৭/৮ গী মনুংদা মাগী মাগী য়ুম শানদুনা লৈবা হৌথিবসি য়ুম ৬ হায়বদি — ১। থোঙাম লৈয়োন ২। মাইবম মনাও ৩। সোরোকখাইবম কর্ণসিং ৪। সোরোকথাইবম গৌরসিং ৫। রাহেংবম অঙৌ ৬। ঐখোয়গী ইমুং। ঐখোয়গা তাইনবদগী নোংপোক মখারোমদা ইঙ্খোন ওইনা অমোম গুলামজাৎ, অমোম নোংয়াই, লাইশ্রম গুনো, রাহেংবম বীর, হৈক্রুজম ইবোমচা, হৈক্রুজম লিলাসিং, হৈক্রুজম হেমনিং, হৈক্রুজম চন্দ্রহাজ অসিনা শমথদুনা ইঙ্খোল্ল হাইদুনা অঙনফোনচিংবা থানৈ। য়ুম ওইনা তারিবা ঐখোয়গী চখোক-চংশিন য়ানবা তুরেল খোংবান অদু লম্বী লমখুন শেমদুনা চখোক-চংশিন তৌনরে। নুমিদাং অহাংবা মতমদা ঐখোয়গী পাথন অদুদা ঙাইহাক ঙাইহাক পুন্দুনা রারী-রাতাই শানৈ। ঐখোয়না তারিবা পোম্বীখোক হায়বা খুঙ্গং মচা অসি হৌজিক য়ুম ৯ দা ঙাইরি মসি য়ামথংহন্দুনা খুন মচা অমা ওইবা য়ানবা হোংনবনি। মদুগীদমক কমিটি শেমনি হায়দুনা সোরোকথাইবম কর্ণসিংবু প্রসিডেন্ট, ঐহাকপুনা (অইবা) অশিন-অরাং সেক্রেটরী হাপ্তুনা কমিটি শেম্লে।

ইং ১৯৪৯ দগী তাবা হৌবনা ইং ১৯৫০ দা খোংনাং ফৈদেকপীদগী রাংখেম রামোসিংহ, হাইমোম্লানা পোম্বীখোক পাং চাবগী পাং শিংপদা য়াওই। মুঙ্ হঞ্জবা লাইশ্রম পিশক্কী য়ুমদা থুংই। মুঙ্ হঞ্জবা পিশক গঞ্জা য়াম্না পামজবা মীনি। রাংখেম রামোদি অরিবা গঞ্জা হাওত্রবদি থক্কবা মীনি। মতম অদু পোইন্নু, রাকচিংনি। পোম্বীখোক কোম শিংপা ঈশিং কংনদুনা ঙা ফাবা হৌই। মখোয়না ঙা ফাত্রবা মকমশিং অদুদা ঐখোয় থরস্নু ঙা তাংবা ওইনা লৈথোম হুমদুনা ঙা থি। তান চাদুনা ঙমু, ঙক্রো থেংনদুনা ফাই। নুমিৎ অদু রামোনা 'তা হঞ্জবা য়াম্না ইংখ্রে, গঞ্জা ঙান্থক অমথক্তি লৈরি মদু থক্লসি ঙা ফাবস্নু লোইগদবা য়ামদ্রে। মতুংগীদি য়ুম য়োরগা

থকল্লুরসি থাংবা ঙমশিলক্কে শেম্বীরো হায়দুনা হঞ্জবনা মখুৎ-মশা হায়দুনা কংফান্দা কারক্লগা গঞ্জা শেমই।

ইম্ফাল খোংনাং কৈদেকপীদগী ৱাংখেম রামো হায়বা অদু ঐখোয়গী পাবুংগা, ওক্রম ইবোমচা (ওঃ জয়গী পাজি) গা মখোয় অহুম অসি পীক্লিঙৈদগী মতাও শান্নবা মরুপ্পি অদুনা ঐনা রামোবু পাজি কৌবনি। পাজি রামো নহা ওইনা গঞ্জা থরককপা গঞ্জাগী মহাও নিংথিনা থংদুনা নিশা পুবা হৈরবা মীনি। হঞ্জবা গঞ্জা শেম্বা লোইদুনা 'ইবুংঙো রামো খুং শা শেংদোক্লো শেম্বা লোইরে।' রামোনা হাই, 'তা হঞ্জবা মতম অসি মাংহল্লহুসি ঙা ফাবা লোইবা থেংলগনি। তা হঞ্জবনা মৈখু খোকহনবীরক্লো ঐ অসুম লেপ্পা লেপ্পা ঈশিং অনৈবা অসিদা হায়দোক্লগে' হায়দুনা মখুৎ অদু ঈশিং অদুদা চামথোক্লগা শেংলিবা ফিদা তৈথোকচরে। হঞ্জবনা মপুংফানা অমুক্কং চিংলগা লান্নৈ। নিংথমথাগী ইংগ্রবা মতম ওইবনা পাজি রামোনা মখুৎতু থক থক নিত্তুনা লাম্লকপদা কংক্রেগা শোক্লরে। হঞ্জবনা পাইথ্রবোই নিংদুনা মখুৎ থাদোকখ্রে। মরক্তা কংক্রেদু লৈখোম খুউ পুথবদা তাথোকখ্রে রামো গঞ্জা থকপা কংহোদ্রে অনি অদু লৈখোম মরক্তা মায় মায় ওনশিন্নদুনা য়েংনবসি মীকুপ ৫/১০ ৱা ঙাংনদনা য়েংনখি। মতুমক্তা খুং খোক্লবা য়াবা নত্তবনা অয়ুক নুমিং য়ুংদ্রিবৈদা ঙা ফাবা লোইনবা হোৎনখি। কুম অদুদা পাজি রামোদু ঐখোয়গী অহলশিংগী মনাক্তা লাক্তুনা খুন তাবা য়াওজগে হায়বদগী হৈক্রুজম হেমোশিংগী ইথোল লৌকোকমন হঞ্জিন্দুনা পোম্বীখোক্তা য়ুম শাদুনা খুন তাবা য়াওরে।

পোম্বীখোক হায়বা লম অসি মাইল অমরোম শাংগদবা তুরেলনা ইকোই কোইশিল্লি। তোর্বানশিংনা তোংই, মতম অদু খোংবান অকোইবদুদা তেরা উজাও ৭৫ রোম হৌরম্মী। তেরাশিং অদুগী মরক্তা ফক্লাং শিংমুৎ-শিংনাংশিংনা য়াম্না কুংনা লম অনি

থগাইগী মথক্তা রাংনা হৌই। তোধ্বান অতোংবদগী থর হাইদোকপা অকুংপা কোম ঈশিং লৈবশিংদা ওক্লা লৈয়োনফম মচি ময়াদা মচিন্না লৈবাক হনগাইতুনা তিঙ্গোংনচিংবা তিন ফাতুনা চাবগী নিনফম য়াম্না লৈরম্মী। নুঙ্ ভাংজেংগী ইরোইশিং তুরেল লান্দুনা পোম্বীখোক্কী অশোংবদা চংথ্রবদি মী ১/২ না ইরোই হোইবা চংবদা কিনরম্মী। অতুগুম্না মফম অতু চংতুনা খুন্দারকপনিনা য়ুম য়ামজদবা অসি অহিং তাইবং চখোকপদা চিংনৈ। অতুনা রারেপ অমনা অকোইবা অতু পুন্না কোকমিন্নতুনা খুন্দাথিবনি। অতুবু ঐখোয়গী খোংময়দগী নিংথৌতা ফাওবদি য়ুম মাপল লৈরে। মথারোমদা রাংখেম রামো, সনা শাবা মনিগা য়ুম অনি লৈরে অতুগা ইং ১৯৫০ দদি য়ুম ১১ শুরে। য়ুম ১১ অসিনা পুকচেল অমত্তা ওইনা মান্নতুনা ইখোল কল্লিবা মীওইশিংদা ডাংনরে। ঐখোয় খুনফম অমা শেমগে তৌবনি কনাগুম্না মীনা খুন তাবা য়াওগে হায়রবদি নখোয় নখোয়গী ইখোল অসি লোকোকমন লৌতুনা পীবীয়ু ইখোল পাম্মুরবদি য়ুম হোংবীরক্তুনা খুন্দাবা য়াওবীয়ু।

ইং ১৯৪৯ দা শাগংবা পাং চাবা রাংজম খোমদোন মতম সুরতুনা পাংতগী কাখ্রে। ইং ১৯৫০ দগী থৌবাল ক্যামদগী ওক্রম চাওবা, থিঙুজম অচৌ, য়ুম্নাম ইবোতোন মখোয় অহুম্না শাগংবা পাং চহি অনিগী ওইনা ফম্নরে। মখোয় ইং ১৯৫১ দা পাং থাদোকদবনি। মসিগী মনুং অসিদা ঐহাক (অইবা) নুংথিল নুংথিল অডাং লাইরিক তম্বী। অয়ুক হুমিদাংরাই লৌ-ইখোল শুই। করিগুম্বা তাঙ্গাদা ককচিংদসু চংলি, অযুক হল্লকই। খুনগী অহল-শিংনা ঐবু য়াম্না নুংশি লুনা তৌবী। চহি অনি হৌখ্রতুনা শাগংবা ফম্বা য়াওরিবা ওক্রম চাওবা, থিঙুজম অচৌ, য়ুম্নাম ইবোতোন মখোয় অহুমতু পোম্বীখোক্তা খুন তাতুনা লৈমিন্নশি, মথারোমদা কোক্তবা লম থরসু লৈরি। য়ারগদি মীসু থরা হৌরকউ য়ুম

৩০/৪০ তাবা চনগনি হায়নবদা মখোয় অহুম য়ারে। হান্না কোক্লবা মফম অতু মখোয় মহুমগী ওইনা ঙাংনতুনা ঐখোয়গা তাইনবা মফম অমোম গুলামজাৎ মচানিপা নোংয়াইগী ইখোল অতু ওক্রম চাওবনা লৌকোকমন হঞ্জিন্দুনা লৌরে। লাইশ্রম গুনোগী মফম্না যুম্নাম ইবোতোম্না লৌরে। ৱাহেংবম অঙৌগী মথং নিংথৌতা চীঙলোমদা থংবা মফম নুঙ্গুগী ধোনসিং, জীবনসিং অনিগী মোরোক ইখোল অতুনা থিঙজম অচৌ মনাওনিপা মুক্তাসিংগনা লৌতুনা য়ুম শাতুনা ইং ১৯৫২ দদি য়ুম মশীং ১৬ শুরক্লে। চহি অতুদা য়ুম্নাম ইবোতোনগী মচেগী মচা নিঙোম্বম চাওবা, মচেগী মচা লোবা ৱাংজম তোম্বা, থিয়াম গন্ধারসিং, থিঙজম নিংথেমজাও, তখেল্লম্বম থম্বালজাও, তখেল্লম্বম চন্দ্রমনি, য়ুম্নাম মনিনচিংবা থৌবাল ক্যামদগী মীওই কয়ামরুম খুন তাবা য়াওরে। সোরোকখাইবম কর্ণসিং সভাপতি ঐ (অইবা) ইশামক ৱাহেংবম অঙৌনচিংবা মীওই হান্না খুন্দারম্বা মীশিংনাকোকলম্লবা ইখোল লৈহনবা, কোক্কবা লমদা মাগী মাগী লম পীতুনা নিলহন্দুনা খুন শেমগংলি। য়ুম্নাম ইবোতোনগী ময়াম্বা মনি মতম অমদা ৱাইথৌ মপাল য়াইথিবী শেংদাকুনা হিন্দু সমাজদা তিলহনবদা থংনথিবা নিপানি মহাক লাকপদা গান্ধী কেপ য়াওরকই। খুবা অতুস্তু খুন তাবা য়াওগনি হায়না লাকপদা খুন তাবা লাকপা মীশিংদি ঐগা উনফম থোকপনিনা ঐখোয় অনি উনরবদা মাস্তু কংগ্রেস পাম্বা ঐগীস্তু অপাম্বনিনা ঐখোয় অনি মান্নবী কৌনৈ। মহাক অতু ঐনা অহাংবা কন্দুনা থম্বা মফম অমা পিতুনা য়ুম তাহনখি। মান্নবী মনি, লোইনবী মুসিংলৈ মচা নিপা অমতা পোকপা ইনাও বাবুশিং য়াওরকই। মহাক অঙাংনিনা ক্লাস থি পাস তৌতুনা লাকপনি। মথংদা য়ুম্নাম মনিগী মচে লোবা ক্ষেত্রিময়ুম মনি খুন্দাবা য়াওগে লাকলে মচা নিপা মধুসিং (পুং য়ৈবনি), মনাও নিপা গুলাপ খুন্দাবা য়াওররে।

ইং ১৯৫৩ দা লাইশ্রম কালা, হৈস্নাম আভি, খোকচোম ইবোতোম্বীনচিংবা মীওই কয়া লাক্লুনা চাওরাক্পা য়ুম ৩০ লোম হেন্না খুন্দারে। ঐখোয়গা থংনবা ময়েংবম নিপামচাগী লম অদু ইরোই লৈতনা থাংনা শিংমুৎ হায়দুনা মৈ থারগা য়োংন খর য়ানবা হৌবা মতমদা মশাওনিপা কেশো দ্রাইভংগা মমাগা লাক্লুনা থিরকপদগী মমানা ঐদি নখোয়গী তুরেলসি হি লানথোক লাননিন তৌবা কিজে হায়দুনা খোংয়াম শাগংবা মনাক্তা অহাংবা লম অমদা য়ুম শাদুনা মমাগী মনাক্তা লৈদুনা মাগী শকক অদু থিয়াম গন্ধারসিংদা পীদুনা লৈহনখি। নুপামচা মমাগা খোংয়ামদা খুন্দাবা য়াওখি। ময়েংবম নিপামচা মীওই মীতৌ ফবা ব্রাং চাওবা থোং তোন চাবা মীনি। শিংজমৈ চীঙা মখোংদগীনি মকোক অদু শম অমতা হৌদে ইরং লংই কুচুদি মুই। মতম অয়াম্বদা মুগা কমফোটি অমনা কোক য়েংশিন্দুনা মীনা মকোক তাংই হায়বা থংহন্দনবা হোংনৈ। পোম্বীখোক খুনগী হান্না য়ুম ১৬ তা ঙাইরিঔদা পোম্বীখোক খুনশেম মরূপ হায়বা অমা শেমদুনা সোরোকখাইবম কর্ণসিংনা সভাপতি, ঐনা ( অইবা ) সেক্রেটরী ওইদুনা থাগী পুর্নিমা খুদিংগী শিকি অমমম পুথংনবা মরূপ অমা শেমই। থা অমদা লুপা মরি তাই মদু কনাগুম্বা অমদা পুহল্লি মথং থাদা শেল পুখিবা মীদুনা অপুবা লুপা মরিগা শেন্দোই শিকি অমগা মশাগী শিকি অমগা মরি মখাই পুথোকই। অস্লুন্না মথং মথং চাওনবা হোৎনবনা ফন্দ লুপা কুন্থ্ রোম শুরে, মতম অদুদা পোম্বীখোক য়ুমথোং ৩০ রোম শুরবদ অনৌবা ব্রারেপ অমনা য়ুমথোংগী মখাই পুথুৎনদুনা খুনশেম মরূপ মমিং হোংদুনা পোম্বীখোক ডিভেলোপমেন্ট কমিটি হায়না থংনরে। মথংদা খুমুকচম থম্বালঅঙৌ, ব্রাংজম কেশো, ক্ষেত্রিময়ুম মনি, তোইজম লোম্নোন, থিয়াম অমুবনচিংবা মী কয়া অমস্থ লাক্লুনা য়ুম তাবা

য়াওরে। মতম অতু পোম্বীখোক খুনফম ফারে শিনফম খুদিংস্তু অয়াম্বা স্নুরে। নত সঙ্কীর্ত্তনগী ঈশৈ হনবীনবা সোরোকথাইবম কর্নসিং অঙাং ওইনা ঈশৈ তৌরকপা মীনি। তংখেল্লম্বম থম্বালজাওগী মপা সনা কোন্নুংগী পুং য়ৈবা মীনি। ক্ষেত্রিময়ুম মোধুসিং থৌবাল ঙাইথেম চাওবা অফাওবা অতুগী তুং ইনবনি। য়ুম্নাম ইবোতোন, নিঙোম চাওবা, শোরোকথাইবম মোধু খোম্বাংবা তুহার ঙম্বা মী ঙাক্তনি। ষষ্ঠি পুজা, কালেনগী মতম খাংবদা ব্রারী লিবীনবা লৈরে। থোঙাম লৈয়েন ব্রারী লিবা নুংলেল্লগী মতিক চাবা সেবকনি। থাং শাবদা খুমুকচম থম্বালঅঙৌ য়ওরে। খোংজোম পর্ব তানিংবদা লাইশ্রম কালা য়াওরে। অঙাংদগী অহল ফাওবা লয়েংনবা অমদি বৈত ওইনবা হৈস্নাম আভি য়াওরে। মরুওইবা খুন অমা পানবগী মরুওইবা খরদি লৈরে। পোম্বীখোক খুনশেম মরুপকী ফন্দস্তু লুপা ৭০০০ হেন্না লৈরে, অতুনা খুন লৈবগী চংদবা য়াদবা মচাক খরদি লৈরসি থন্নরে। পুং অমা, কর্ত্তান মাংগং অহুম, তেকচাও অনি, তির্পান অনি, পেট্রোমেক্স অমা, হ্যাপলেম্পা অমা লৈহুনা খুন অমা পানবগী ব্রাংতনবা হোৎনরে।



## পাৎকোক ককপা

পোম্বীখোক খুনকম অমা ওইজরবস্তু তৌগদবা থবক্তি মচিন মৈ মুবদা ঙাইরি। ঙাকথোক্রবা য়াম্না লৈরি। ঐখোয়না হৌজিক লৈরিবা য়ুম ইঙ্খোলশিং অসি অয়াম্বনা তেরা উপান অচৌবা ইঙ্খোল অমা। ২/৩ দগী ৫/৬ ফাত্তবা হৌই। তেরা মখোংশিং অহুদা মোরোক, ইঙ্গানেচিংবা য়াম্না থারি। তেরা হেকপশিংনা তেরা হেকপদা মশা মরেং অচৌবা কয়া কোচিনা চীংথেক্লুনা নত্রগা থাংনা য়ান্দুনা থাদরকই। মথাদা হৌরিবা মনা মশিংশিং অহু মাংনা তারুবা নৈহংলি। তেরা হেকপা কাংবুনা ঐখোয়গী থোইনা য়েংবীরমদে।

অমরোমদা ঐখোয় ঐখোয়না উজরিবা লৌকমশিং অতুদা ঈশিং চেল্লি হায়তুনা লু থুমতুনা ঙা ফাজববু পাং চাবা কাংবুনা নখোইনাফ ারিবা ঙা অতু ঐগী পাংতগী চংথিবা ঙানি ঈশিং শমনৈ হায়তুনা ফাহনদে। হায়রিবা পোম্বীখোক পাৎ অতু চহি অনিদা লুপা ৬০ দা ওকপা পাংনি। পাৎ অসি ইপান্থাদা। লৌ পরি তরেৎলোম চাওই পোইন্নু ব্লাকচিংদা লৌ শঙম অমরোম চাওই মতুগী ঈশিং চিথফম খোংজিন অতু মথা থংবা শরুক তাংজেংলোম থংবা ইম্ফাল তুরেন্দা তারুই।

অনিশুবা লঙ্গাও লোইরকপা মতম অতুরাইদা থৌবাল সব ডিভিজন লাইফম পানাদা লৈবা তাংজেংনা, তুরেল লাম্থোক্তুনা বীয়েনপুর সব ডিভিজন অহল্লুপ্পা খুন্দাবা হৌবা মতমদা তাংজেংলোম থংবা শরুক পোম্বীখোক্কী তোর্বান অতুদা থাইদেম সনাহোংবা, থাইদেম নিত্যাই, নোংমাইথেম পুইস্যসিং, মোইরাংথেম গুরচন্দ্রনচিংবা মীওই ৬/৭ ইঙ্খোল কোইতুনা মোরোক, হঙ্গাম, হরাই মঙ্গল, চুজাকনচিংবা থাতুনা ইঙ্খোল কোইবম্মী। পোম্বীখোক খুন তারতুনা পাংকোক ককনবা হোংনবদা তাংজেংগী মীওইশিংসু শেনথাই থাংবা য়াওই। পোম্বীখোক খুনশেম মরুপ্তুদি য়ুম তাদবনিনা তাংজেং য়াওদে। মতম কয়া পাংশেন লিলাম চংলবা পোম্বীখোক পাংনিনা ইবাই লাইনা পাংকোক ককপা য়াদে। মতম অতুগী কিশরী ওফিসাবতু রাধেশ্যাম বোরা, পাংকোক ককনবা হোংনবদা বিভিন্নগা ইনকম চাংদমনবা তাবগা বিভিন্নগী হিসাব চই।

পোম্বীখোক খুনশেম মরুপকী সেক্রেটরী অমা ওইনা দাই পুন্নমক ঐতোন্দা শিন্নে ঐগী তুংইমবা তাংজেংগী নোংমাইথেম পুইস্যসিংগা ঐখোয় অনি চংমিন্নে। ইম্ফাল য়োরগা ঐনা রাজনিতিগী অহলশিং ললিত মাধব, সিনাম কৃষ্ণমুহোন, ডাক্তর লৈরেন, পোশংবম তোমান, সলাম তোম্বী, লোইতাম য়াইমা, এমঃ কোইরেং, লোংজম থম্বোনচিংবা অহল কয়াগী মতেং লৌতুনা থবক পাংথোক্লবা হোংনবা অতু তাদ পুইস্যসিংদি নুংঙাইবা পোকই। ঐবু মানা থাজবা মনাও অমা ওইনা লৌই। মতম অতু মণিপুর তেরিটোরিয়েল কাউন্সিলগী চিয়ারমেন্ট এনং কোইরেংনা ওইরি।

এমঃ কোইরেং ইং ১৯৪৫ দগী কংগ্রেস য়াওমিন্নরকপনি। মতুদগী শক মুন্না থংনরকপনা ইং ১৯৫২ দা থাঙ্গ কুম্বীদা কোইরেংনা মীরেপ ওইবদা ঐখোয়গী পোম্বীখোক্তা ভোট ১৬ য়াওই। মতুদা

ঐহৌয় শগা, ফংগুবা খোনো চংলি শগাংদগী কেইরেংগী মান গাড়ি অমা থাবতুনা ঐখোয়না লৌরে ইথায়দা ভোং থাদে মতুদা ঐনা নী ১৬ পুরগা পুন্ন ভোং থাদে হায়বা ওঝা কোইরেংনা থৌই হান্না খুডনবকপগী মথক্তা মাগী কনষ্ট্রাসনদা লৈমিন্নবনা অতুদা অমক্ক হেন্না নুনা লৌরে। ঐহাকশু ঐগী ওইবা লনাই বা অমতা কোইরেংদা হায়দে মীয়ামগী ওইবা ইশুনদি পোম্বীখোক পাংকোক ফকপা হায়না ওঝা কোইরেংদা নইক্ক। ওঝা কোইরেংদা দিও লেটর ইকহনতুনা থারেক্ষ্যায়দা পোম্বীখোক পাংকোক ককনবা হায়দীতুনা চহি অহুদা পোম্বীখোক পাংকোক কক্তুনা ঐখোয়গী ওইবা ফংখি।

পাং অহু ঐখোয়গী ওইবা কংলবনিনা মীয়াম তিন্নতুনা নিয়ম অমা শেমদোক্তে পাংনা কোন্নবা অাওথবী ফৌ থাবা য়াবা শঙম ২৪ লোম লৈ। মত হান্ন খুন্দাবা অরিবা ইমুং ২৩ তাংজেং লো মাইথেম পুক্তাসিংগা ১৯ অহু লৌ শঙম অমমম থংনরে কোমজাও লৌ শঙম চাওবা অহু খাইগী অহল ওইবা সোরোকখাইনম কর্নসিংগী মিংদা পান্নে। ঈশিং চিথকম খোংলিন অহু সোই ফমহুনা লু থুমহুনা ভায়েন য়েন্ন। চহি অহুদা তাংজেংস্তু শেনথাই থাখিবশিং ভায়েন চাবা য়াওই। লৌ লোকপা লোইরবা ঈশিং কংলবা মতমদা হুমিং অমা লেপ্লহুনা পোম্বীখোক কোম নৈহুনা চামিন্নে।

ইং ১৯৫৩ দা পোম্বীখোক পাংকোক ককলবা মতুংদা অশংবা মতমদা ঐনা লাইরিক তম্বীবা অহু থৌ চিনশিল্লকপা অহুদদি খোংয়াম পোম্বীখোক কী স্কুল অমা শাশি অতোপ্পা ওঝা অমা, কৌশি থন্নহুনা ঐনা কোকচবা লৌ মরাক অমরোম মীয়াম্না শিজিন্নরিবা মখৈ য়াগনি হায়না লম থাংদোকতুনা ময়াম উ রা থাইনহুনা স্কুল শং মচা অমা শারে। সেক্রেটরী অমা

ওইনা ঐনা ওঝা থিবা চংলি। তান চাতুনা কোন্থৌজম খুন্দগী ইবোপিশক কৌবা মেত্রিক থারবা অমা কৌতুনা ওঝা ওইহল্লে। ঐহাক খুনগী অমদি মীয়াম থবক চংথাক চংশিন তৌবদা খরা হাই শংলে। লৈহাও ফবা লম ওইবনা পোম্বৌখোক ইশ্নোল কোইবগী মহে চারে। লুংঙু, তাংজেং, চাইরেন খুনশিংদি ইশ্নোল কোইংদে ফৌদি মতিক চানা চানা হাপনৈ। পোম্বৌখোকী ইশ্নোল মনা মশিংশিং অতু লুংঙু চাইরেনগী কৌগা শিন্নদুনা চামিল্লে। পোম্বৌখোকশু চাবা থকপা রাংতবনা য়ামলে।

# ঈশিং ঈচাও (১৯৫৪)

ইং ১৯১৪ নি কুম অহু পোম্বীখোক খুনগী লৌ মহিক চানা ফারে। চাবা রাংকদবা ইমুংশিংনা মাগী মাগী ইঙ্খোন্দ অচেন যৌ চাংলৈ থান্দুনা অচেন গৌশিং খোইডাং শানরে লোকপনক্তি য়াফাংত্রি। লাংবন থাগী পানথেলকপা মঙমনি মনিপুরগী মফম অয়াম্বা ক্লমিং ৪/৫ নি নোং লেপ্না চুবদগী ঈশিং চাওবে য়ুম চেনবমক্তি য়াওনদ্রি।

কুম অহু ন্নুউ শগাবা পাং অহু লামৈদোংগী য়ুম্নাম অঙৌবনা লিলাম লৌদুনা শোয় ফমই। পাং তুবেন লোইনা শম্নদুনা পাং সোই লৌবা য়াদ্রে শগাইরানা শারগা লৈনরে। শাগংবা পাংক ঐথোয়গী যুমগা তুবেল রাংম রাংম লৈনবনি। হিনা লাম্হোক লানশিন তৌদুনা চংনবনি। সোই ফরা য়াওবা লাংমৈদোং মোইরাংথেম ধ্বজগা ঐথোয় অনি রাথল্লে। ইবুঙো প্রেমানন্দ পাটাদারশু ময়ুম চাখ্রে ঐনা পোং শংলি। ঈশিং চাওবসিদা উপাই লৈতে নংশু শুফম চংফম খংদনা লৈরি। লাংবন তর্পনশু য়োৗগাদৌরে, ইরম ফাওরিবৈ অসিদা চাইরেন চফুসি হিপোং অমতং কারুবা ভগ্নদি শেন থরুদি ফংগনি।

কৈ হায়তুনা ঐখোয় অনি থৌরাং তৌরে। চাইরেন খুল্লাকপগী মচা মনিহারগীদা, খোংনাং ফৈদেকপীগী কাওবগী ফৌপোৎ চামা চনবা হিজাও অনা লৈ। হি অদু রাইবদা নোংমদা লুপা অম মথাই পী। মতু ঐখোয় অনিনা রাইরে চাইরেন চফু শাফম খুদিংদগী চফু লৈতুনা হিপোৎ থন্নবা থৌরাং তৌরে। লাংবনগী ৭/৮ পানবা অয়ুক্তা ইরাম্বা ধজগা ঐখোয় অনি চাক ঙন্না চাতুনা চৈঙাক নৌ পাইতুনা হি অদু চাইরেন্দগী থাগৎলে। অয়ুক অতুমা চাইরেন নোংয়াইখোং মরিন্দ হোনগৎলকপনা মোইরাংকোম মরিন হোন্দুনা খোংঙাম মোন্দুম খোং য়োরে। পুমলেন পাংতগী অচৌবা ফুম কয়ানা য়েশিন্দুনা খোং মথাতু চংনবা লৌবী ঙিংখ্রে। মতমতু নুংথিল পুং ২ থর হেনবা মতমনি মফম অদু মীনা অঙকপ ফংন য়াম্না খোং ফুনবা য়েংলম্মী। চৈ, ফুমলেন থাগোল, পায়তুনা লেম্থংপা য়াওই। অতুবু ফুম অতু চাওবনা নুমিং নিনি হুমনিদা লোইবা ঙমলোই। খোং নাক য়েং ঈশিং চেল্লি অতুবু অচৌবা হিতু চংনবগী উপাইদি লৈতে। ঈশিং খুজেং য়োবা মফমতুদা লুগাইহি ওইরবদি য়াগদবনি ঐখোয়গী হি অতুদি মতুংদা মী ফৈনা হিপ্পা য়াবা অচৌবা হিনি। অতুগী মথক্তা চফু মপোং অমসু য়াওরিবনি। মফম অতুদা ফাইতুনা লৈবদা তারক্লে, ককচিং খুনৌ খোংঙামগী কুম্মৈ য়েংলিবা মীয়ামদা হায়জরে। হি অতু শোরোক তংথায় ফাওবদি হিনাও চংবা য়ারে অতৈদি পন্দুনা লৈখ্রে। হিসি ইনবা থরা য়াওবীয়ু হায়জবদা মীয়াম অতুনা মতেং পাংবীতুনা হি অতু পুমলেন পাং তাবা ঙমজরে। ঐখোয়সু চুরুট, বেরী অয়াওবা পুথোক্তুনা ময়ামদা য়েঙ্গরে।

অতুম তৌতুনা ইচিন-ইনাও হি অতু হোন্দুনা রাইখোং মনিংদগী ককয়াই অতুনা নুমিং তাদ্রিবৈদো লাংমৈদোং য়ৌরে। তাদ ধজগী

ময়ুম অহুরাইদা লৈ অহুবু লম থজিক্কং চংবনা মনাক নকপা মকম অমদা শঙ্গোয় অমা ভাংনহুনা চফুশিং অহু হোনগংলগা পৈতুনা থম্নে। অহিং অহু ঐথোয় চফু শঙহুনা লৈরে। নোংভাল্লগা তাদ ধজনা লাইগনাইদা চংতুনা চফু লৈবগী পাও পীরুহনা চফু ময়াম অহু নুমিং ৪/৫ নিদা য়োনবা লোইখি। হিমন খাইদোকপ্রগা ঐথোয় অনি লুপা ৫০/৫০ থুংনৈ।

নুমিং ৫/৬ নি লাংমৈদোংদা লৈবে, কুইরবদি হিগী মমল য়ামপ্রনি হয়েং হি থিনবা চংসি ভাংনবা নুমিংকী অহিংদগী নোং অসি অরেপ্পা লৈতনা তাখিবনা নুমিং হুম্নি মবিনি নোং হাংখিদ্রে। মোন্দুম খোংনা ফূনখিবনা মরম ওইহুনা পুমলেন পাত্তগী চাওর চাওরবা ফুম হায়জিল্লকুনা লাংমৈদোং ককয়াইগী থোং নমথেক্তুনা মথক্কা থাবা উবাক লোইনা তাওথোকখ্রে। বকয়াই শোবোক ঈশিং থবাক য়ৌখ্রে। ইম্ফাল, শুগ্নু লম্বী গাড়ী চংপা য়াদ্রে। মতম অহু শুগ্নুদা হরা গাড়ী মরি লৈহৌই। শুগ্নুদগী ইম্ফাল লাকপা মীনা থৌনাওজম য়াংদোংদা গাড়ী থারে। ইম্ফাল্লোমদগী লাকপা গাড়ীনা লাংমৈদোং খোংনাং মথোংদগী অরাংলোমদা থারে। লাংমৈদোং মীয়াম তিন্দুনা অরা-অনা কন্নবা কমিটি অমা শেম্নে। মতম অহুগী লাংমৈদোংদা মচিন চৎপা মীওই অমুচৌ, গম্ভাবসিং, কোক্তাং, কোকভাং, মাইপাক, অঙৌরাবা, বোড়াজাত্ত ময়াম অহুনা তাদ ধজগা ঐথোয় অনিদা হায়রে। হন্দক্কী খোংফমদা নখোয় অনিনা হি পুরকপা অসি লাইন তম্বা অমনি। ইম্ফাল শুগ্নু লম্বী অসি গাড়ী চংনবা য়াদ্রিফাওবা নখোয়গী হি অসি মফম অসিদা থম্লসি। হিবুনা হায়রবস্থু ঐথোয়না ভাংনরগনি। হি অসি শঙবগী থৌদাং ঐথোয় কমিটিনা পুগনি। মহুদা কান্নবগী মমল অহু নখোয় অনিনা ফংউ। পরা অমরোম হেনবা লম অসি মী অমদা পৈশা মরি, কেরোসিন টিন অমদা পৈশা মরি, থুম বেক অমদা

অনা অমা, ফৌ পোং অমদা অনা অমা, যণ পাবোত্তা লুপা অমা, যণগাড়ী অমদা লুপা অমা, যণগাড়ী, যণ অমদি ফৌগা পুন্না লুপা অহুম, ইরোই অমগী মমল লুপা অমা অহু নখোয় অনিনা লৌজৌ, মীয়ামগী সেবা তৌরম্মু হায়দুনা তাদ ধজগা ঐখোয় অনি ককয়াই হি লানবগী থবক তৌরে।

লাংমৈদোংদা লৈরিঙে মতমদা পোম্বীখোক থুন যুম থুমহুনা চীঙদা চেন্লে হায়বা পাও ফংই। অহুবু সোমদসু থুং থাদোকপা য়াদবগী খোং ফমদা লৈবনা ঐহাক পাও ফংনা ফংনা যুমদা চত্তে। ইম্ফাল্লোমদগী বস ৫/৬ না পুরকপা মান পেসেঞ্জরশিং অহু শুয়ুদা লৈবা বস মরিনা ওক্তুনা লাইদ্দি ফাওহল্লি। মহু হিজাও অহুগী মপান্নুনি, হিহুসু বস মপোং অনিগী পোং অমদি পেসেঞ্জরশিং অহু য়াম্না কোম্না চল্লি। অহাংবা মতমদদি মী অনিগীসু হি হোনবা তাবনি। অসুম্না নোংমদা লুপা ৫০/৬০ দি তারে। মথাংরোমদগী লাকপা যণগাড়ী অহুম মপোং য়াওরগা লাকই। গাড়ী অহুম অহুগী ফৌশিং অহু মশাক থংনা মচি মচিদা থম্লে। যণগাড়ী অমা যণ পাবোং অমা মথং মথং হাপ্নুনা যণগাড়ী অহুম যণ ৬ ফৌবোং ২৪ হান্না ভাইহুনা লৈরম্বা মী কয়াগা লোয়নবদা হিহু থোইনা রাদনা উই। মীগী মচিন্দগী হি থম্বা চাইবেন মনিহার অহু মাগী হিনা শেল তান্দুনা য়াম্না ফংলে হায়হুনা তারে। মাগী হিমন চাওবনা হি থুনা থিল্লকউ হায়বগী চিঠি থারকই। সোমদদি ককয়াই ঈশিং ময়েং তাবা থজিক্তা হৌরকই। য়ামদ্রবদা থা মথাই অমদি হি শীজিন্নবা দরকার ওইবি। লাংমৈদোংগী থৌশিন কমিটিনা ঐখোয় অরাবা ওইরি হি থাবা য়ারোই হায়বদগী মনিহার মশা লাক্তুনা তৌরিবা থৌওং অহু উবদা অহুদি ফরে ময়ামগী লৈবাক্কী থবক্রি। তৌবতদ্দি ঐগী হিমন লুপা অহুম ওইনসি হায়হুনা হুমিং অহুদগী হিমন লুপা অহুম ওইখি।

ঈশিংনা ময়েং খরা খরা তারকুনা অতোংবা শোরোক্কী লৈয়াং খজিক খজিক উরবা এতনদা নোংমা হিয়াংলম, শুগ্‌. কেন্দ্রগী টি সি মেম্বর এলাংবম নোদি ত্রক গাড়ী অমদা চুজাক কুইন্টন ২০ হাপ্তুনা রিলিপ য়েন্নবা পুরকই। চুজাক অদু মেছিন্না ফজনা তক্লবা চুজাক্কি। ঐহাক ইম্ফাল তুরেলগী খোংবান তাবনি, ইশাদি অহল্লুপ্তা লৈবনি। অদুবু মমাংদগী কংগ্রেস ৱার্কর অমা ওইরকপনা অহল্লুপ্তা কোইরেংগী রাঙাংলোই ওই। লাইফমদা নোদিগী রাঙাংলোই ওইদুনা ঐগী মতেং ফংখিবা মীনিনা লাংমৈদোংদা ঐখোয় অনি উনবদু টি সি মেম্বর নোদি লুনা তোংই। ঐনা লৈবা লম অদু ঐখোয় অনি ভোট খোন্মীন্নরম্বা ওইবনা মুন্না থংই। ঐনস্ু হায়রে, খুবা নোদি ঐখোয় মাইকৈ ঈশিং চাওদুনা চীঙদা চেল্লে হায়বা পাও ফংলে। মফম অসিদস্ু থবক খরা চিল্লে প্রজাগী অৱাবা য়েংবা ওইনা ঐহাক চংলগে মুঙ্, চাইরেন, তাংজেং পোম্বীখোক্কী ওইনা ঐঙোম্দা। চুজাক বেক মরি পীরো হায়নদুনা ইশানা সহি তৌদুনা টি সি মেম্বর নোদিদগী চুজাক কুইন্টন মরি পুদুনা ঐহাক য়ুম য়োনবা চংলি। পোং অদু কোর্সানতাবীদা থগ্নমই অদুগা চীঙদা চেনবা অৱাবা তাৱবা মীয়ামদা য়েনবীনবা লোইহল্লুই। পোং অদু পুখোক পুসিন তৌবগী ঐনা বেক অমদা লুপা ২॥• (লুপা অনি মথাই) প্রজাদগী খায়দুনা লৌই। নোংমা নিনি লৈদুনা য়ুমগী শেল-থুম খরা পীরম্লগা হি লৈহৌরিবনিনা অমুক লাংমৈদোংদা লাকই। হিগা লোইননা লাংমৈদোংদা লৈবসি থা ফারক্লে। মণিপুরগী মরু ওইবা লম্বী ওইবনা সরকারনস্ু য়াম্না থুনা শেনজিন্দুনা মীয়াম চংপা, গাড়ী চেনবা য়াহনখি। তাদ ধজগা ঐখোয় অনিস্ু লাংমৈদোংদগী চাওরেনগী মচা মোধু নেকুনা হি অদু নোংমাইখোংদা তারগা ইম্ফাল তুরেল তাদুনা হি মপুদা পীরম্লে অদুগা ঐহাক য়ুম য়োরক্লে। চীঙদা চেল্লুবা মথৈস্ু মাগী মাগী ময়ুম-মকৈ শেনজিন্দুনা লৈনরে।

নোংমা পোম্বীখোক খুল্লশেম মরুপ তিন্নদুনা নৈনবা য়াবা ৱাফম কয়া নৈন্নরে। মতম খবা খোংয়ামগী অঙাংনা নোংপোক চীঙদা, পোম্বীখোক্কী অঙাংনা নিংথৌতা চীঙদা চেন্নখ্রে। স্কুল শঙ অমা লৈবন্দুসু ঈশিং থুম্বদগী ফক্লাং য়াওদ্রে। ওঝা ইবোপীশকসু ঈশিং চাওদুনা চংখিবদগী অমুক হল্লক্লে। লৌ, ইস্কোলসু ঈশিংনা অয়াম্বা মাহুনখ্রবনিনা মথং চহিদা ঐখোয় খরদি ৱানবা তারে। অদুনা ঐখোয় ইস্কোল খরাই য়াওনা হোংনসি। প্রজাগী অৱাবা উপাই তৌনবা থৌবালদা কম্যুনিটি প্রোজেক হায়বা অমা লৈ মদুদা মতেং পাংবা য়াবা ইস্কোলদা থানবা পোং করি লৈবগে হায়বা অদু ঐহাক য়েংলুগে। লাইবিক তম্বা অসি থা অমা অনি লেপখিসি হায়নরে। নোংঙাল্লগা চাক চারগা ঐহাক থৌবাল চংলে। মতম অদুদা থৌবাল কম্যুনিটি প্রোজেক ওফিসার ৱাঙেশ্যামনা ওই। ঐনা ঐখোয়গী অৱাবা ৱারী কয়াগী মতেং পাংদৌনবা চে থাজরে। চে অদু য়েংবীরবা মতুংদা ওফিসারনা লৌ-ইস্কোলগী থৌরম পুবা আর ও হায়বা ময়াং অমদা থাদরে। আর ও গা ঐখোয় খন্নবদা, মতম থেংখিবনা আলু, হরাই মঙ্গলন চিংবা লোইখিরম্রে গেহুদি থরা লৈ হায়দুনা গেস্ত মন অনি মথাই (বেক অমা) পীবীরে। মদু নৈনবদা হুমিং হুম্নিরোম চংই। নোংমা ককচিংগী য়ুমদা লৈরে। নোংঙানবগা শুগু গাড়ী অঙনবদা গেহু অদু হাপ্লগা পুরে। গেহু অদু ঐনা পুশিনবা ঙমদদুনা কোর্সাম্তাবীদা থন্নমলে। মতম অদু পুং ৮°৩০ রোম তারে, ঐহাক পোম্বীখোক য়ৌনবা চংলে।

মেবা থাগী পানথংলকপা অয়ুক লৈচিন থাবা মতমনি। অয়ুক পুং ৯ লোম তাবা মতম লৈচিল হায়দোকখিদুনা ভুংশা গোল্লবা মতমদা ঐহাক পোম্বীখোক্তা য়ৌরে। ঐনা ৱুম য়ৌবদা পাবুং লৈরমদে ইমাদা ঐনা পাবুং কদাইদা চংখিবনো হংজে।

ইমানা খুমই, তাংজেংদা চীঙ ওকপা অচৌবা অমা লাতুনা খুনগী মী চিথদনা লাকউ হায়বদগী অহল-লমন লোইনা চংখি। ঐগী রাখলসু মুঙাইরক্তে, কয়ামুক লুবা থবক ওইবিগবা ঈশিং থুমলুবগী মিৎ-মাই খংদনা যণপোং খোইহুনা থবক শুগদবা মতমসিদা, মী কয়ামুক নামৎ মাংহনবসিদি ঐ অমুক্তং চংতুনা য়েংলুগে হায়হুনা ঐহাক তাংজেংদা চংলে। তাংজেং থাইদেম নিয়মসিংগী শুমাং মাঙ্গোন্দা পোক্নীখোক খোংয়ামগী মী শুনা লৈরয়ে। থাইদেম নিয়মসিং তাংজেং খুনগী ইনাকখুনবা নিপা অমনি। ময়ুম য়ুমজাও ফজনা শাংনা যৌবোৎ ৩০০ গী মথক্তা হাপ্পা কয়জাও থিনবা মীনি। য়ুম অহুগী মাঙ্গোন ফমেন্দা ফক্কী মথক্তা অচৌবা ফিদা থাহুনা চীঙ ওকই হায়বা নিপা অহু ফমই। চহি ৫০ হেল্লবা মীনি মমিং ভগীরথ স্না কৌই হায়। ঐখোয় খুনগী অহলশিং মাংশোক্তা পরেং শানা ফম্লমই, অচৌনা শুমাংদা মুংশা য়াইহুনা লৈরমই। ঐনা হায়জে, ঐখোয়গী অহল-লমনশিং য়ুমগী থবক হুন্দোকুনা মফম অসিদা লৈবীরম্লিবসি করি হায়নবগীনো। ঐগী রাহৈ তাবা অমদি ঐবু উবা ফংবদা অফা অপুন্দগী থাদোক্লকপা ওইনা উই। চাইরেন ইথৌ কর্নসিংনা হায়রকই— 'প্রেমানন্দ নং লাকপা য়াম্না মুঙাইরে। ফম্লিবা স্নাখ্যা অসিনা মাগী চীঙদগী শীঙ থাবা, উকা লাঙ্গোন শীজিন্নবনি অহুনা য়ুমথোংগী লুপা ২৫ পীদবা য়ারোই হায়হুনা ঐখোয় খুদিংমক কৌরিবনি। নহাক্না থবক চংথোকখিবা অহুদা ঐখোয় তৌফম খংলমদবনি হৌজিক্তি লাক্লবনিনা ফরে।' মহুদা ঐস্নু ফরে স্নাখ্যা ঐহাক মীয়ামগী মহুৎ শিল্লে য়ানবা মঙদা করি ঙাংনসিগে তাকপীয়ু। ভগীরথ স্নানা হায়রকই— 'দামগী রিজার্ব অসি ঐনা চহি মঙাগী মোনোপোলি লৌরে। য়ুমথোং খুদিংনা উ য়ানবা, শীঙ য়ানবা য়াগনি। চহি অনগী য়ুমকোক অমদা লুপা ২৫ থিরগা য়াম্নিংবা য়ানবা য়াগনি। রাঙু, সন্দংখোং,

চাইরেন মী কয়া লুপা ২৫ খিবগী রিসিপ্ট কয়া য়াওরি, ইনাওনা ষেংবা য়াগনি হায়না ঐঙোন্দা য়েংহল্লি।' ঐনা হায়জে, চুমই স্নাখ্যা অরিবা থুঙ্গংশিং অতুগা ঐখোয়গা প্রমান শাবীগনু বিসি তা য়াওরিবা রাঙু তোমান, মেলৈ, কলাচান্দ, তোম্পোক্তি ইরোই লাংবা অচৌবা পাইতুনা কুমশি উয়ানবা লপা ৫০০/১০০০ শাদবা য়াদে হায়বনি। চাইরেন নরান, কুঙুগী নবোসিং, তুর্বসিং, অঙ্গুসিংসু, উ য়াল্লগা শেল তানগদবা মীনি। মখোয় মখোয়দি চাহিচা কয়াগী মমাংগী অরিবা থুনকম্লি। পোম্বৈখোক্তি থুয়ো তাবগী মথক্তা কুমশি ঈশিং ঈচাওনা রাহল্লবা থুঙ্গংনি। লৌউ-শিংউ ঐখোয়গীদি নোংমা শুরগা তরানি চানবা হোৎনবনি। স্নাখ্যানা কৌবা তাববসু অহল শাবা ১/২ কৌরগা তাকপীবা য়াই। অহলশিংগী রা তাবগা ঐখোয় থুম্না থন্নবগা স্নাখ্যাগী পীক্ষম থোকপা পীবা য়াই। মী অসুক য়াম্বা মতম মাংহনবদি স্নাখ্যাসু ফজবা থরদি রাৎলি। অতুবু ঐখোয়দি চুয়গী শীঙ থাগদবদনি। চাক্কী মতম য়োরে ঐখোয় থুন্দা চংলগা ময়াম অমুক্তা থন্নজকগে মতুংদা স্নাখ্যাগী মফমদা পাও পীজবগে। অহলশিংদা ওনশিল্লগা অহলশিং চৎলসি ঐখোয় থুন্দা থন্নকনি হায়নতুনা ময়াম হল্লকই।

ঐখোয়না লম্বীদা হোবেন নুমিদাং ওক্রম তা চাওবগীদা পুনশি হায়নতুনা য়ুম য়ুন্দা চংনরে। নুংথিল নুমিদাংরাই মশা মশাগী ইঙ্খোল সুনবে। নুমিদাং তত্তুদা ওক্রম চাওবগী য়ুমদা মীয়াম তিল্লে। ঐনা পৌবাল প্রোজেক্ট চংলুতুনা গেহু পুবকপগী রা থন্নরে, হয়েং অয়ুক্তা মী মরি থাতুনা গেহু লৌশিল্লুনবা মী থন্দোক্লে। হয়েং অনিদি গেহু অতু থানিংবা মীওইশিংদা য়েন্তোক্লবা থন্নরে। রাকম অহু লোইরগা চীংশেনগী রা থন্নবা হৌরে।

শীঙগীদমক্তি ঐখোয়গী নিংথৌতা চীঙনি দামগী চীঙগা শম্নদবা ভম্পাক চীঙনি, মসিদগী শীঙ চন্দুনা ঐখোয় নোংলেন্নবা হোৎনবা

য়াই। লুরিবদি কুমশি ঈশিং চাওবদা শঙ্গোই শঙ্গোন থরা তেক কায়খিবা য়াগুই, মসি চৌঙদগী উ য়ান্দবা য়াবোই। ইরোই লোইবা খুননিনা উকা লাঙ্গোন যান্দবা য়ারোই। খুনশেম মকপবী শেলস্থু মমাংদা পোং-চৈ মরাম লৈখিবনা ফন লুপা ৪০ দগী হেন্না লৈত্রে। মী খুদিংমক শেলস্থু থোকনা পাইনদ্রে। ভগীরথনা চৌঙ ওক্তিরৈঙৌগী মমাংদা হুংবান খুনগী মন্ত্রি শেলহাপ্‌দা লুপা অমা পীগ্রবদি য়াম্নিংবা উ-ব্রা য়ানবা য়ারম্মী। তৌজিক য়ুম কুন্থ্রা অসি য়ুম অমদা লুপা ২৫/২৫ থাইরবদি পুন্না লুপা ৭৫০ নি।

খুন্না অপাম পামদগীদি থনবীয়ু, ঐস্থু মীয়ামগী সেবা তৌনি হায়না রাজনিতি য়াগুজবনি। খুন্না লুপা ১৫০ (চামা য়াঙ্খৈ) দং থাইজিন-বীরবদি চহি ৫ কনানস্থু রা ঙাংহন্দবা ৎমজগনি। চংপস্থু ইতোমতা চংলোই খুনগী মী অনি অমস্থু থাবীয়ু, শেলকম অসিনা ঐখোয়গী থরচ অচংবস্থু কোনহনগে। “মতম অদু ইম্ফাল, শুগু মী অমগী ভারা ১ ৭৫ (লুপা অমগ শিকি অহুম) নি। মী অমনা হোটেলদা চাক থন্না চাবদা লুপা ১.৫০ (লুপা অমা মথাই) নি।” ঐনা ইচং থোবগী মরমদি মতম অদু মণিপুর টেরিটোরি কাউন্সিলগী চীয়ারমেন ওঝা কোইরেংনা ওইরি। ওঝা কোইরেং ঐবু লুনা তৌবী ঐনা হায়বদা য়াবী অদুনা ঐগী থৌনা লৈজবনি।

মথং নোংঙানবদা মী মরি চংতুনা কোর্সান্তাবীদগী গেস্ত লৌশিল্লে। গেস্ত থানিংবা মীওই কয়াদা য়েন্থোক্লে। খুন্না শেল থাইনতুনা অমদি থি-হুমতুনা লুপা ১৫০ (লুপা চামা য়াঙ্খৈ) পীরে। নোংঙাল্লগা চাক ওন্না চাতুনা খোংয়ামদগী নিপামচা কোক্তাং, পোম্বীখোক্তগী রাহেংবম অঙৌ ঐখোয় অহুম ইম্ফাল চংলে। রাহেংবম অঙৌ ঙানপ্পী খোংদা ময়ুম লৈ। ময়েংবম নিপামচানা শিংজমৈ চীঙা মখোংদা ময়ুম লৈ। মখোয়না মপান ফরিঙৈদা থঙ্গোং চাগুবগী তুং ইন্দুনা খ্বাইরম্বন্দগী গুন্দা ওইরকপনি। মতমস্থ

থবা ঙল্লি হায়তুনা ঐখোয় খ্বাইরম্বন্দ য়োরে। হান্না মখোয়না তিম্লবম্বা ফ্রিংতুবা ক্লঞ্জ, তাঙাং, চাওবনচিংবা মীওই কয়া উনতুনা ঐখোয়না ইস্ফালদা লাকপগী বারীনচিংবা শানরে। হয়েং অয়ুক চা থকমিল্লসি হায়নতুনা ঐখোয়মখৈ থাদোক্লরে। মতম অদু দোমিনিয়ন এজেণ্টগী মতমদা মোইরাং কোইরেংনা টেরিটোরিয়েল কাউন্সিলগী চিয়ারমেন ওই। কোইরেংগী য়ুম হৌজিক গভর্ণরগী মনিং, কৈশাম্পাৎ তাবা লম্বীগী মমাংদনি। ওফিসকী মতম লোইরে মখুমদা লৈবম্বনি হায়বা তাঙ্খাদা চখিবদা ওঝা কোইরেং লৈরম্মী। ঐ উবদা তরাম্না ইবুঙো প্রেমানন্দ কবি থবক লৈ করি তৌগা লাকপনো? ঐনা খুমজে -- ওঝাবু উনগে লাবচবনি, হন্দক ঈশিং চাওতুনা রানখিবগী বারী শাজরে। ঈচাও অতুদা শঙ্গোয় মখোং শোনবা য়ুম খরা তেকখ্রে। মতু শেম-শানবা, খুঙ্গংগী থানবা শীঙ য়াওনা উখোং ১০০ দং পীবীনবা ওঝানা চে অমতা ইবীয়ু হায়জবনি। ওঝা কোইরেংনা কৈ কৈদোগে ঐ হৌজিক ইবীগে মতু পুরগা হয়েং বীজয়চন্দ্র স্নাদা পীবু সোইদনা পারক্কনি তাকপীরে। চা থক্তুনা ঙাইহাক ফম্নৈরগা তাদ নিপামচানা শিংজমৈগী য়ুমদা চংখ্রে। মামা অঙোগা ঐখোয় অনি ক্বাকৈথেল ঙানগ্গী খোং মখুমদা চংলে।

নোঙাল্লে অয়ুক্তুদা ঐখোয় কুঞ্জেগী কোনশংদা উনরে। চা থকমিল্লবা লোইরগা ঐখোয় পুন্না সিঃ এফঃ ও. বীজয়চন্দ্র স্নাগীদা চংলে। স্নাখ্যাবু শম কক্তুনা লৈরম্মী। স্নাখ্যানা তঙাং চাওবা, কুঞ্জেবু শক থংতুনা অঙম্বশিং কারি লৈবে তাকপীরকই। তাঙাং চাওবনা স্নাখ্যাবু ঐখোয়গী মরূপ-মপাংশিংসি চিয়ারমেন কোইরেংনা কারিবা থাঙ্গ কুয়ীগী মতাইদা খুন তাহনা লৈজবনি। হন্দক্কী ঈশিং ঈচাও অতুদা শঙ্গোয়-লুকোই থরা তেখ্রমাল্লি। উখোং থরগা শীঙ থরগা মখোয়গী শীজিন্নবা পামজতুনা মখোয়গী টি পি মেম্বর

চিয়ারমেন কোইরেংদগীস্থু চে অমা স্নাথ্যাদা পীনবা পুজরকই। শম কক্ল কক্ল সিঃ এফঃ ওঃ না চে অতু য়েংই। ফরে অতুদি হোরেন পুং ১১ তাবদা শনশেন্থোং ওফিসতা লাকও হায়না তাকপীরকই। ঐখোয়স্থু হল্লক্লে, কুঞ্জেগী কোনশংদা চা থকমিন্নতুনা লৈরে। পুং ১০ তাবদা ঐখোয় অহুম হোটেলদা চাক চাথোক্লে। ঐখোয় অহুম পুং ১১ তারকপদা ফোরেষ্ট ওফিস য়ৌরে ঐখোয়না চংথিবদা মখা থংবা কা অমদা স্নাথ্যা লৈরম্মী। অয়ুক্তা উনখ্রবনিনা ঐখোয় উবদা ভাব তারগাল্লে মন্দিগা থিংতুনা মী কৌশিল্লি। কেরানী অতুনা ঐখোয়দা হচই। নখোয়না উংখোং য়ান্নিংলিবা লোক চীঙ অতুগী মমিং হায়য়ু ঐখোয়না হায়খুনৌ লোকচাও, মুংবান লোক অনিদগী য়াঞ্জগে। উখোং অমগী শিকি অমা থিগদবনি উখোং ১০০ গী লুপা ২৫, শীঙদি ষণগাড়ী ওইনা চংলি। ষণগাড়ী মপোং ৬০ গী লুপা ৭৫ থিরো হায়তুনা লুপা ১০০ থিতুনা চে অমদা শিল, সোই তৌতুনা পীরে। ফোরেষ্টকী অয়াবা চে অতু পুতুনা ঐখোয় য়ুম পোম্বীখোক য়ৌরে। মমৈদা পোম্বীখোক্কী শীঙ, উগী চে পাইরে হায়বা থংলতুনা ভগীরথ স্না পোম্বীখোক্তা চীংশেন হায়দ্রে। ঐখোয়না উখোং, শীঙনচিংবা লৌরুরিবা অসি ভগীরথ স্নানা চহি মঙাগী মোনোপোলি লৌবা দামপী চীঙগী মশানি। ভগীরথ স্নানা কেশ তৌবা য়াই অতুবু মতম অতু মণিপুরগী চিয়ারমেন কোইরেংগী দিও লেটর য়াওবনা সিঃ এফঃ ওঃ না ভগীরথ স্নানাবু খামখি, অতুনা ভগীরথ স্নানা পোম্বীখোক্তা ব্লা ঙাংবা ঙমদবনি।

---

# ফোরেষ্ট জরিপ (১৯৫৬)

থুন অনৌবা তাবা হায়বসি অয়েৎ-অপন লোইবা নাইদে ইং ১৯৫৫-৫৬ তা লাইফম পানা থোৌবাল সব-ডিভিজনগী ফোরেষ্ট জরিপ অমা লাকই। মতুগী লুচিংবা অতু দিপ্যুটি রেঞ্জর শামু কৌই, চাইরেন থুন্দা কেম্প শাতুনা লৈ। জরিপ অতুদা চাইরেন নোংয়াইথোং খোংবান্দা অনৌবা লম কোক্তুনা লৌ উবা, য়ুম তাবমথে থিতুনা শেল জরি তৌহল্লি। পাওন্তাবীগী মনিংদা লৈবা অনৌবা লম মথৈস্তু জরি লৌই। মরমদি মথোয়গী ফোরেষ্ট ময়েং তাহনবগীদমক্নি। অস্তুম্না মীওই কয়া ফাতুনা জরি লৌবা অতু পোম্বীখোক্তগী থিয়াম অমুবা কৌবা অমনা উরুবে। মতম অতু পোম্বীখোক্কী য়ুমথোং খুদিংমক এন্.এল লিজ পাটানচিংবা অমতা লৈত্রি। মতু খংনা থিয়াম অমুবনা জরিপ তৌরিবা ফোরেষ্ট-শিং অতুদা হায়জিন্দুনা মাস্তু শেল থরা ফংনবা থোৌরাং তৌরম্লে।

পোম্বীখোক য়ুম ২০ গুম্বা স্তুরকপা মতমদা চাইরেলগী ইথৌ কাসিং প্রেসিডেন্টনা ঐঙোন্দা তাকপীখি। সেক্রেটরী প্রেমানন্দ নংনা য়ুমকোক য়ম্নবা থোৌরাংত তৌরিবা অতু মীগী মবুক লমচং থরা থরদি য়েংহৌ। ঐনা খুমজে – ইথৌ, ইথৌনা তাকপীবা চুমই। অতুবু য়ুনশিং য়াম্লগা থুঙ্গং অসি শেমগং-শাগংপদা থরা

খুদোংচাবা য়াই। মরোমশীঙ পীবীতুনা শুবা নোম্বনা মপুং ওইখ্রবদি মীয়াম তুং ইন্দুনা অফবা মী শোইদনা ওইরক্কনি। মতম অমদা রাফম অদু নীঙাশিংলকই। মথৌ ইতা তাদনা থিয়াম অমুবনা ফোরেষ্টতা তমশিল্লতুনা পোম্বীখোক খুন্দা ফোরেষ্টকী তেরা মহলনি খুন তাবা য়ারোই হায়বরে। মতম অদুদা রাহেংবম অঙোগী মচে লৌবা মবাই ইরোম অমুবা কৌবা অহল অমা অঙোগীদা লৈ। খুন তিন্দুনা রাফম অসি কুপ্পা নৈনরে। ফোরেষ্ট কাংবু অদুনা হায়বদা য়ুম অমগী লুপা ৫০/৫০ পীরবদি ঐখোয় ফনবা শীনবীগে। পোম্বীখোক য়ুম ৩০ রোমনি পুন্না লুপা ১৫০০ (লুপা লিশিং অমগা চামঙা) নি। শেলফম অদু পুথোকপা ওম্বগী থৌদাং খুনগী লৈজদ্রি। ইং ১৯৫৪ দা ঈশিং ঈচাওনা রাখিবনি। চহি অমা মনক্কা থল্লগা ইং ১৯৫৬ তনি। শেল পীবগা য়াবা শেল পীদ্রগা য়াদবা হায়বা নিয়ম লৈরম্মোই ঐখোয় চেনবা য়াদবনা থে নবা তাই। থন্না নৈনবদা য়াওবা ইরোম অমুবনা হায়রকই— ঐগী ইশেন অমসু খুন তাবা য়াওরিবনি। ইশেনগী মতেং পাংবা ওইনা ঐ রাফম অমতা হায়জগে। থা মাইকৈদা পুবা ফোরেষ্ট রেঞ্জর অদু চীঙা মখাদা লৈবা ঐগী ইচাশিং থোকপা ইবোম ইবোহলনি। লাক্লিবা শামুখোয়সি মাগী মখাদা লৈবা মানা থারকপনি। ইশেন অমদি খুনগী মতেং পাংবা ওইনা ঐহাক হায়জবা য়াবা কয়া হায়জগে। খুনগী মীসু ২/৩ য়াওবীয়ু ঐগা চংমিন্নসি, সনাগী মজুং য়াইঙংনা শিনবা য়াব্রা য়েংশি। ফরে হায়না থন্নতুনা নোংঙাল্লগা ঐগা থিঙুজম অচৌ, ওক্রম চাওবা, ইপন অমুবগা ঐখোয় মরি চংতুনা চীঙা মখাদা রেঞ্জর উনরে। ইং ১৯৪৯ দগী খুন্দাবকপা বিষেনপুর এসঃ দিঃ সিঃ দা খুন তাজগে হায়না চে থাখিবা রারী-রাতাই পুন্নমক শানরবা তুংদা রেঞ্জরনা তাকপীরকই। ঐখোয় থংদনা খুন তাদুনা পাটা নামা লৈখ্রবদি করিস্সু তৌরোইদবনি। হৌজিক নখোয়না ঐখোয়বু

খংহল্লবনিনা মফম অদু ঐথোয়গী তেরা মহালনি নখোয়না খুন তারমদ্রবদি শিংমুং-শিংনাং মরক্তা শান্নজবা শজি শঙাই, খরশানা কোইচেন চেন্দুনা শান্নগনি। হেকপদা লৈহৌবা তেরা মকশিংনা লৈবাক্তা তারগা শাশিংগী মথোংনা নেংশিন্দুনা তেরা পাম্বী কয়া হৌগদবনি। অদুবু নখোয় খুন অমা ওইনা তারবনিনা জরি ওইনা লুপা ৩৫০ দং তিংঙো ঐ ফনবা তৌরগে হায়রীরে। ঐথোয়সু লুপা ১৫০০ গী মহুত্তা ৩৫০ না ফরে হায়দুনা মুমিং অমা লেপ্পরম্লগা যুমদা হল্লকই। যুম য়ৌরগা ঐথোয় লুপা ১০/১০ থায়নরে খুনগী শন্দগী লুপা ৬০ গা পুন্না লুপা ৩৬০ পুদুনা শেল অদু পীরুই। লুপা ১০ থায়বা অদুদা শেল লৈজদদুনা কোরাটিন হোরাই য়োনবা য়াওনৈ। থোদোক অসি থোকহল্লিবা থিয়াম অমুনবু খুন্দা লৈহল্ল-গন্নশি হায়না লেপ্লদুনা থিয়াম অমুবা পোম্বীথোক খুন্দগী তাঙ্গোকখি। তেরা মহাননিনা তেরা মথোংদা থাবা মনা মশীং শোক্তনবা চহি অদুদগী নুঙু, তেরা মহান ইশানা ওকচদুনা মনা-মশীংগী য়েংদুনা হেকচৈ।

# গ্রাম সহায়ক ট্রেনিং

ইং ১৯৫২ দা মণিপুর অপুম্বগী ওইবা প্রোজেক্ট অমা থৌবালদা মাহাত্মা গান্ধীগী মপোক নুমিৎ ওক্তোবর ২ দা লিংখৎখি। প্রোজেক্ট অসি মাহাত্মা গান্ধীগী প্রোগ্রাম 'খুঙ্গং শেমগৎপা' হায়বা অদুনি। মদুবু পণ্ডিত নেহরুনা এক ওইনা ভারতকী প্রোজেক্ট ১৫ রোম শেম্বদা মনিপুরদা অমা থুংলকপনি। মদু মণিপুর সরকারনা নৈনদুনা থৌবালদা প্রোজেক্ট অসি থমখিবনি। প্রোজেক্ট অসিনা খুঙ্গং প্রজাবু ভাব তাহন্নবা খুঙ্গংগী মফম চাবা য়েংদুনা গ্রাম সহায়ক ট্রেনিং কেম্প অমমম পাংথোকই। মদুদা ইং ১৯৫৬ তা শুগ্নুদা ট্রেনিং কেম্প অমা তৌখি। খোংফম অদুদা খোংয়াম পোম্বীথোক্কী ওইনা ইশামক কেম্পর অমা ওইনা য়াওই। কেম্প অদুদা প্রোজেক্ট অদুগী অথং-অহৈ ওফিসার, ইঃ ওঃ শিংনা, গ্রাম সেবকশিংনা খুঙ্গংগা প্রোজেক্টকা মরি নৈনদুনা থুন অমগা থুন অমগা চৎনবা লম্বী ফহনবদা প্রোজেক্টনা মতেং পাংগদবা, অমদি লৌ ইঙ্খোল কোইবদা মরু-মরাং মতেং পাংবা, ফৌদি করম লৌগদবা, লাইরিক হৈহৌদবা অহলশিং করম্না লাইরিক পাবা হৈহন্নবা রারী কয়া লিবী। কেম্পর-শিং অদুনা মথুঙ্গং য়োরগা মীয়াম্বু ভাব তাহন্নবা পাওতাক কয়া পীবী। নুমিৎ মরিনি পাংথোকপা কেম্প অদু য়াওবগী সার্টিফিকেট

অমমম ফংহ্না ঐহাক য়ুমদা লাকখি। য়ুম য়ৌরবদা খোংয়াম পোম্বীথোক পুন্না তিন্নহ্না ঐনা ট্রেনিং য়াওরুবদা থংলকপা ময়াম অহু মীয়ামদা তমহ্না মীয়াম ভাব তাহন্নবা হোৎনজৈ।

# ইং ১৯৫৮ গী কনফরেন্স

মণিপুরদা মতম কুইনা টেরিটোরি কাউন্সিল চিয়ারমেন ওইনা লৈরম্বদগী অবগ্রেট তৌদুনা মণিপুর এসেম্ব্লি ওইদুনা থাঙ্গ, নুমৈদগী কাবা এম: এল: এ: মোইরাং কোইরেংনা চিফ মিনিষ্টর ওইরবা মতমদা ইং ১৯৫৮ দা কংগ্রেস পার্টিগী ওইবা অচৌবা কনফরেন্স অমা কৈরাম্বুং লম্পাক্তা তৌখি। মীফম অদু নুমিৎ ৫ নি চুপ্পা পাংথোকখি। মীফম অদু মণিপুরগী মায়কৈ শিনবা থুনা এক্তিভ মেম্বর ওইবশিং, পার্টিগী লিদর ওইবশিংনি। দেলিগেৎ ২০০ রোম্নি। দেলিগেৎ কি লুপা ২৫/২৭ নি, শেলফম অদুনা কোন্নদবা অদু কংগ্রেস ফন্দগী হাপই। মীফম অদুদা ঐহাক পোন্বীথোক থুনগী কংগ্রেস এক্তিভ মেম্বর অমা ওইনা দেলিগেৎ ফি পীদুনা য়াওই।

কনফরেন্স অদু ভারত জাতিয় কংগ্রেসকী প্রেসিডেন্ট নিজালিঙ্গপা বার্ত্তন তৌই। নিনি চনবা নুমিত্তা প্রেসিডেন্ট নিজালিঙ্গপা য়োৌবীরকুনা চিফ গেষ্ট ওইবীখি। কনফরেন্স অদুদা মীয়ামগী থুঙ্গংগী ওইবা সরকারনা পাংথোকপা য়াবা থৌরম কয়া পুথোক্লদুনা সরকারনা প্রজাদা তাকপা য়াবা পাওতাক কয়া পীদুনা প্রজা ভাব তাহন্নবা হোৎনখি। মরিনি চনবা নুমিত্তা সরকারনা তাবা য়াবা পাংথোকপা য়াবা রাফম কয়া নৈনখি। মতাং অদুদা ঐস্সু দেলিগেৎ

অমা ওইবগী চিফ মিনিষ্টরগী অয়াবা লৌরগা ব্রাকম অমা পুখোকচৈ। মণিপুরদা ঈশিং ঈচাও থোকপদা খা মায়কৈদা খুদোংথীবা অন্নাবা হেক হেক তোহৈনা থোকই। মতুগী মরম নোংজু-পাম্বাদা মণিপুরগী ঈশিং পুম্নমক ইম্ফাল তুরেলদা তারক্লুনা থা পাংনা চেন্থরিবা অসি ইম্ফাল তুরেলনা ঈশিং পুবা ঙমই। ইম্ফাল তুরেলদা তিল্লরিবা মরুওইবা তুরেলদি ঈশিং তৌনকফম যান্না লায়া কোংবা তুরেল, ইরিল তুরেল, থৌবাল তুরেল, সেকমাই তুরেল, নম্বুল তুরেলনা লোক্তাক্তা তারনা থোদাক ইচিন্দা লোক্তাকী ঈশিং, ইথাই য়োরগা খুগা তুরেলনি। তুরেল ময়ামগী ঈশিং অসি ইম্ফাল তুরেলনা ব্রানা পুতুনা চংখিবদা শুগ্নুগী মথাদা ঈশিং তৌরকফম য়াম্না পাক-চাওবা লোক ময়ামদগী চেল্লকপা মপাঙ্গন কনবা চকপী তুরেলনা ইম্ফাল তুরেলদা ফৈনা থেংজিন্দুনা তুরেল অচৌবা অতু ঈচেল থিংখিবা মতুনা মরম ওইতুনা ইম্ফাল তুরেল অচৌবা অসি ঈশিং কয়া চেনবা ঙমদে। থক্তগীদি ঈশিং লাকপা লেপ্তবনা মৌথংতুনা অচিংদা শুগ্নু, তাংজেংগী চি থৌরি তংতুনা তাওথংখিবনা চাইরেন্দা ব্রাড়ুদা মাইল ৩/৪ হায়গংলগা চি লৌনবা য়াওই, মতুনা খা মায়কৈদা ঈশিং ঈচাও য়াম্না তোহনা থোক্লিবনি। ইশামকন্থু তোইনা ঈশিং চাওবা মকমতুদা খুন্দানা য়াওক্লবনা কবি তৌরগা ঈচাও অসি কনবা য়াগদগে খঞ্জবা মীনি। চকপী তুরেল লৈরমদ্রবদি মসি থোক্লোই মতু য়াদবনা ঐনা শেরৌদা তেরা হেকপদা, চীঙনুংহুং ঙা খিবা চংপদা থেংনবা অমদি লৈজৈ। চকপী তুরেলনা শেরো তারকফম তৌপোকপী অসিদা অচৌবা দাম অমা শারগা থিঙ্গাংপাই চীঙয়াদা কেনেন অমা তৌরগা শেরৌগী অরোইবা খা পাংনা চীঙ মরক্তা চেনখ্রিবা নিংথেম হিদেন্দা থাদরবা মসি পরা অমদগী হেন্না শাংলোই তৌপোকপীদগী চকপী ইচিন ফাওবদি মাইল অমা মথায়-রোম্নি। চকপী ইচিন্দগী নিংথেম হিদেন ফাওবসি ফুট ১০ গী

মথক্তা থেন্নগনি। সরকারনা তৌবীগে হায়রবদি উন্বীবা য়াবা থবক্কি, ঈশিং তাফম অতুদগী মৈসু লোবা য়াগনি। শাংলবা চকপী তুরেলনা চেলম্বা মফমশিং অদুসু লৌ ওন্থোকপা য়াগনি। থবক অসি সরকারনা পাইথংপীরবদি ইশিং ঈচাও অসি কনবা য়াগদ্রা নিংজৈ। ঙসি ঐগী ব্রাকম অসি মীয়াম মাংদা চিফ মিনিষ্টরগী পুক্লিং চিংশিনজরি।

ঐগী ব্রাফম অদু তারগা সিঃ এমঃ না তাকপীখি : চুমই প্রেমানন্দ নংগী ব্রাফমদু খন্নবা য়াবা ব্রাকম্নি। মদু ঐহাক সরকারগী মায়কৈদা খন্নবা য়াবা ওইনা থমগে লুরিবদি ঐগী সরকার অনিদা ভারত সরকারনা থাদরিবা শেনফম অসি লুপা লাখ ১৫ দনি। মনিপুর শেমগৎ-শাগংপদা মতিক চাবা শেনফম লৈত্রি। নোংমা নত্রগা নোংমা ওইথোকপা য়ানবা ঐহাক সরকারগী মায়কৈদা থম্লগে ইয়না তাকপীখি। অসুম্না দেলিগেৎ অয়াম্বনা মাগী মাগী এলাকাগী অরাৎ-অপা কয়া প্রস্তাপ তৌনদুনা নুমিং ৫ নি শুবদা কেংপা লোইশিনখি।

ঐহাক য়ুমদা চংত্রিউদা তোঙান্না ওঝা কোইরেং উনদুনা ঐনা হায়জৈ। ওঝা ঐখোয়গী খুন অদু ফনা চাওরে, অঙাং ৩০ হেন্না লৈরে। অঙাংশিং অদু ঐনা নুংথিল নুংথিল লাইরিক খরা খরা তাকপীরি। ওঝাগী মতম অসিদা ঐখোয়গী পোম্বীখোক খুন্দা এলঃ পিঃ স্কুল অমতদি সরকারগী ওইনা লৈহনবীয়ু। সিঃ এমঃ না হায়বী— ইবুংঙো কুমশিগীদি স্কুলগী ব্রাফম খন্নবা লোইশ্রে। মথং অমুক স্কুলগী ব্রাফম লাকপদা নংগী খুন্দা স্কুল অমদি শোইদনা হাপ্পীরগে। ঐ কাওররোই, ঐনা হায়খ্রবদি উন্নবা হোংনবা মীনি মুঙাইনা থবক শুরুরো নংগী ভারা ওইনবা লুপা ৫ (মঙা) অসি পাইখো হায়দুনা পীরকই।

———

# যাত্রা উ য়ানবা

ঐহাক পোম্বীখোক য়োরে, পাঙ পীনদুনা পোম্বীখোক য়ুমথোংগী মী শুনা তিন্নরে। ঐনা নুমিং মঙানি কনফরেন্স য়াওরুবদা ঙান-শানবা রাগী লোইনা তম্লে। চহি ১/২ গী মনুংদা পোম্বীখোক্তা সবকারগী ওইবা এল: পি: স্কুল অমা শোইদনা লৈহনগনি হায়বা ওয়া কোইরেংগী রাকম অদুস্তু মীয়ামদা শুগায়না তম্লে। মতম অদু পোম্বীখোক্কী অঙাংশিং ঐ ইতোমতনা লাইবিক তম্বীবদা অঙাং য়াম্বনা ঐডোন্দা থবা রারে। ওয়া অনি শুহননিংদুনা লৈরিডৈদা থোঙামগী ইখৌ লৈয়োনগী মচা অতোম্বা তাদ মনাওবী লাক্লে। তাদ মনাওবীস্তু ক্লাস থ্রি গুম্বা তম্নগা ওয়া অমতং ওইনিংদুনা মফম কয়াদা ওয়া ওইনিংদুনা থিরুবদা ফংদদুনা পোম্বীখোক্তা অহল-লমনগী মনাক্তা লাকপনি। মতম অদু পোম্বীখোক্তা ইমান্নবা কোইমিন-শামিন্নবা পাথং লৈতে, তাদ মনাওবী লাকপদা ঐহাক ইমান্নবা ওইবনা নুঙাইজবে। ঐখোয় অনি তিন্নদুনা নুমিদাং নুঙ্তাংজেংদা কোইনিন্নে। ঐখোয় অনি চংমিন্নবদা মানা ওয়া ওইনিংদুনা মফম কয়াদা চংলুবগী রাগী শাই। রাগী অদু তারগা ঐনা অদুদি তাদ ঐনা হৌজিক তম্বীরিবা অঙাং অসি ২৬/২৭ শুই ঐডোন্দা থবা রানা থোকই। মসিদা তাদস্তু য়াওনীরো চহি ১/২

দি থাখ্রবা তারে। চিক মিনিষ্টর ওনা কোইরেংনা মথং স্কুলগী মরমদা থন্নাকপদা পোইদনা য়াওহনবগী হায়দীরকই। ওনা কোইরেং মতম শাংনা তিন্নরবা মীনি মানা চৌগে হায়রবা থবক শাহ্ন্নু শোইদনা চৌরনি হায়নরে।

তাদ মনাওগা ঐখোয় অনি কুন্না থুমিনবে, ঐখোয় অনিনা খুন্দা হায়জরে। পোম্বীখোক খুনগী ময়াই চবুক্তা স্কুল শাননা অতোরেন্দা লৌ শঙম মজা চাওনা অমস্তু লৈরে। খুন ময়ান চৎহুনা স্কুল শঙ অনতদি শাবীগ্ ঐখোয় অনি চাংনাইনা স্কুল অসি পুক্নগে। ঐখোয় অনিগী রাজমদা খুন্না য়ানীহুনা চৌডনা চৎলগা উ য়াক্লবা হুমিং লেপ্পরে। লেপ্পবা হুমিং অহু অয়ুক চাকউন চাহুনা মী ১৫/১৬ থাঙ, শীংজঙ পায়হুনা চৌডদা উ য়ানবা চৎলে। শাগু লোইশিনবী কৌবা লোক অমনা থেদা কোনা দাম্পীগী চৌডশাদা চৎহুনা উ য়ান্নরে। পাবুংবু ময়ান্না অহন শানা যাত্রা য়ানবা উ অমা য়াননীগু। ঐখোয়দি যাত্রা উগী উরৈ উমিং থংদনা লোই মখোঙ য়ানগে হায়হুনা মাইকৈ কাংনা উ য়ানবা চৎনরে। পাবুংনা থাংজি উ যাত্রাগী উমিং য়াওবা অমা য়াল্লে অতৈনা লোই মখোঙ য়ান্নবে। ঐখোয়না উ য়ানবা লোইবসি মতম খরা ওল্লি মতমস্তু ওল্লাগনিনা উকা লাংদোন থিনরকই। ঐখোয়গীস্তু ইরোই লাবা অনি লৌবনা উকা দরকার ওই। য়েংবদা রাং চাওথ্রবা শয়ি উজাও অমগী মতোন্দা উকা য়াগদবা উশা অমা লে। উতোন্দা লৈবা উকা অহু য়াম্নগে খনহুনা ঐহাক উজাও অহু কারম্মী।

মতম অতুদা ঐ অসি উ কাবদ খ্বাইদগী অহেনবা নত্রবস্তু য়াইনরপ ওইনা উ কাবা হৈ। চহি মজা তরুক, নুংঙু চাইরেন তেরা মহান, তাংজেং মহান শুগু বিজার্প মহান অয়াম্বা চাওর চাওরবা তেরা উজাও কাহুনা তেরা হেক্লকই। চৌংয়াদা লৈবনিনা উ য়ানবস্তু তুহনিংবা মাইকৈদা তুহনবা ওমই। উ অহু ঐনা

কাবদা মতোন য়োরে উ অহু তাহননিংবা মাইকৈ য়েংহুনা উ য়ানবা হৌরে। মখোংদদি নাপি উপান কয়ান থন্দুনা উবা ফংদে উথক্কগীদা উবনি। উ য়ানবদা ঐনা নেংলিবা উ অহু চাওদে উনা তাখ্রবা মতমদা ঐনা পাইহুনা উতোন হায়বদা ঐনা থাঙ্গদবা পাইরিবা উশা অহুশু পিকই। ঐনা য়াললিবা উয়ান অহু শা নোংচুপ্পা তাহনগদবনি ইশা লৈবনা অরাংলোমদনি। মতম অহু নোং মংই শুগু মাইকৈরোমদগী অমুবা লৈচিন মপৈ অমা মুংশিংকা লোয়ননা লাকই। উ অহু হায়থহল্লগে হায়হুনা ঐনা অরাং নোংপোক্কা উ অহু খুমহুনা য়াল্লে। উনা হায়থগে তৌবা মতমদা অকনবা মুংশিং নোংলৈ অমনা উ তুফমহু থুগাইহুনা ঐডোন্দা হায়থরক্লে। উথক্কা ঐহাক অরাবা অমা ওইরে। পাইরক্কা রাথন অমা লাক্কুনা ঐনা পাইরিবা থাংজৌ অহু লাপ্না লংথোকখ্রে। খোংজাইনা উ পাইরগা তাই হায়বা নিংশিংহুনা উ অহুদা পাইরগা য়াঙ্গরক্লে। উহুগা ঐগা তামিন্নরকপদা মথাদা য়ুম্বী য়াবা থরজোং উপান অমগী নথক্কা য়েশিনবদা ঐ স্তান মাংহুনা খুং নাম্হোক্কুনা চীংগী অঙম্বা লৈবাক্তা উগ্না তরে। মিকুপকী মনুংদা উ অহু থরজোং অহুশু থুদেক্কুনা তারক্লগা চীংগা পান্ননা ঐগী থবাক মপা নমগন্দা ফূজিল্লরে। ঐহাক রান্থহুনা লৈখ্রে। চাইরেন খুরা মধুনা য়েংবদা অয়ানবা উদি তাখ্রে প্রেমানন্দহু কুমথবদি উখিদে অসুক থুনা কুমথবা ঙম্বা হৌনদে হায়হুনা ঐবু কৌই। খুরা মধুনা কৌবদি ঐ তাবা ফংই খুম্বদি সোর ফুন্দুনা ঙমদে। খুরা মধুনা কমদৌরিবনো হায়হুনা য়েংবদা ঐহাক উনা নন্দুনা মৈরম্বদা মানা উ অহু চিংথোকপা ঙমদে ময়াম কৌহুনা উ অহু থাংদোক্কুনা লৌথোক্লে। ময়ান্না লোক্কগী ঈশিং লৌরুহুনা ঈশিং থাহুনা ময়াম চংহুনা লাইকন্নবে। শিংপা নানবা শ্বর কাম্বা য়াওহুনা ঐহাক শ্বর ফুনবা খর খর ফরক্কুনা রা ঙাংবা থর খর

ঙয়ে। ময়াম্না শিদা লৈবনদি কান্নররোই য়ুম য়ৌনবা হোংনরসি হায়দুনা খোঙামগী তাদ মনাওদীনা এবু পোদুনা পুরে। পাক চাওরবা অমোনবা নঙ্গন্দা ঐগী থবাক অদু নাবনা থাংবা ব্লারে মতেক থরা চংলগা পোথাদুনা ঙাইহাক অমুক লৈরে। অমুক খিঙজম মুক্তানা অমুক পোদুনা পুরে থরা চংলগা অমুক পোথারে। মাইবম মনিনা অমুক পোদুনা পুরে মতুদসু নাবনা থাংঙমদ্রদুনা অমুক পোথারে। অকোনবদা তাদ মনাওবীনা পোদুনা নানা নানা য়ুম ফাওবা য়োরে।

য়ুম য়োরবদা ফুঙ্গা মনাক্তা হিপফম থাদুনা ইমা পাবুং অমদি ঐগী মুপীনা সেবা তৌবীরে। ডাক্তরদি লাপ্পনা কৌনবা উপাই লৈতে। মায়কৈ অদুদা মৈতৈ মাইবা খ্বাইদগী ফবা চাইরেনগী তোম্পাপু হায়বতু কৌদুনা য়েংকল্লে। পুক শুবা য়াবা অনাবা নত্তবনা হিদাক-লাংতাক, হিগা য়ৈবা, মন্ত্র শোনবা নত্তনা উপাই লৈতে। তোম্পাপু মাইবনা হায় — অসিগুম্বা অনাবা অসিদি কাংহু নরূ শুগাইরগা কবো থুমগা চাইরেন চফূদা ঈশিং হাপ্লগা লারোন থুমহুনা ফুৎলগা মনিল অদুদা অমোনবা ফিবুন অমনা হিগা য়ৈরবদি য়াম্না থুনা ফগনি হায়না তাকপী। মাইবগী ব্রাহৈ অদুদা ময়াম্না কাংহু কদায়দা লৈবগে থন্নরকই।

হায়রিবা কাংহু অদুদি মোরোক মেৎপদা অমদি ইরোনবদা হাপ্লদা মনম অদু হৈনদুনা ইশানা য়াম্না পামজবনি। মুমিং ৫/১০ নিগী মমাংদা ঐনা মুংবান লোক্তা পান্দোং অচৌবা অমা থেংনদুনা, য়োংপাক পুদুনা তাল্লগা ইরোই কাংপোং নিংলৈ অচৌবা অমা পুরক্তুনা মাঙ্গোল কাচিন্দা পৈরগা বোড়াখাওনা কুপ্তুনা থম্লি ঐনা মসলা শেমগে তৌবনি। তান চাদুনা কাংহু লাপ্পা থিনদ্রে। হায়রিবা কাংহু অদু হিগা য়ৈবদগী থা অমরোমগী মনুংদা ঐহাক শুমাং মাঙ্গোল থোকপা ঙয়ে। থা অনিরোমদদি শন্থি-শল্লোক চৎপা

ঙন্নক্লে। চখোক-চংশিন ঙন্নবা মতমদা ঐহাক নোংমা শুগ্ন ডাক্তরদা চংখিবদা হান্না ককচিংদা লৈরম্মা করাম গোপান্না পুরমই। হান্নমু খংনখিবনা খোইনা হঙ্গোইনদে ঐগী ব্বারী ময়াম অচু শাবদা ডাক্তর বাবুনা— প্রেমানন্দ নরাইবক ফৈ। নংগী মুংদা শোক্লিবা অচুগী চপ চাবা হিদাক কেলসিন কলরাইন কপ্পবা লিক্লি ১৪ লৈ। থা ৩ গী মতুংদদি হিদাক অসি য়াররোইদবা হিদাক্লি অসি কাপ্পবা অনাবা অমতা লাক্তবনি মতম হেল্লিন্নৈদো লাকপা য়াম্না ফরে, ঙসিমক অমা কাপ্লসি। নোংম নোংমা কাল্লগা কাপকদবনি হায়দুনা ডাক্তর গোপান্না খুংকাপ ১৪ অচু ঐঙোন্দা লোইনা কাপ্পীখি। হিদাক অচু কাপখিবগী মতুংদদি ঐহাক উদগী তাদুনা ইশা শোকখি হায়রা কাওদুনা হান্নগী পাঙ্গল হল্লিনখি।

---

# ডিফেন্স পার্টি শেম্বা

ঐখোয়না পোম্বীখোক্কা খুন্দাবা মতম অতুগী মমাংদা লৈরম্বা খুঙ্গংশিং অসি পোৎমাং-চৈমাং, হুরান-চিম্থিগী থবক্কা নমহৎতুনা খুন পানবা ৱারম্মী। স্কুল লিংখৎতুনা মচা-মশু লাইরিক-লাইগু তমহন্নবগী ৱাথল লৈরমদে। মরমদি মশা মশাগী খুংগু ইরোই মাংখিনি ৱাবনা যণশেন-যণঙাক ভম্বা অঙাংশিং লাইরিক তম্বগী মহুত্তা যণ শেনহল্লি। মায়কৈ অতুদা লৈবা খুঙ্গং অয়াম্বা ইরোই ঙাক্কা শীজিন্নৈ। খুঙ্গং অমদা জগোই গৌরলিলা কুম্মৈ য়েংবা চংপদা ইরোই তোত্তুনা কুম্মৈ য়েংবা চৎনবম্মী। কুম্মৈ য়েংফমদগী পুল্লগা থম্বা ইরোই কুম্মৈ য়েংলিঙৈদা হুরানবনা পুথিবা ফাওবা য়াওই। অসুম তৌনা করিগুম্বা মতমদা পোম্বীখোক খুনগীসু অয়ুক নুংথিল থাদোকখিবা ইরোই থিবদা ফংদবা কয়া য়াওই। মতু হুরানবা মীদা থিহনবদি শন্নিং হন্দুনা যণ ফংই।

মায়কৈ অতুদা হুরানবা খ্বাই মকোক অতু ৱাঙু সাবল তোম্বা কৌই। মাগী মরোই মনাও তাংজেংদা মোধুসিং, য়াইমা নুঙদা লাইশ্রম নরান, চাইরেন্দা থম্বালনি হায়রিবা মীশিং অসিসু মচা সেবক য়াম্না লৈরবা মীনি। চহি অমা সাবন তোম্বগী মচাঅমা

কৃষ্ণ শাহনবদা সাবন তোম্বনা চেজাই অমা থাই। ঐগী ইচা কৃষ্ণ শাবগী জগোই পালা অমা লিংখংলি, নখোয় খুদিংমক ইরোই অমমম পাংদবা য়াদে। অদুনা থা মাইকৈ লাংমৈদোং লমজাওদগী শুগ্নু ফাওবগী মীওই কয়ানা ইরোই অমমম পীনদুনা সাবন তোম্বনা শন্নিং লৌদুনা ইরাই লাইনা জগোইরাস কংলি হায়বা রাহে লৈ। মফম অসিদা হুরানবগী খুদোং চারিবা অসি চাইরেন নোংয়াইখোং, চাইরেন মমাং, সুগু মমাং শাগংবা, খোংয়াম মমাং কম্বোংপাং, তাংজেং মমাংশিং অসি শীংমুং-শীংনাংশিংনা শোংবননি। মসি খরা ফনবা দিফেন্স পার্টি অমা শেমদুনা পুলিস ওফিশশিংগা মরি লৈনরবদি খরদি ফগনি খল্লি।

মতম অদুদা ঐহাক যাদুমনি ডিঃ এসঃ পিঃ গা হকচিন্না তিন্নৈ। থৌবাল সব-ডিভিজনগী যাদুমনিনা ডিঃ এসঃ পিঃ ওইবনা থৌবাল, পলেল, ককচিং, ময়াং ইম্ফাল, শুগ্নুগী ওঃ সিঃ ওইবশিং লোইনা খংনৈ ঐবুসু লুনা তৌই। শুগ্নু ওঃ সিঃ গী মফমদা থা মাইকৈগী হুরান চিনথি কয়াগী মরক্তা প্রজা খাংবা রারিবা অদু রারী রাখোং শান্নদুনা থন্নবদা ওঃ সিঃ না হায়বী ঐসু শম্বমথৈ মতেং পাংগে ডিফেন্স পার্টি অমা শেম্নসি হায়দুনা চংলিবা ঐখোয়ই মণ্ডাবু ডিফেন্স পার্টিগী মেম্বর হাপ্নুনা থবক পুরে। মথংদা ইবোচৌবা চংখ্রে। চনম পুখ্রি মপান্দগী বোয়াই শুগ্নু ওঃ সিঃ ওইনা লাক্লে। বোয়াই ওঃ সিঃ ককচিংদা হান্না পুরম্মী ওফিশ অদু ঐগা য়ুম লোন্নবনা হান্ন খংনৈ। শুগ্নুদদি খুং লোইনা তিন্নরে ঐখোয়গী ডিফেন্স পার্টিগী মতেং য়ান্না পাংবীরে।

সুমিৎ অমদি রাহেংবম অঙৌ, থিংগুজম অঙৌ, ময়েংবম নিপামচা, রাহেংবম বীর, ঐগা ঐখোয় মণ্ডা শুগ্নু পুলিসকী ওঃ সিঃ অদু পেচিগী ইবোচৌবা হায়বা অমনা ওইরম্মী। বোয়াই ওঃ সিঃ

ঐনা ককচিংদা লৈরিবৈদা ককচিং আউট পোষ্টকী ও: সিঃ ওইরম্বা ঐগা আউট পোষ্টকা য়ুম লোন্নবা হান্না য়াম্না থংনরকপা মথৌনা লৈবা মীনি। থোইনা হঙোইনবা লৈতনা থা মাইকৈগী হুরান চিনথিনা প্রজা ৱাহল্লিবা ৱারী কয়া শান্নরে। ঐখোয় ডিফেন্স পার্টি অমা শেমদুনা পুলিসকী মতেং পাংনদুনা হুরান চিনথি থরা ফবরা য়েংশি হায়দুনা থন্নরে। মুমিং অতুদগী ঐখোয় মঙা ডিফেন্স পার্টিনি হায়না শক থংনবা হৌরে। ৱাহেংবম অঙৌবু প্রেসিডেন্ট, ঐবু সেক্রেটরী, থন্দুনা ডিফেন্স পার্টি শেম্লে।

নোংমনা কুম্বী চত্তুনা কুম্বী আউট পোষ্টকী ও: সিঃ ঝুলোনগা উনদুনা খোংয়াম পোম্বীখোক ভিলেজ ডিফেন্স পার্টি হায়বা অমা লৈরে হায়বা থংহল্লুরে। মতুংদা ডিফেন্স পার্টিগা পুলিসকা থুংশম্নদুনা মাইকৈ অদোমগী হুরান চিনথি ফনা নিংথিনা শেংদোকখি।

———

# শাগংবা লৌ নিনবা

খোংয়াম পোশ্বীখোক ডিফেন্স পাটি শেমদুনা হুরানবগী থবক থর ফরবসু, নুঙ্ চাইরেন মমাংদা শাগংবা লম্পাক হায়দুনা লৌ পরি চানিরোম চাওবা লমহাং অসিনা শোংদুনা লৈরিমথৈ, মপুং ফানা শেংদোকপা ঙম্লোই। লমহাং অসি লৌ ওন্দুনা শোংহন্দ্রবদি হুরানবা লৈতবা য়াই। লৌ অদুনা লাইর লৈত কয়াদসু কান্নবা য়াই অতুনদি নুঙ্ শাগংবা অসি লৌ ওম্থোক্লগে নিংলে। ঐনা নুঙ্, চাইরেনগী মীওইদা লৌ ওম্থোক্লবা য়ারী শাবদা মথোয় য়ানিংদে। মতম অদুদা নুঙ্ খুন্দা ফমদি ওইদবা লৌশিং শিংবা খুন্না মরা লৌবা লাইশ্রম দেবসিং হায়বা অহল মীয়াই চল্লবা অমা লৈ। খুরা দেবসিংনা ঐবুসু য়াম্না থাজনা লূনা তৌই। খুরাদুনা ঐঙোন্দা হায় নিপামচা ইবুংঙো নংনা থল্লিবা য়াথল, লমহাং অসি কোকথোক্লগা হুরান চিনথি ফগনি হায়বা অদু অচুম্বনি। লৌ ওম্থোক্লবদি লাইর লৈত কয়াসু কান্নগনি হায়বদু অশেংবনি মরম অনি কান্নগদবনি। নুঙ্দি নাম হায়বদা য়ারোই পাবোং লোল্লগা য়াগদবনি। নংগী ককচিং লমদমদা কনা কনা লৈবনো থিরু চংলু অদুগা নমফুদা হেক্কা চংউ নুঙ্গী হৌনবী মচিনঙৈদা

লাও-খোংহুনা থরা তৌরমগনি মতুদা নখোয়সু থরা থাংউ। ঐনসু য়ুপানবা ইরাবন্দগা ঐখোয় অনিনা মুঙ থেম্নবা হোৎনগে নও ককচিংদা চৎলগা মী থোম্মুবো হায়রহুনা ভানৈ।

ঐহাক ককচিংদা চৎলে, ককচিং য়ৌবগা মী খোম্বা হোরে। ঐখোয় অনৌবা লৌ নিনগদৌরি কনা কনা য়াওনিংবনো থিবদা মী থরা ফংলে। ময়াম অতুগী মন্নুংদা ঐনা য়াম্না য়াওহননিংবা পুখ্রম্বম তোমচৌনি। ইং ১৯৪২ দগী মশাগী হায়বা খন্দনা মীয়ামগী সেবা তৌবদা মথৌ তারক্লবা মীশক্তি। রাজনিতি দল খুদিংনা তোমচৌবু নুংশিদবা য়াওদে। ইং ১৯৫২ দা তৌখিবা ইলেক্টরেল কলেজদা ককচিং কেন্দ্রদগী কাবা মীনি। তোমচৌ ইমা মরিগী ইচে লৌবা ইবাই থোকই অতুবু মাগী ল্পচিং মথাদা ঐনা কংগ্রেস দল য়াওরকপনিনা ঐনা ওঝা হায়না কৌই। থৌবাল কম্যুনিটি প্রোজেক্টী সোসিয়েল এডুকেসন ওফিশার ওইরকথি। অতুবু চুম্না থবক তৌবা মরম্না মহাক্কী ইমুং-মন্নুং মেণ্টেন তৌবদগী লেমদে। মণিপুরগী মফম কয়াদা মিটিংদা ককচিং পিঃ তোমচৌগী ভাসন তাগদবগী য়াওননবা হোংনৈ। মশাগী ভারা তৌরগা মফম খুদিং চৎনবা হোংনবা মীনি। মাগী লোইনবী ইচেনা ককচিং বাজারদা বোড়া-কাংডৌ য়োন্দুনা ইমুংগী অরাৎ-অপা মেনবতুদা ঐনা ওঝা তোমচৌ লৌ নিনবদা য়াওহননিংই। ওঝাগা ঐগা তান্নবদা য়াওগে হায়বা য়ারে। ময়াংলম্বম গোপাল পেনা শকপা অহল অতুনা প্রসিডেন্ট ওইতুনা ওঝা তোমচৌনা সেক্রেটরী ওইরে। ঐখোয় মী য়াম্খৈমুক লিংজেল মান্নবা কমিটি অমা শেমতুনা ইং ১৯৫৯ গী জানুয়ারী থাদা মানগাড়ী অমা রিজার্ব তৌতুনা চেং মেরুক ২০/২০ এক্কাং-নাপী, য়োং-থাং পুতুনা মুঙ শাগংদা থুংলে।

মতাং অতুদা মুঙ থুন্না ঐখোয়গী লমনি ককচিং খুলেননা লৌ নিনবা য়ারোই হায়তুনা তাম্থোকই। মসি পুম্নমক পোম্বীখোক্কী

রাইরি নিপামচানা শিনবনি মসি হাংলসি ফাওবা হায়নখি। খুলেন খুমন চীংদগী ঐখোয় হন্দোক্লুনা নুঙ্‌না ব্রা হায়বা য়ারোইদবা কোর্সান্তাবীরোম থংবা চীংমাইদা পাথন থন্দুনা মুমিং থর লৈরে। ঐহাক লালতেন থাওমৈ পাইদুনা অহিংদা মীয়াম লৈরিবা মফমদা চংদুনা ময়াম নোংম-নিনিদি থাংখিসি ঐহাক য়ানবা মওং অমা পুবক্লবা হোংনগে হায়দুনা ব্রারম কয়া ঙাংনরে। অয়ুক নুংথিলদা নুঙ্‌গী লাইশ্রম দেবসিং, য়ুপানবা ইরাবন্দ তানদুনা ব্রারী কয়া শারে। হৌজিক অসি মণিপুরদা কছার বাঙ্গালাদেশতগী রিফ্যুজি য়াম্না লাক্লুনা সেরোদা পৈদুনা লৈরে। মণিপুর সরকারনা অহাংবা লম থিদুনা রিফ্যুজিদা পীথ্রবদি করিস্থ হায়বা ঙম্লোই। ঐখোয়নু সরকারদা হায়জদুনা লৌ নিনগে তাকথ্রবনি। ঐখোয় ককচিংদি নুঙ্ চাইরেন লোন্দিন্নবনি লোন্দিন্নদবা ময়াংশিং লৈমিন্নবা মুঙাইরোই। ঐখোয়না সরকারদা তাইনগে মাইকৈ অসোমগী লৈত-লাইর কয়াসু লৌ থুংসনু। ককচিং খুলেন ঐখোয়না নুঙ্‌গী লাইনিংথৌ ইরুম নিংথৌ হরাওবদা মতেং ওইনবা লুপা চাহুম দান তৌজগে। রাকম অসি খুরা দেবসিংগা খুরা ইরাবন্দ অনিনা হঞ্জবা হিদং ফম্নাইবশিং অমসুং নহারোলশিং তানদুনা য়ানবা অমা পুবকখি। থোংফম অদু ককচিংগী মী য়াঙ্খে লাকপনা, নুঙ্ চাইরেনগী য়োংখোক কিবদগী চেন্নখিদুনা মী নিফুদা লৈহৌই। লৌ পরি ২০০ রোম চাওবা লম অদু নোংপোকথংবা শরুক্তা লৌ পরি ৪০ ককচিংগী থাইদোক্লে। অরেম্বা লমশিং অদু পোম্বীখোক নুঙ্ চাইরেনগী লৈত-লাইরশিংদা পরি, লৌরাক থুংদুনা নুঙ্ শাগংবা লৌ ওম্থোক্লুনা ককচিং লৌকোন হৌজিক লৈরি। অশোংবা লমশিং কোকথোকথ্রবনিনা শা-বন মাংবা য়াম্না শাকরে।

---

# ডিভেলোপমেণ্ট কমিটি শেম্বা

থা মাইবৈদা লৈরিবা খুন চাইরেন, নুঙু পান্থীখোক খোংয়ামগী মীনা মথকলোমদা ইম্ফালনচিংবা চংপা তারবদি খোংগ্রাও, কৈজোম তাথংলগা শুগ্নু শোরোক য়েৌনবা চংলি। শোরোক য়ৌরবদা ঈশিং লৈবা মফমদা খোং-খুং হায়গা পায়রকপা খোংউপ, ফিনাং অতু তোংলগা চংনৈ। খুন অমগা খুন অমগা চংনবা লম্বী অতু খোংউপ তোংলগা চংপা য়াদে। লম্বী-থোং অসি অসুক্কী মতিক খুদোংথীনবা ওই। খুদোংথীবা অসি কোক্কবা উপাই থিতুনা খুঙ্গংগী মচিন তোংবা মরা চংপা মীওই কয়া হৌনতুনা ব্রা থন্নে। মতুগী মতেং পানবা থৌবালদা প্রোজেক্ট অমা লৈরে। ঐখোয় খুন ৪/৫ অসিগী অপুনবা কমিটি অমা শেমখি, কমিটি অতুনা সরকারদা হায়জবা য়াবা হায়জতুনা চাওথং-থৌরাং লৌথংনবা হোংনসি থন্নরে। ঐখোয় মী ১৫ না শাবা কমিটি অমা শেম্নে। কমিটি অতুগী প্রেসিডেন্ট চাইরেনগী সোরোকথাইবম গোপাল হাপ্নে অতুগা ঐহাক্না সেক্রেটরী হাপ্নে। কমিটি অতুগী মমিং ডিভেলোপ-মেন্ট কমিটি হায়না কৌরে। মতম অতু মণিপুরদা ব্লোক মফম থরা হাংগদবগী থন্নরে, থৌবাল প্রোজেক্টপুম্ব থৌবাল ব্লোক হায়না

খংনরে। ঐখোয় ডিভেলোপমেণ্ট কমিটি অমা শেম্নে হায়বা থৌবাল বিঃ দিঃ ওঃ দা খংহলে।

কুমসি অসি অহৌবা ওইনা লম্বী অসি শেমসি অহুনা প্রসিডেণ্টকা সেক্রেটরীগা থাহুনা বি. দিঃ ওঃ থৌবালদগী লম্বী মাইল অনি লৌরসি। পাওস্তাবী লমথাইদগী তাংজেং য়ৌবা অসি শেমসি হায়বগী ব্লারেপ তারে। ব্লারেপ অহু॥ মতুংইন্না প্রসিডেণ্ট গোপালগা ঐগা চংতুনা বিঃ দিঃ ওঃ থৌবালদা চে থাহুনা মাইল অনিগী ব্লাক ওর্ডর লৌরে। লম্বী অহু শেম্বদা চংবা শেলগী তঙ্খাই অমা ব্লোক্লা পাংই। চাইরেন খুন্না মীংথোক খরা য়াম্বনা পাওস্তাবীদগী ন্নুঙ্ খুঙ্জিন ফাওবা মাইল অমা চাইরেন্না পুরে। ন্নুঙ্ খুঙ্জিন্দগী তাংজেং য়ৌবা মাইল অমনা ন্নুঙ্ খোংয়াম পোম্বীখোক্লা থৌদাং লৌহুনা লৈঙম তাহুনা শোরোক থোক্লে। মাইল অনি অহুগী ব্লোক্লা লুপা লিশিং মরি পী, মাইল অমদা লুপা লিশিং অনি অনিনি। মশা মশানা চোংথোক্লুনা শুবা থবক্নি। লম্বী থোনবা লোইবদা মশাগী লৈঙম অহুগী শেল য়েন্নবদা নামৎ মাংদে। মথং চহিদা থৌবাল ব্লোক্লা ন্নুংকুপ চাইবীহুনা হৌজিক্তি কুম্বী কালেন খোংউপ তোংহুনা চংপা য়ারে। চাইরেন, ন্নুঙ্, খোংয়াম লম্বী খোংগী নুঙাইবা মহাও খংলে মসিগী ব্লাহৌদোক্লা ঐহাক থল্লাই হৃকচাং য়াওনা থৌদাং য়াজে।



## তুরেল ঙা থিবা

ইম্ফাল তুরেল তোর্ববান তাবা খুনশিং রাঙ্দগী শুগ্নু ফাওবা মরক্কী খুন মথৈগী অয়াম্বনা মশা মশাগী হি অমমম লোইনৈ। থোং লৈতবনা ঈরাংমা লাম্থোক-লানশিন তৌনৈ। হি লোইবা অয়াম্বা মশা মশাগী মু, লোংথাই লোইনৈ। ইকাগী মতমদদি মুমিং ৫/৬ নি তুরেন্দা মু থোনবনা চিক্ক-চাইন চন্দে। ইকা নত্তবা মতমদসু মু অতুম খোন্নে মতুদি অতুক য়ামদে। মাগী মাগী মরো লোকশিনবা লোইরবদা চৌদা উ য়ানবা, উসোই থাংবা মথৌ অমমম পায়নৈ। কনাগুম্বা মীশিংনা খুংপু নাইনা থোইশাং, থোইবাং পুদুনা মথা তুরেন্দা ঙা ফাবা চংনবসু য়াওই।

ইং ১৯৫৯-৬০ চংলকপা মতমনি। ইথাইদগী মঙ্গী কৌবা নিপা অমা পোম্বীথোক নিঙোল লৌদুনা মুপী মহুমদা লৈ। ইথাই মঙ্গি ইরুপ্পা, ঙা ফাবা য়াম্না হৈবা মীনি। মানা কাংলুপ অমা শেমদুনা য়াহেংবম অঙৌ, ময়েংবম নিপামচা, খুমুকচম থম্বালঅঙৌ, মবাই নিঙোম চাওবা, সোরোকখাইবম মোধু, থোঙাম মুরচান, সোরোকখাইবম ইবোমচানচিংবা মথোয় ১০ না ইল্লেন অচৌবা অহুম শিংমিং পজেংনা লেংদুনা তাইরগা হি অহুম্মা তুরেল ফৈরে

হি অমনা তুংদা, হি অমনা মাংদা হি ৫ শিজিন্নদুনা লম কুম্থ্রা হেন্না পাকপা তুরেন্দু থুংনা ইন খোল্লি। মথোয় ইন শোনগে হায়বা মতমদা পজেং অদু শংলগা ইন থাদোক্লমদাই মতমদা মাংদা লৈবা হি অদুনা থব লাপলিভৈদগী রাশাং মচা অমা পাইদুনা ঈশিংদা ফুদুনা ঙা থৌজিল্লি ইনগা নক্রবা মক্ষম য়ৌবদা ইন অদু ঈশিংদা থাদোকখি। ইল্লেন অহুমগী ইন থৌরি অহুম্নি কংফাল অনিদা অমমম অমনা ঈয়াই হি তোংবা মীনা পাই। ইনশিং অদু মী মরি মঙা চংদুনা অমমম শোল্লি মদুদা রৌ, কাতলা, মৃগন, শারেং, ঙাচৌ, ঙানান, পেংবা, থাবক মপিনচিংবা ঙা কয়া য়াওবকই। ইন চিংবা অদু লম চামংরাম চিংই ঈশিং মনুংদা উরু রারু কয়া লৌনা ইন পনগ্রবদা মঙ্গী, ময়েংবম নিপামচা, থম্বালঙৌ মথোয় অহুমনা লৌথোকই নিপানচাগা থম্বালঙৌগনা লৌথোকপা ঙমদবা অদু মঙ্গীনা লৌথোকই।

ঐদি অয়ুক্তা স্কুল পুবনি স্কুল ছুটি থারগা চাক ঙাইবা ওইনা ঙা ফাবা কুম্মৈ অদু য়েংই মথোয়গী ইন চিংথংপা অদু মতেং থর খর পাংবী অয়ুক অমদা ইন অদু ৪/৫ রক শোন্নবা হোংনৈ। মুংথিন্না ইন ফৌদোকই ইনগী অতংপা ফোংপনচিংবা তৌই। ঐবুস্থু মথোয়না ঙৌদুনা চানবা থাবক, পেংবা গুম্বা থাইখি। ঙা অদু গুগ্নদগী ঙারৌবী হেক হেক লাক্লুনা লৌই মতম অদু ঙা সেরদা লুপা ৪ পি। ঐখোয়না কুম্মৈ য়েংবদা ইন খোল্লকই অদু খোল্লমদাইদা ঙা থৌরকপদা রৌ, মৃগনদি হি অদু লান্দুনা চোংথিবা য়াম্না য়াওই ইন নমথাইদুনা চংথিবা য়াওই।

নোংমা ময়ামদা ঐনা হায়জৈ। তাদ মঙ্গী, তাদ নিপামচা নখোয়গী ঙা ফাবা অসি, ইন্দু লং ওইবনিনা ঙাশিংনা হেক হেক নমথাইবা ঙনই। ঐস্থু য়াওরগে ঐখোয় লুপা ২০০/২০০ পুথোক্লসি ঐগা ঐখোয় ১১ না লুপা ২,২০০ তাগনি। মদুনা হৌজিক

ঙানা নমথাইবা ঙয়াইদবা পেরাশুং লং থোকই। মণিপুরদগি পুল্লা ফংদবা য়াই মতমসু য়াম্না চংলোই, গৌহাটিদগী লুপা ২০০০ গী লং লৈরগা ময়াম চংতুনা শাবদা মতম য়াম্না চংলোই হায়বদা ময়াম য়ানরে। শেল থাইরে ময়েংবম নিপামচাগা ব্রাহেংবম অঙোগা গৌহাটি থাখ্রে। মখোয়সু অতে থবক লৈতবনা সুমিং ৬ নিদা লং থুংলরে। থুংলবগা মঙ্গীনা লুচিংতুনা ইঙ্গাও অমা সুমিং ৫/৬ নিদা শাবা লোইরে। মতম অদু পোইনু, ব্রাকচিংগী অইংবা মতম্নি।

ইন শাবা লোইরতুনা নোংমা অমা পুজা তৌতুনা ইন খোনগা হৌরে। মহৌশাদি পজেংনা শম্নরম্বনি হৌজিক্তি পজেং শমদ্রে মখোংদা লম ৭০ হেন্না কোই। ইঙ্গাও অদুনা খোনবদি লৈবাই মপান নকপসু ঙয়ে ঙানা নমথাইনি হায়বসু ব্রাদ্রে। পনখ্রবসু ইরুপ্পা হৈরবা মী অহুম য়াওরে সুমিং অদুদা ঙা মন অমরোম ফারে। ঐখোয়না থম্নৈ, ঐখোয়গী মাহাজান অসি পাতুনা মথা তুরেল চীংনুংহুং য়োনা ইন খোনবা য়াবা মফমশিংদা খোল্লুরবদি কান্নগনি। ইল্লুপ অদুগী মনুংদা হান্না মথা তুরেল চংলুবা মী য়াওই। ময়েংবম নিপামচা, সোরোকখাইবম মোধু, ব্রাহেংবম অঙৌ, ঐ ইশামক অসি মমাং চহিদা য়াংনুং খোংজিন য়োরুরবনি। নোংমা নিনি মফম অসিরাই শুগ্ন ফাওবা খোনখিসি। ঐখোয় মথা চংনবদি থৌরাং তৌরসি নংগী নংগী চেং মেরুক ২০/২০ লাংনরো। এঙ্গাং-নাপী, থুম-থাওদি ঐখোয়গী ফন্দগী লৈরসি থম্নরে। অস্নুম্না ইন খোনবদা নুংথিল ফাওবা খোল্লে।

নোংমা নুংথিল অমদি লোক নিংথৌ ইবুঙোগী নুংবন মথাগী ইরেন্দা খোল্লি। মতুদা ঙানান মপী অমা ফারে, চাওবদা ঐখোয় কিনবা য়াওরে। ঙানান, ঙারেন, ঙাচৌ ঙা অহুম অসিদি মমৈ খুজেং শাই। মমৈ খুজেং অদুদা থৌরি লিশাংনা পুল্লগা থম্বা

য়াই ঙা অদু লিশাং পুন্দুনা ঈশিং ইয়াইদা চিংদুনা পুরক্লে। তা মঙ্গীগী হিদেন্দা চুপ য়ৈদুনা ঙা অদু পুন্দুনা য়োক্লে। ইন পুখত্তুনা তেরাদা য়াল্লগা ইন কংনবা ফৌরে। ঐখোয়না খন্নে, ঙা অসিমদি খুঙ্গং অসিদা কাইবদা লোইবা ঙয়রোই। কৈথেল অচৌবা খ্বাইরম্বন্দ য়ৌনা পুরসি হয়েং য়োল্লুনবা। অঙৌগা, নিপামচাগা, প্রেমানন্দগা নখোয় অহুম দাই লৌরো। শুগ্নু সোরোক ফাওবদি ঐখোয়না থিন্দোক্কনি হায়না য়ানরে। লৈহৌবা ঐখোয়না চাক চারগা ইন খোল্লহৌগে।

নোং ঙাল্লে ইল্লুপ্না ঙা থিন্দোক্লে। শুগ্নু গাড়ীগী বোদি মথক্তা ঙা হাপ্তুনা ঐখোয় অহুম চংলে। ইম্ফাল য়ৌরে গাড়ী থাফম রূপমোহন মমাংদা গাড়ী থাদুনা ঙা লৌথরে। অদুক চাওবা ঙা তোইনা উদবনা মীয়াম কোইশিন্দুনা য়েংনরে। মতম অদু মপান কাংজৈবুংদা গান্ধী মেলা অমা তৌরম্মী। ময়াম্না ঙা অসি মেলা হোলদা থমদুনা মীয়াম য়েংঙনবা নুঙাইনি হায়বী। ঐখোয় মেলা তৌরি হায়বা খংনা লাকপা নত্তে। মেলা গ্রাউন্দা ঐনা য়েংখিবদা ওঝা ভরত (ভেটেরিনরি ষ্টোক এফিসার) উরে। ঐনা ওঝাগী মনাক্তা চংদুনা ওঝা ঐখোয় অচৌবা ঙা অমা খ্বাই বাজারদা য়োল্লুগে লাকপনি মেলা তৌই হায়বা খংদে। ওঝানা হায়— ঙসাই অম্বুক্তা হরা মথক্তা শিবা ঙানিনা নিংথমথাম্নু ওই। হয়েং য়োনবফাও য়াগনি, ঐগী কা য়াম্না চাওই ঐনা থম্ফম পীগনি। ঙা অদু পুরকউ, ঙসি নুমিদাংরাই ফাওবা মেলাদা উংসি। ওঝাগী রা ভারগা ঐখোয় অহুম ঙা অদু পুশিল্লকই। মেলা অদুদা অশিন অরাং ওইবা চোংথাম শমরেন্দ্র এসঃ দিঃ সিঃ অদুদি ঐগা মমাংঙৈদগী খংনৈ ঐঙোন্দা তাদ কৌদুনা তিন্নবা মীনি। সাহেবনা হায়— তাদ প্রেমানন্দ নংগী ঙাসিদি ওন্থোক্লা চাওখ্রে কদাইদগী করম ফাবনো হায়বা রারী-রাখোং লিনরে। কয়া লুম্বনো য়েংসি হায়দুনা

এস: দি: সি. না কাটা লৌহল্লুহ্নো ওল্লগা য়েংবদা সের ৫৭ লুয়্রে। ওঝা ভরতমা পীবা টেবল অমগী মথক্তা থয়্রে, ঐগী ফম্নবা চৌকি অমগা পীহুনা নুংথিল অহু মেলাদা ঙা উংলে। এস: দি: সি: না ঙাগী মনিং, অরুম্বা ইহুনা চে অমা থেংপীরে। তালক য়েংহুনা ঐখোয় অহুম হোটেলদা চাক চাথোকউরে।

নুংথিলদা মেলা য়েংবা মীময়াম কাখংনরক্লে মেলা য়েংবা ময়াম অহু ঐগী ঙাগী মনাক্তা কোইশিল্লে। মীয়াম্না ঙা অহু করিনা ফাবনো? কদাইদগী ফাবনো? মমিং করি কৌই। হংবদা ঐহাক খুম্বা লেপ্নবা মতম লৈত্রে। কনাগুম্না ঙাগী মনাক য়োরক্তি চৈদো খুদোম্বী থিন্দুনা ঙাংনবা তাই। মৈতৈ মচাসি অহৈবা য়াওরে লৈত্তান্না ঙা অচৌবা শাহুনা কয়াদি ফজনা উংলিবা। মীশিং অহুনা ঙাগী মনাক য়োরকপদা খুদোম্বীনা নমহুনা য়েংলগা অশেংবা ঙানি হায়নবসু য়াওই।

নুমিদাংরাই এস: দি: সি: চংলকই। তা প্রেমানন্দ নংগী ঙাসি নুমিং ৪ নিদং থয়্রো ঐখোয় মশা শোক্তনবা হিদাক কাপকে মেলা লোইরগা মতিকচাবা প্রাইজ ফংগনি। ঐনা খুমৈজ, সাহেব ঙা অসি ঙসিগী ওইনা য়োনবা লাকপনি। ঐখোয় ইল্লুপ কমিটি অমগীনি, হংচিত্তি ঐখোয় পুন্না মথা তুরেল চৌংনুংহুং য়োনা ঙা ফাবগী থৌরাং তৌহৌরবনি। ঐখোয় হয়েং অসি য়ুম য়োদবা য়াদে রারৌবীগনু ঙা অসি পুং ৬-৩০ দা ঐখোয় কতুনা য়োঙ্গরগে। সাহেবনা 'য়াদ্রবনিনা ফরে ঙা অসি কাইবা তারবদি ঐগী সের অনি লৈগে।' তা নুপামচাগা, মামা অঙৌগনা থাং, শিংজং, য়োম্নবা লা থৌরাং তৌহুনা থয়্রে। পুং ৬-৩০ তাবদগী মেলা গ্রাউন্দ অহুদা ঙা অহু কাইবদা সের ৫০ য়োনবা লোইরে। মকোক, মরু, মমৈ, মশাইকুপ লোইননা মতোং সের অনিরোম অহুদি ঐখোয়না পুরে, ময়াম বিদাই তৌরম্লগা তাদ নিপামচাগী

য়ুম চীংডা মখোংদা চৎলে। য়ুমলোন্নবা গাড়ী লোইবা তাদ লিলা-সিংগী য়ুমদা তাদ মুপামচাগী মরূপ-মপাং শিংজমৈগী মচিন চৎপা মী ১০ মুক হৌদুনা মুমিদাং অদুদা ঐখোয় চাক চানরে। মানা মানা ঙম্বা কয়া পুখোক্লদুনা মুমিদাং অদু মুঙাইনা চারে। ঐখোয়না চাবা লোইবা ভমদবা অডোবা, অখোংখদু শেংনা খাক্তুনা খরা থয়ম্বদু, নিংথমখানিনা ডারেন হৌরম্মী। নোংঙাল্লগা ঐখোয় খরা মচাক-মথুম লৌরুদুনা চামিন্নরগা ঐখোয় অদুম পোম্বীখোক য়ৌনবা চৎলে। পোম্বীখোক য়ৌরে ইল্লুপ উনদুনা রারী শানরে মুঙাই-মিন্নদুনা ময়াম খন্নরে নোংঙাল্লগা মথা কুম্নবা হৌৎনরে।



# মথা তুরেল চীংনুংহুংকী থোংচং

ঐখোয় ইল্লুপ ১১ শুরে মমল পীহুনা য়াইবা হি অহুম্নি। খোংচং অমা ওইবনা পোম্বীখোক্তগী হাপলেন অমা পুরে, চেং-চাক হাপ্লে নিংথৌতা ইরেন মথাদগী ইন খোন্দুনা চংপা হোরে। অয়ুক্কী চাক তাংজেং চাকয়াইতা ইরেন মপাদা লৈবা লৌশং অমদা চারে। চাক তোক্লগা মুংথিল খোনবনা শুগ্ন্ য়োরে, অয়ুক অমুক খোনবদা সেরৌ য়ৌবদা অয়ুক্কী চাক চাই। ঐখোয়না ফাবা ঙাশিং অহু শুগ্ন্ ঙা য়োনবীদা য়োল্লি। মুংথিল অহুমা ঐখোয় থন্নে। ঐখোয়না থংবদা ইন খোল্লগা ঙা ফাবা য়াবা মফমসি মতেক মতেক ঙানান কোন ইরেন ফাওবনি অহুগী মথা অহুদি ইন খোনফম য়ামদে ঐখোয়না মণিপুরগা বর্ম্মাগা তাইনবা য়াংন্নুং মথা সনৈবী ইরেন ফাওরা চংসি হায়রবদি ঙা কাপ্পবা বোম থরা পুবা তাই মহু ফোংনা পুবা য়াদে। ঐখোয়না পুরিবা চেং অসিগী মথক্তা চেং সের নিফু অমা হাপ্লে। কেরোসিন টিনথাই অমগা হঙ্গাম থাও সের অহুম, মরু-মরাং, তিংহ্লৌ-চনম মুমিং তরানি ওক্লবা লৈরে। কাহ্নুক পরা মঙা তেক্লি ৩০, মৈনা ৩০ লোম্না পুহুনা ঐখোয় ইন খোম্না খোম্না চংপনা কেক্লুপোকপীদা অহিং লেকই। অয়ুক্কী চাক

কেক্রুংপাকপীদা চারগা অমুক ইন খোন্থবনা নুংথিলদা কৈথেলমানবী খোংজাই খুন য়ৌরে। মথা তুরেল হাম্না চৎলুরবা ঐথোয়না থংবা থা মাইকৈদা লৈরিবা খোংজাই খুন ময়াম অসি কৈথেলমানবী নিংথৌনা খ্বাইদগী চাওই। ঐথোয় থন্নে ঐথোয়না মথা কুম্বসি খুদোং চানবা ঐথোয়না ফাবা ভাসি পুশিন্দুনা কৈথেলমানবী নিংথৌগী য়ুমদা থুংশি হায়না থন্নরে। কৈথেলমানবীগী নিংথৌ অতু চহি ৯০ হেল্লে অতুনা মচানিপা চহি ২৫ রোম শুবা অমদা নিংথৌ শিন্নরে নখোয়না ভাংননিংবমথৈ ইচাগা ভাংনরো হায়রকই। নিংথৌমচা অতু পাহাং কৌই। ময়ুমদা লৈতুনা ভা থোংবা চামিন্নতুনা পাহাংগা ঐথোয় থন্নরে। ঐথোয় মথা হাইথবনা সনৈবী ইরেন ফাওবা য়ৌগে নিংই অতুনা নং থরা য়াওবীয়ু নংগীমু ঐথোয়না ভায়েন থুংগনি হায়নবদা য়ানরে নিংথৌ অতু চহি ২৫ গী মপাঙ্গল মথৌ লৈরবা মীনি খোংজায় খুন কয়া লোইপোং খোম্বা মীনি। পাহাংগী নোংমৈ অশুবী অমা মচাক নিংথিনা শুরগা পুই। নোংভাল্লগা চাক থোংনবা হোংনরিভৈদা মফম অতুদা ইন খোন্দুনা অতেকপা ভা শারেংনচিংবা কয়া ফাতুনা চাই। চাক চাবা তোক্লগা পাহাং নিংথৌ য়াওনা ঐথোয় মথা কুম্নে। ইন খোন খোন্দুনা চৎপনা মুমিদাংন্নাইদা মাইবরৈ য়ৌতুনা অহিং অতু মাইবরৈদা লৈরে। নোংভাল্লে মথা অতুদদি ইন খোনবা য়াবা মফম ২/৩ দগী হেন্না লৈত্রে, নোংভানবগী মুমিৎ অতু ভানানকোন ইরেন খোনবা লোইরগা নুঙ্গাই তেঙ্গান হি থাদতুনা সাপা ইরেন খোংবানগী নোংপোক থংবদা কেম্প শারে। ঐথোয়না কেম্প শারিবা মফমতু মণিপুরগী সেমনানি, সেমনা অনি তাইনফম য়াংমুং তুরেল মচা অতু য়েংবদা উরে। ইননা ভা ফাবা য়াম্রবা মফম ওইবনা ঐথোয় রা য়ান্দুনা মচাক হানবা য়াগদবা য়েংতুনা রাগী উতোং শেম্নে। তেক্লি হাপ্তুনা মৈনা পাল্লে, ভা কাপ্পা য়াবা খুংলাই ৩০ রোম শেম্নে। ময়েংবম

নিপামচা বোম শেম্বা কাপ্পা য়াম্না হৈ, মঙ্গীসু হৈ। নোংমনা হৈনৌ ইরেন্দা কাপই। হায়রিবা লমশিং অহু মণিপুর সিমনাগী মখাদনি। নোংমনা তাইরেন হৌবী ইরেন্দা কাপই। নোংমনা সনৈবী ইরেন্দা কাপ্তুনা ঙা ফাই। সনৈবী ইরেন চৎপা মুমিং অহু ঐহাক তেঙ্গোনগী য়ুম শাহৌই। মুমিদাং মুমিদাং ঐনা মোইরাং কংলৈরোনগী ৱারী লী অহুনা খোংজাই নিংথৌনা ঐবু ইপা ৱারী লীবা হায়না কৌই। অকোনবগী সনৈবী ইরেনগী খোংফম অহুদি ঙাম্নু য়াম্না ফারকই ঙারিন ঙানৈ ফুট ৬ লোম শাংবা অচৌবা অমসু য়াওরকই। ময়াম্না ঙা ফাবা চংখিবা মতমদা ঐনা শোংবা মুঙাইতে হায়হুনা মৈরম শেম্নগা মৈ থাবদা চীং অশোংবা অয়াম্বা মৈনা চাকথোকখ্রে। মহুদা নোংমৈ পায়হুনা তুরেলদা ঙা কাপ্পা খোংজাই মৈতৈলোন শেংদবা অমগী চুজাক অশুবা থরা মুমিদাং চানবা থাউ অমদা য়োমহুনা থম্বা চাকথোকখ্রে। খোংজাই অহুনা মৈথোং লিরকপদা ঐগা উনরে। নংনা মৈ থাবদা ঐগী হোরেন মুমিদাং চানবা থম্বা চুজাক চাকথোকখ্রে হায়না য়াম্না শাওরে। নোংমৈগা পাইরে মৈতৈলোনগা শেংদ্রে ঐহাক য়াম্না কিরে। ঐনা শাওদনবা থেমহুনা চেং মেরুক অচৌবা অমা মুমিদাং চানবা পীবদা মহাক শাওবা নেমহুনা মাগী জগাদা চৎখ্রে।

ময়াম্না ঙা ফাবা হল্লকপদা ইকোক কোক্না মৈ চাকখিবা অহুদা ময়াম মুঙাই। অহুবু ঐনা খোংজাইদা চেং পীখিবা অহুদি তমদ্রে। ময়াম্না ঙাশিং ফাকপা মৈজাও থাহুনা কংনবা হোৎনবা য়াও, চাক থোংবসু য়াওই। ঙারিন ঙানৈ অসিদি ঐথোয় মকক অমমম য়েন্নকনবা মকক ১২ কক্লগা অরেম্বশিং অহু মকোক্না য়াওনা থোংলে। ঙানৈ অহু হাওবদা ঙা ময়ামদগী হেল্লি। তুরেলগী নোংপোক্তি মৈ চাকখ্রবনিনা কোকই, নোংচুপকী চীংশিং অহুদি য়াম্না শোংই। সোরোকথাইবম ইবোমচানা অঙাংনি হায়হুনা

কোল ফেংলি। ময়াম্না ঙা ফৌনবা শীং থিবা হোৎনরিবৈদা মখোন য়াকশ্নবা উচেক অমা নোংচুপ চীংগী অশোংবদগী খোংলকই। ইবোমচানা উচেক মতৌ তমলুরে মহুদা খোংজাই নিংথৌনা শাওরকই। উচেক অসিগী মতৌ তমদুনা লক্নবা য়াদে, লম মপুগী তুংইনবা উচেক্তি হায়রকই। নুমিদাং ওইরে মৈজাও থাদুনা লপ মথক্তা ঙা ময়াম কংমবা ফৌরি। ঐখোয় তুম্নবা শেম-শানরে খোংজাই নিংথৌনা — ইয়াম্বা রারী লীবা, রারী হৌরো হায়নরিবৈ তাক্লাদু পুং ৮ থরা হেনবা মতমনি। ৮/৯ নি পানবা থাগী মঙালম্ভু নিংথিনা ঙাল্লি। ঐখোয়না লৈরিবা কেম্পু অদুগী মথক্তা হৌবা উজাও অমগী মথক্তা ঙসাই নুমিদাংবাই খোংথিবা উচেক অদু য়াম্না নক্না খোংলক্লে মীকুপকী মনুংদা চীংথক্তগী লৈচেং-লৈকুপ হোৎথরক্তুনা ঐখোয়গী চীং থেংনা থল্লিবা পাকথনগী মথক্তা জ্বাই জ্বাই তারক্লে। ঐখোয় নুমিৎ খুদিংগী হাপলেন নোং ঙানবা ফাও থাল্লি। হাও নিংথৌনা হায়রকই — ঙসাইগী উচেক অদু য়ৌরক্লে, সোইদনা লম মপুম্ভু য়ৌরক্লে হায়দুনা ঐখোয় কিনরে। খোংজাই নিংথৌ মাগী নোংমৈ অদু মতিকচানা সুদুনা চেৎনা পাইরে। ঐখোয় অতৈম্ভু থাংজৌ, শিংজং অরৈবা খুৎলাই পায়নদুনা তুং ওনশিন্নরে। লৈকুপ তারকপদি লেপতে থৌরাং তৌদুনা থোক্তুনা য়েংবদা শকফম লাকশিনবদি ঙমদে মমিং অনিদি ইলং লংনা উবা ফংই। নিংথৌনা কাপ্লগে হায়বদা ঐখোয়না থামই। পালহৌম্রবদি ঐখোয় রাগনি অদুগী মহুৎ ঐখোয় লাই নিংদুনা লৈশি। ঐনা অহলশিংগী মনাক ফম্বদা তাকপী, থা মাইকৈদা পাম্বনা মী শোক্লোই ইবুধৌ রাংব্রেন্না কনবীগনি রাংব্রেন নিংউ হায়বী অদুনা রাংব্রেন কন্না নিংজরি। ময়াম অদু সনামহি রাংব্রেন শোন্দুনা থরা লাপ্না পুখোকপীব্রো হায়না থৌনিজরি। ময়াম তুমদনা লৈরকপসি নোংয়াই মতুং ওইশিল্লক্লে। লাইনা তম্বগুম উচেক অদু নোংপোক্লোমদা

পাইখ্রে। মনিপুরগী সিমনা লানখ্রে। মথারোমদা শা কাপ্পা ঙা কাপ্পা চীংমী কাংলুপ কাংলুপ য়াম্না লৈখ্রি। লম মপু অহ্নু মথাদা লৈবা মীশিং অহুদা নৈরুরমাল্লে। নোং ঙানথোরকপদা মথাদা লৈবা মীশিং অহু মাগী মাগী নমবো পুহুনা লোইনা চেম্থোরকলে। ঐথোয়না হংবদা মথা অসি লম মপুনা নৈহুনা লৈবা ঙমদ্রে অহুনা ঐথোয় য়ুমদা হল্লবনি হায়রম্মী। ঐথোয়স্থু লৈবা মুঙাইররোই হায়হুনা চাক ঙন্না চাহুনা হিপোং শেমহুনা কাথংলে। হোনগংলকপগী নিনিগুবা মুমিত্তা কৈথেল মানবী নিংথৌগীদা থুংহুনা অহিং লেকলে পাহাং নিংথৌগীস্থু ঙায়েন মতিক চানা পিরম্লগা ঐথোয় পোম্বীথোক য়োনবা লাক্লে।



## পোম্বীখোক এল, পি, স্কুল,

ঐনা য়ুম য়োরকত্রিঙৈদা ওঝা কোইরেংনা উননিংই হায়বগী পাও থারকপা ঐনা য়ুম য়োবদা তয়্রে। অতুদি হয়েংমক চংকে থোরাং তোরে নোং ভাল্লগা ওঝা কোইরেংনা পাখোন চংহনবা তাদ তম্ফা অয়ুক্কা থুংলরে। প্রেমানন্দ নংনা স্কুল হায়রম্মী হায়বতু ওঝা কনা কনানো ওঝানা কয়ানো হায়বা ঐবু থংহল্লকউ হংচিং স্কুল লৌথংকদোরি নশা লাক্লবসু ওঝা মশিংদি পিরকউ হায়রকই। ঐনা ঐগা তাদ মনাওবীগা ওঝা অনিনি হায়বা অইবা চে তাদ তম্ফাদা পিখ্রে। ঐশু হংচিং অয়ুক লাক্কে তম্বীয়ু।

স্কুল লৌথংকনি হায়বা নুমিং অহুদা ঐহাক ইম্ফাল চংলে মতম অতু জোনোষ্টোন স্কুলদা মীফমগী হোল ওই ঐনা য়োবদা মীফম ফম্বা হোখ্রে। মনুং চংবা ঙমহৌদহনা মপান্দা ভাইহনা লৈরে। নুংখিলগী মতমদা সি, এম, থোরকপা উনরে ওঝানা প্রেমানন্দ নংগী স্কুল য়াওখ্রবনি তাকপী। ঐহাক লিষ্ট থিহনা পোম্বীখোক এল, পি, স্কুল য়াওবগী নম্বর লিষ্ট থর শিন্দোক্লে। নুংখিল অতু ঐহাক নুঙাইবগা লোয়ননা য়ুম য়োনবা লাক্লে। চহি থর প্রাইভেৎ, ওইনা লৈরম্বদগী সরকারগী ওইবা স্কুল অমা লৈরে।

লৌখংলিবা অতু এইডট স্কুলনি ওঝা অনগী তলব ঐগীনা লুপা ৯৫ নি তাদ মনা ওনীগীনা লুপা ৯০ নি। মতম অতু পোংচৈ য়াম্না তাংবা নওবনা মী ৫/৬ চানা ইমুংগীদি কোন্নবা ঙমই। সরকারগী স্কুল ওইবরনিনা পরিক্ষা থাবা য়াবে। ইং ১৯৬১ দগী ৱাংঙুদা স্কুল ১০ রোমগী পরিক্ষা থাকম সেটর ওই। ঐহাক মীয়ামগী থনক পুবনা খুনগী থবক চথোক-চৎশিন তৌবা মতমদা চংলবসু অঙাংশিং লাইবিক তম্বীবদা পুক্নিং চংনা তখী। পরিক্ষা থাগদবা থা অমরোম ৱাংলিংউদা পরিক্ষা থাগদবা অঙাংশিং অতু ন্নুমিদাং যুমদা কৌহুনা তম্বী। নোংডাল্লমদাইদা হৌদোক্কুনা লাইরিক পাহল্লি। পরিক্ষা মতমদা ঐহাক অঙাংশিং লোইনহুনা থংনবা অমগী শক্লোইদা পুন্না লৈমিন্নে। অঙাংশিং লাইবিক ওরাইহল্লগা ঐনা চাক ঈশিং থোংহুনা পীজ্জে। চাক চাবা লোইরগা মাগী মাগী হিপফমদা হয়েংগী থোকপা সবজেক্ট তাকপি তম্বীহুনা হোংনৈ। পরিক্ষা হোলদা চংবদা কবিসু কিবোইদবনি নংগী নংগী তৌফম থোকপা নথৌ অতু নিংখিনা তৌগদবনি। অমুম হায়না পরিক্ষা লোইরহুনা ফল হায়দোকপদ, ঐগী অঙাংশিংনা মকোক মথং ওইহুনা লাকই। চহি খুদিংগী ঐগী অঙাংশিংনা মকোক মথং ওইবহুদা ওঝা অয়াম্বনা পোম্বীথোক ওঝা প্রেমানন্দদি অঙাং তম্বীবা য়াম্না হৈথ্রে হায়বী। স্কুলগী এ, আই, ডি, আই নসু ওঝা প্রেমানন্দ তাকপীবা ফৈ হায়না হায়বী। তৌইগুম্বসুং ঐঙোন্দ নিংবা থুংদবদি এল, পি, স্কুল লাইরিক তম্বা লোইবগা মথা তমথনবা স্কুল লৈতবা, লৈবা তাববসু শুগ্ন যৌনা চংপদা ৱাগিবা অঙাং ওইব অসিগুম্বা অনিগী থমোইদা অরাবা ৱাপলদি লৈ।

---

# এম, ই, স্কুল লিংবা

মাইকৈ অতুদা লৈবা এল, পি স্কুল চাইরেন অহল্লুপ্তা অমা চাইরেন লাইকমদা অমা পোম্বীখোক্তা অমা মুঙ্‌দা অমা তাংজেং লাইফমদা অমা তাংজেং অহল্লুপ্তা প্রাইভেট অমা কমসোন খোংজাই খুন্দা অমা এল, পি, স্কুল তরেং লৈ মসিনা এম, ই, স্কুল অমা লিংখৎপা য়ারগনি। ঐহাক খুন খুদিং চংতুনা লিদর ওইবা মীওই কয়া উনরে। তাংজেং খুন্দা নহা ওইনা শেল পাইবা মীনুংশি থংবা মীয়ামগী থবক তৌনিংবা মী অনি লৈ। অমনা নোংমাইথেম পুইন্সিং কৌই, অমনা মোইরাংথেম ক্নাকলৈ কৌই, মোইরাংথেম মঙ্গোলজাও, থাইদেম উত্তরনচিংবা কয়া উনতুনা ঐখোয়গী মাইকৈ অসিদা এম, ই, স্কুল অমদি থমসি খন্নবদা য়ানরে। নোংমনা চাইরেন চংলে লমতুগী শিঙেন মচিন চংপা ওইনাম তোম্বা, সোরোকখাইবম গোপাল, লাইশ্রম ইন্দ্রমনি, ইবোতোন যাত্রা-নচিংবা মীওই কয়াদা এম, ই, স্কুল অমা থমসি য়ানরে। মুঙ্‌ খুনম্নু অহলদগী নহা ফাওবা য়ানরে। পোম্বীখোক্নী মনিংদা কমসোন খুনম্নু হায়নবদা য়ানরে। ঐনা নোংমা খুনগী লিদরশিং

অচু কৌহুনা সুঙ্ চুড়াসিংগী শঙ্গোইদা মিটিং অমা কৌহুনা মাইকৈ অতুগী জেনেরেল মিটিং অমা তৌরে। য়ারেপকী মতুং ইন্না মাইকৈ অতুদা এম, ই, স্কুল লিংখংসি থন্নরে। মেম্বর তরা-মচানা শাবা কমিটি অমা শেম্নসি মতুগী প্রেসিডেন্ট থন্নবদা তাংজেংগী নোংমাইথেম পুইন্যসিংবু খল্লে। সেক্রেটরী মোইরাংথেম প্রেমানন্দ পোম্বীখোকপু খল্লে। মেম্বরশিং অতুনা চাইরেন্দগী সোরোকখাইবম গোপাল, ওইনাম তোম্বা, ইবোতোন যাত্রা, লাইশ্রম ইন্দ্রমনি মী মরি সুঙ্দগী লৈশাংথেম চুড়ামনি, হৈক্রুজম চুড়াসিং মী অনি তাংজেং লাইফমদগী প্রেসিডেন্ট নোংমাইথেম পুইন্যসিং মোইরাংথেম কাকলৈগা ২ খল্লে খোংয়ামদগী য়াহেংবম বীরচন্দ্র, ময়েংবম নিপামচা অনি পোম্বীখোক্তগী থিংঙুজম অচৌ, য়াহেংবম অঙৌ, সেক্রেটরীগা অহুম তাংজেং অহল্লুপগী খোকচোম তোম্বা, কমসোন খুনগী খোংজাই নিংথৌ মনাও পাহাম মীওই তরামন্তা অসিনা কমিটি শারে।

প্রেসিডেন্ট সেক্রেটরী অনিনা ইভুকেসন্দা হৌনবী চে থাহুনা রিকোগনাইজ তৌনবা হোংনরে। কমিটিনা স্কুল কদাইদা শাসি থন্নবদা খরা ময়াই ওইবা সুঙ্ মাইবুং শাবন্দা অফবা মুমিং য়েংহুনা যাত্রা হুল্লে। মাইবুং শাবন অসি শাগংবা লৌ নিনবদা তুংগী ওইনা কান্নবা অতোংবা মফম য়েংলগা লৌ পরি অহুমলোম ইশামক্তা থাকখিবা লমনি।

স্কুল যাত্রা হুনবগা লোইননা অঙাং খোমহুনা লাইরিক তম্বা হৌরে। স্কুল শাম্নিখৈদা সুঙ্ নিংথৌজম চন্দ্রসিংগী মমাং শঙ্গোইদা তম্বা হৌই। অহানবা হৌবদা ওঝা ওইখিবশিংদি তাংজেংদগী নোংমাইথেম মংলেম পিতা কোমোলসিং, মোইরাংথেম নিংথেমজাও পিতা য়াইরিক্তাবা ( ঐগী ইনাও ) কমসোন খুনগী পাহাম নিংথৌগী

মনাও মখোয় অহমনি। অন্দর মেত্রিক ঙাক্কনি মেত্রিক পাস তৌবা অমা য়াওহনসি হায়হুনা সেক্রেটরী ঐমা চংতুনা ক্ষেত্রিময়ুম গোবর্দ্ধন পাজি লৈকাইবু হেড মাষ্টর ওইহল্লি। ওঝাশিংগী ফিস্থ ফিজামগীদমক কমিটিনা খাইনবা শেলগা অঙাংশিংদগী মীংজন ফি খর খর লৌবগনা পী। ওঝাশিংগী তল্লবতি পোইন্নুদা ফৌ ওইনা পীবা হায়নৈ। প্রজাদগী উ-রা খাইনবা ময়াম চংহুনা উ রা য়াল্লুহুনা চহি অমরোমগী মঙ্গুংদা স্কুল শঙ শাবা লোইহুনা য়াবগাই নাওরেম কাহ্লাই এমঃ এলঃ এঃ না চিক গেষ্ট ওইহুনা স্কুল শঙ্গাবীখি। স্কুল শঙ্গাবা অতুদা চাইরেনগী মী য়াওখিদে। চাইরেন্না য়াওদবগী মরমদি মখোয়গী চাওথোকচবা অমা লৈজে। চহি চা কয়াগী হাক্তকুগী হৌনা লমতুপ নাইনা কংলৈনা পাল্লিঙৈদা থৌদাং য়াবা লমতুপ অমা ওইরম্মী। মতুংদা অমুক ইং ১৮৯১ দা মনিপুর বৃটিশনা লৌশিন্দুনা মাহারাজ চুড়াচান্দনা পানবা মতমদা মহৈ মশিংগী স্কুল খুঙ্গং কয়াদা থম্বদা নঃ কুম্স্য। শুবা পাঠশালা ঙমখিবনি। খুন্দাবা কুইদ্রিবা মুঙ্, তাংজেং ঙরাং নাহনগী খোংয়াম পোম্বীখোক্লা মুঙ্দা এম, ই স্কুল থম্বা চাইরেন ঐখোয় ইকাইনিঙাইনি। চাইরেন খুন লিংজেন মান্নবা চাইরেন ময়াই লৈকাই মমাংদা চাইরেন খুন চংহুনা এম, ই, স্কুল শঙ অমা শারে। মতুদা স্কুল কাবা হৌব্রে। সোরোকখাইবম গোপালনা প্রেসিডেন্ট ওইহুনা কমিটি শেমখ্রে মখোয়সু রিকোগনাইজ তৌনবা কন্না হোৎনখ্রে।

হায়দগী দরখাস্ত থাবগী মতুং ইন্না ইন্সপেক্টর চন্দ্রহাস এম, ই, কুন গী ইনকারী লাকই, পাওস্তাবীদগী চংলকপদা চাইরেন্দা থুংই। চাইরেন্না মখোইগী স্কুল রিকোগনাইজ তৌনবা হায় অতুবু, মুঙ্ মাইবুং শাবন্দা হৌজিক হৌজিক চাং নাইনা কারিবা এম, ই, স্কুল অমা লৈ হায়বগী লাকপনি। নোং ঙাল্লগা মুঙ্দা লৈবা স্কুল

উরে। চন্দ্রহাস ইন্সপেক্টরনা হায়খি নরুখ্রবা খুন লোম্নবা মফম অসিদা ঐহাক স্কুল অনিমক রিকোগনাইজ তৌবা ঙমলোই। মুন্না থন্নখো কমিটি অনি য়ানৌ স্কুল অমদগী হেন্না রিকোগনাইজ তৌবা ঙমলোই হায়রম্লগা চন্দ্রহাস চংখ্রে।

তুংদা কমিটি অনি থন্নচুনা স্কুল অনিমক শিন্দোক্লগা চাইরেনগা স্মুঙ্গা লোন্নবা মফম অমদা পুন্না শাচুনা অমত্তা ওইখি। মতম অতু ইং ১৯৬৩ নি মনিপুরদা পঞ্চায়তী রাজ লিংগনি হায়বদগী ঐহাক সেক্রেটরী থাদোকুনা পঞ্চায়েংতা রাথল থমখি। ঐহাক য়াওনা লিংখংনবা তৌরম্বা স্কুল অতু হায়স্কুল ওইরে। হৌজিক হৌজিক চাইরেন হায়স্কুল হায়না লৈরিবসিনি। স্কুল অনি অসি পুনশিন্দ্রিবৈদা স্কুল অসি পুবা ঙম্নবা হোৎনবদা অতুকী মতিক রাখি। মাইকৈ অতুদা স্কুলগী হেড মাষ্টর ওইবীনবা মী লৈত্তবনা সেক্রেটরী অমা ওইনা ককচিংদা ক্ষেত্রিময়ুম গোবর্দ্ধন, নাওরেম নরান, ময়াংলম্বম বীরবন, ময়াংলম্বম ইরাবোৎ, নাওরেম গন্ধার (প্রিন্সিপাল) চহি অনিগী মন্নুংদা মথং মথং নেকখি।

---

# বিষেনপুর ব্লোক

মনিপুর সরকারনা মনিপুরগী মফম থরদা ব্লোক থম্বগী থৌরম চংথরপকদা ইং ১৯৬০ দা বিষেনপুরনা লৌরুং শঙগী কা অমদা ব্লোক হাংদোকই। হান্না সিঃ এমঃ কোইরেংগী প্রাইভেৎ সেক্রেটরী ওইরম্বা চনম পুখ্রি মপান্দগী এস, ডি, সি, ইবোমচানা বি, দি, ও, ওই। ঐ ইশামক চেনবা নোম্বা অমা ওইনা শক খংবীতুনা বার্ত্তন ফংহনা য়াওই। মনিপুর সরকারনা য়াম্না কন্না হোৎনহনা চোংথে থুনগী মমাংদা লৈবা চীংহুম অমদা ব্লোক ওফিস শাই। চহি অমগী মন্নুংদা ওফিস শাবা লোইহনা ব্লোক ওফিস হাংদোকই বিষেনপুর ব্লোক মপাগী ওফিস লৈজরবদা অহানবা ওইনা কুম্বীদা গ্রাম সহায়ক কেম্প অমা তৌই। মহুদা ব্লোকা প্রজা খুঙ্গংগা করম্না মরি লৈনহনা খুঙ্গং চাওখংনবা হোৎনগনি হায়বগী বি,ডি,ও, অমদি ই, ও, শিংনা শুগাইনা তাকই। কেম্পর য়াঙ্খোনা অমোং অকাই শেংদোকপা ফত্তবা লম্বী শেম্বনচিংবা খবক মুমিং মরিনি চুম্বা শুই মঙানি শুবা মুমিত্তা কেম্প লোইহনা প্রাইজ স্নেল্লি, সার্টিফিকেট অমমমশু পী। ঐহাক্তি ইং ১৯৫৬ তা খোবাল প্রোজেক্টা শিনবা শুগ্নদা কেম্প অমা য়াওরুবনা মরম খংনা ইশাগী

থৌদাং হোংনবদা মিংয়েং চংলিবা ওফিসারশিং অতুনা বেষ্ট কেম্পর এম, প্রেমানন্দনা ওইরে লাওথোকপী। মতুগী মনা ওইনা সার্টিফিকেটকা য়োংপাক অমগা পীবি।

ইং ১৯৬২ দা ঐনা হায়জত্নুনা পোম্বীখোক এল, পি স্কুলদা নুমিং ৫ নিগী গ্রাম সহায়ক ট্রেনিং কেম্প অমা পাংথোকই। মতম অতুদা মনিপুরগী চিফ সেক্রেটরী অসি বহুগুনা হায়বা অমনা ওইরম্মী মাগী মতমদা মহাক্না হৌদোকপা লেটি্রন অমথক য়াম্না চংনৈ মতু ট্রেনিংগী কেম্পারশিং অতুনা এল, পি, স্কুলগী অমা, থুল্লক্না অনি শাথি। খোংফম অতুসু ঐবু বেষ্ট কেম্পর ওইহনবীথি। মতম অসিদদি ইং ১৯৬৩ দা পাংথোক্কদবা প্রধানগী ইলেক্সনগী থৌরাং তৌনরে। মতম থর বি, ডি, ও, লাকত্রিভৈদা এস,ডি,সি, ইবোমচানা পুরম্বা অতু ১৯৬২ দদি লাংমৈদোংদগী য়ুন্নাম লৈকাইদা হোংগংখিবা নিমাইনা বি, ডি, ও, ওইরে। মাগী মতমদা ইং ১৯৬৩ মার্চকী তাং ২ দগী ১০ ফাওবা নুমিং ৯ নিগী অচৌবা কেম্প অমা পাংথোকখি কেম্প অতুগী মমিং 'ভিলেজ লিদরস কেম্প' হায়না কৌই। বীষেনপুরদগী খা থংবা খুঙ্গং ৯০ দগী লিদর ওইবা মী থল্লগা কেম্পর মশিং ১১০ না পাংথোকই। মফম্না মোইরাং খুনৌ তেরা মথোঙদনি। কেম্প অতু অহানবা হৌবা নুমিত্তা মনিপুর এসেমব্লীগী স্পিকর খোংবান্তাবম ইবোতোম্বীনা হাংদোকই। কেম্পর ১১০ মথক্তা ব্লোক্কী ওফিসারশিং গ্রাম সেবকশিং অমদি বামোন অহুম থারগা নুমিং খুদিংগী মী ১৩০ রোম চাক চাই।

খোংফম অতুদা মোইরাং খুনৌদগী কৈবুল লমজাও তাবা লম্বী অতোং অকুৎ শেমতুনা মীয়াম চংথোক-চংশিন য়ুংঙাইহল্লি। মোইরাং খুনৌদগী ঙানুকোন তাবা লম্বী পাকথোক চাওথোকহন্দুনা, মোরামোং তৌদুনা মীয়ামগী খুদোংচানবা শেমই। মতুদসু বেষ্ট

কেম্পুর থনগদবনি থংনা ঐহাক থৌনা ফনা থবক শুবা য়াওই। ঐনা চাককথোংনবা শীং হুমাং তানা থাইবা ই, ও, শিংনা উবী। ঐগী থরাই য়াওনা শুবা নোম্বহু উরগা ই, ও, শিংনা ঐবু লুনা তৌবী। ঐখোয়না কেম্প চংথরকপা অসি তাং ১০ য়োরে মুমিং অহু সি, এম, কোইরেংনা কেম্প লোইশিনগদবা মুমিংনি। কেম্পুরশিংশু ভস্তানা ইরু মাইথজহুনা থৌরাং লোইরে। অরোইবা মুমিং অহুদি বামোন অনি অমগা হাপ্পুনা বামোন মঙানা থোং থাকই ঙাগী মথেল ওইনা তৌই। মরমদমদা পাংথোকপা কেম্প ওইবনা সি, এম, গা ব্লোকী ওফিসার অয়াম্বা শুনা য়াওরে।

ব্লোকী ই, ও, শিংনা চাক মমাংদা ফেষ্টিভেল অমা থমই। মুমিংতুগী পুং ৮ রোম তারে ফেষ্টিভেল হৌরে। বিষেনপুরদগী হৌরগা খুঙ্গং ৯০ রোমদগী লাকপা মীওইশিংনিনা কেম্পুরশিং অহুনা মানা মানা থংজ-হৈজবা কয়া উংলি, পুং শেল যন্ত্র শুনা য়াওই। কনা অমনা নোং পালাদা হুহারনা চোলোম তৌবা উংলি। কনা অমনা মোইরাং শাই তৌই, কনা অমনা খুনুং ঈশৈ শকই, অতোপ্পা অমনা আধুনিক শকই। কনা অমনা গলা ব্লাটি শকই কনা অমনা লাইরিক হায়বা থীবা তৌই। মম্বাম অহু মাইকৈগী মী তিনবনিনা মনিপুরদা চংনবী শুরে। কেম্পুরশিং অহুগী মনুংদা বোড়াম্মাংবী; তোর্ব্বুং কাক্তাদগী মুসলিম মরিগুম্বা য়াওই। মখোয়শিং অহুগী থৌদাং অমতা তৌদ্রে। জাপান লান্দা খেলা খোংদগী মুসলিম ইয়াম্ব অমনা তাকপীবা পাংওন ঈশৈ অমদি ঐহাক খোনথোক্কা লোইননা থংই। ঐগীশু থৌদাং অমদি য়াগে খন্দুনা প্রেসিডেন্টকী য়াথং লৌহুনা মাইক মনাক্তা চংশিল্লে। মতম অহু ঐহাক চহি ৩৭ শুরে। অঙাং ওইরিবৈদা নোত পালা য়াওরম্বগী খোঙ্গেনম্বু য়ারি। ঐহাকম্বু মীয়াম মমাংনি শোয়থিনি ৱাবগা লোইননা ঈশৈ অহু হৌজরে।

ঈশৈগী ময়েক্তি দোলাইগী সনাতোম্বী, খোংবানগী কমার্দিন দোলাইগী ইরেন্দা লুপচথরেনে। পাম্মুইনে, পাম্মুইনে মুংশিবা নংবু, রেশমগী রুমান শাবীয়ু ননাওদা (ধ্রু) অন্দাউনগী লংহি তেম্বাই কৈথেল্লগী ওরেং রানী বাজারদগী কপত্রেং, শিলভরগী শিল্লুক লৈবিরুরোনে। (ধ্রু) ওম্রাইদগী মীয়াম্না শরু শোন্নদবা ঈশৈ অমা মিনিৎ ১৫ রোম শকচবা অতুদা মীয়াম খুবাক খুবী। ক্কাক্তাগী তাদ য়াইমতু মখোয়গী ঈশৈ শকপা অতুদা পেনখ্রমাল্লি ঐডোন্দা লুপা মডা থাবী। সি, এমস্থ নুঙাইরুরমাল্লি ঐবু কৌশিন্দুনা লুপা ১০ থাবীরে। বি, ডি, ও, নিমাইনস্থ কৌশিনবীতুনা লুপা ১০ থাবী; ই, ও, শিংস্থ ৫/৪/৩ থাবীতুনা ঐহাক লুপা ৪০ ফংজখি। অয়ুক্কী পুং ১১ রোম তারে বামোন্না চাকলুক থাবা য়ারনি হায়বদগী ফেষ্টিভেল লোইশিল্লে।

চিফ গেষ্ট ওইরিবা সি, এম, কোইরেংনা হৌদোকই ওসিদি বরা থানা, হায়বা অমা তৌসি পাত্র অমদা চে মচেৎ অমমম কোল্লগা মীশিং শুনবা হাপউ। চে ময়াম অতুগী মন্নুংদা বরা থানা ইবা চে অমা য়াওহল্লু। অইবা চে লৌথৎপা মী অতু নহা অহল থাইরোই মহাক অতু বরা থানা ওইগনি। ময়ামগী চেনা ফিদা ওইরবস্থ মী অতুগীদি ফ্রাংজিনা ফিদা ওইগনি চাকলুক অতু মীয়াম য়েংবদা উগদবা ময়াই ওইবা মফমদা থাগনি। ময়ামগী উকাবী তাওবগী মথক্তা খ্বাইদগী চাওবা ওাক্রা অতাওবা অমা হাপকনি হায়না লাওথোক্লে। চাক মমাংদা ময়াম লোটরী তৌতুনা চে লৌথৎনরে। চে অতু কুম্বীদগী অহোংজাও কোবা মী পিকপা মশক মুবা চহি ৬০ রোম শুরবা অমদা ফাওরে। অহোংজাও, কোইরেংবু য়াম্না নিংজবা মীনি মহাক্না ঐগী শ্রীমান অসি সি, এম, দা শিন্নজগে হায়জে। সি, এম, না তাধন মতু য়াদে

মিয়মা চংথবা থবকনি তাধনা অতুম ফংবীগদবনি হায়তুনা ম্লাখিদে। বরা খান তু কুম্বী অহোংজাওনা ওইতুনা চাক চাবা লোইরে।

ইং ১৯৬৩গী মার্চ তাং ২ দগী তৌখিবা ভিলেজ লিদরস কেম্প অতু তাং ১০ মুংখিন্দা বেষ্ট লিদর খনবগী থৌরম পাংথোকপদা ব্লোকী ই, ও, কুঞ্জকেশোরনা মোইরাংথেম প্রেমানন্দ পোম্বীখোকনা বেষ্ট লিদর, মোইরাং কালানা সেকেণ্ড তারে হায়বগী সার্টিফিকেট অমমম পিবী কেম্প অতু মুংশিল পুং ৪ দা লোইশিনখি। ময়ামসু য়ুম য়ুমদা হন্নখি, ঐহাকসু মুমিং অতুদা পোম্বীখোক য়ৌরকখি।

মোইরাং খুনৌ তেরা মখোংগী কেম্প লোইতুনা তাং ১০/৩/৬৩ গী মুমিদাংদা ঐহাক পোম্বীখোক য়ৌরে। নোংঙাল্লগা খুনগী অহল লমনশিংদা ঐনা মুমিং ৯ নি কেম্প য়াওরুবদা থেংনরকপা পুন্নমক পাওদমলে। ঐগী রাখন্দা এল, পি, স্কুলগী হেড পণ্ডিত থাদোকুনা প্রধান লেপকে খল্লে। মরমদি ঐহাক মীয়ামগী ফনবা থনবা লৈবাক্কী সেবা তৌবনা হেন্না অপান্বা ওই। স্কুল পুতুনা অভাং খর লোইনবনা থম্মোই অসি পেনবা ঙমদে। মরম অতুনা ঐহাক অয়ুক্কা স্কুল পুরবসু মুংথিল মুংথিল খুঙ্গং কোইবা হৌরে। রাংঙু গ্রাম সভাগী ভোটর লিষ্ট রিভিন্য্য ওফিসতগী লৌথোক্লে। রাংঙু, রাংঙু সাবন, নাওদখোং, তেরাখোং, ইথাই চীংখোং ফাওবদা ভোটর মশিং ১৭২৮ লৈ। মখারোমদা সন্দংখোং, বোড়ায়াংবী, লাইঙৌবী, খোইজুমান্তাবী, খুলাকপাং, লৈঙাংতাবী, চাইরেন, পোম্বীখোক, তাংজেংনচিংবা খুল মচাশিং অসিদা ভোট মশিং ৯০০ লোম লৈ। রাংঙু সাবন খুন অতুম ভোটর ৭০০ লোম লৈবদা কেলিজাওবনা লেপ্পা রাংঙু লম ভোটর ১২২৮ লৈবদা লোইতোংবম তোম্নানা অমদি সনসম মেঘসিংহ অনিনা লেপ্লবদি থা মাইকৈগী ভোটর ৯০০ অসি লিংজেন মান্নহনবা ঙম্নবদি মফম অভৈদগী

মী থরগা থোম্বা ভমজরবদি মাই পাকপা য়াই হায়তুনা ঐহাক স্কুলগী হেড পণ্ডিত রিজ্রাইন তৌরে।

প্রধানগী মীরেপ চে পিশিনবা মতমদদি :—

১। শগোলশেম কেলিজাওবা, ২। লোইতোংবম তোম্বা, ৩। সনসম মেঘসিংহ, ৪। লাইভৌবীদগী খুমন্থেম মাইমু ৫। খোইজুমান্থাবী পিশক ৬। পোম্বীখোকুগী মোইরাংথেম প্রেমানন্দ ইশামক ঐখোয় ৬ শুরে। থা থংবা পিক্লবা খুন মচাশিংদগী মীরেপ অহুম, খুপ্পাওদা মী ৩ থেংনবা তাবে। মেম্বর ১৪ গী মনুংদা পোম্বীখোক পোলিংগী ওইনা ঐহাক অন কণ্টেস ওইনা থল্লে। ঐনা লেপলিবা প্রধান অসি মেম্বর অন কণ্টেস ওইনা লেপ্পনি। স্কুটিনিগী মতমদা প্রধানগী মীরেপ চে অমত্ত লৌথোক্লদ্রে। ঐখোয় ইলেক্সন তৌতুনা ভোট মশিং থিবদদি রাংভ্ গী সনসম মেঘসিংনা কাপ্রে। প্রধানগা থারগা মেম্বর ১৫ না শাবা রাংভ্ গ্রাম সভাদা মথারোমদগী থোকচোম তোম্বা তাংজেং, এম, প্রেমানন্দ পোম্বীখোক, লাইভৌবীগী মাইমু মেম্বর ওইনা য়াওরে। ব্লোক্না উপ প্রধান থল্লবা চে পিরক্তুনা ঐখোয় ১৫ থল্লরে। মেম্বর অয়াম্বনা ক্লুংশিবীহুনা ঐবু উপ প্রধান থনবীরে। লাইভৌবীগী মাইমুবুনা নিয়াই মেম্বর ওইনা থল্লে।

রাংভ্ গ্রাম সভাগী পঞ্চায়েৎ প্রধান, উপ প্রধান, নিয়াই থনবা লোইরে। এস, ডি, ও, তেংথম সাহেবনা পঞ্চায়েৎ প্রধান ৫৯ কৌহুনা ব্লোক্না পঞ্চায়েৎকা লৈনগদবা মরি, পঞ্চায়েংকা রিভিন্যুগা লৈনবা পুম্নমক অহু শুগাইনা থংনবা তাকই। খোংফম অহুদা তাদ মেঘসিং প্রধান্না ঐবু চংলু হায়হুনা প্রধানগী মহুৎ শিন্দুনা ঐনা চংলি। বিষেনপুর ব্লোক্তা মালোমদগী তাংজেং, কাক্তা য়োবা ফাওবদা লৈবা প্রধান ৫৯ নি। মুমিং অহুদা ঐখোয়

প্রধান পুম্নমক অমগা অমগা শক থংনখি। এস, ডি, ও, না কৌবগী ব্লাফম লোইরবা তুংদা ঐখোয় প্রধান ৫৯ অদু লুপা ১০/১০ থাইনদুনা চাক অমুক্তং চানসি হায়দুনা থন্নরে। চাক চাফমদি থাঙ্গী প্রধান লুখোইগীদা ওইশি থাঙ্গনা ঙা মরাং কাইগনি হায়না নুমিৎ লেপ্তুনা ব্লারেপ তারে। ইশা ইশানা হায়নবা লৈতনা থাঙ্গ প্রধান লুখোইগীদা য়ৌনরসি হায়না লেপ্লদুনা নুমিৎ অদু যুমদা হন্নরে।

ঐহাক য়ুম য়োরগা তাদ মেঘসিং প্রধান উনদুনা পাও অপুম্বা তমলে। তাদ প্রধান্না থাঙ্গী চাক চানবা অদুসু নহাক্লা য়াওরুরো হায়না তাকপীরে। চাক চানবগী নুমিৎ শুরদুনা ঐহাক থাঙ্গ য়োরে। ঐনা থাঙ্গ য়োবা অসি খোংফম অসিনা অনিরক শুবনি। ঐখোয় প্রধান ময়াম পুল্লে নুংশিবা নুঙাইবা ব্লারী কয়া শান্নরে। থাঙ্গী প্রধান লুখোইদগী ঐনা চাহি অমা তংখাই হল্লি, অদুবু ময়াম চংদুনা ঐখোয় অনি ইতাও শান্নহল্লে। চাক চাবা লোইরদুনা ঐখোয় ময়াম ঙাইহাক ফন্নবা তুংদা লম লাপ্পা য়াওবনা ময়াম হন্নখ্রে। ঐদি অহিং অদু ইতাওগীদা লৈরগা নোংঙাল্লগা য়ুম য়োই। মতুংদদি ঐখোয় অনি য়ান্না লুনা তৌনদুনা নুপী নুপী মতা শান্নহল্লে মচা ইচাসু মতাও শান্নহন্দুনা ইমুং অনি ঙসি ফাওবা তংন থানদনা তিন্নরি।

মনিপুর সরকারনা পঞ্চায়েংকী প্রধান, উপ প্রধানশিংনা ট্রেনিং পীনথা সংস্থান অমা শেমদুনা মনিপুর পুম্নমকী প্রধান উপ প্রধান্না ট্রেনিং পী। ইং ১৯৬৪ জানুয়ারী থাদ ঐহাক নুমিৎ নিপাননি ইরোই শেনবা চীংখোংদা ট্রেনিং য়াওই। ট্রেনিং লোইরদুনা ঐহাক য়ুমদা লৈরে। মতম অদুগী ব্লোকী বি, ডি, ও, লাংমৈদোং নিমাইনা ওইরি। ঐগী ইশাদা স্কুল ওঝা তোক্লগা প্রধান লেপ্লদা কাহৌদবগী থোইনা অরাবা পোক্তে। চহি মরি

মতাসী পাংায়েংকী পুন্সি অমা য়াওবা তমজবনা ঐগী তৌফম খোকপা থরদি ত্তোগে থল্লি। ঐহাক মতম অয়াম্বা বিষেনপুর ব্লোক্তা চংলি ব্লোক অহুদা ই, ও, ওইবশিং অহু হান্নগী ঐগা থংনবা মীশক্লা য়ামই। ঐনা বি, ডি, ও, দগী হায়জবা খুদিং ই, ও, শিং অহুনা মতেং য়ান্না পাংই। ব্লোক্লা অনৌবা অমা ওহুবনা ঈথৈ লৌখোং, লম্বী শোরোক পুখ্রি তৌবনচিংবদা ১০০ দা ৭৫ পাংই। পোম্বীখোক লৌফমশিং ঈথৈ চানবা মাইল ২ গী ঈথৈ লৌখোং লৌই। খুনৌ লোকচাও লোকনুংদগী পোম্বীখোক য়ৌবা থেক খোইবা ঈথৈ মরিন নৌনা তৌহন্দুনা লৌগী ঈশিং খুদোং চানবা অনদি থবক শুবশিংগী শেল ফংনবা হোংনৈ।

ইং ১৯৬৫ দা শোবোক মাইল অনিগী ব্লাৰ্ক ওর্ডর লৌদুনা চাইরেন মংজিন চীংখোংদগী চাইরেন খুল্লক তোবর্বান ফাওবদা মাইল অমা পোম্বীখোক নিংথৌতা চীংখোংদগী চীংয়া কোইদুনা পোম্বীখোক এল, পি, স্কুল ফাওদুনা খুল্লক তাবা মাইল অমা থুংদুনা লম্বী শেম্মী।

উপ প্রধান অমা ওইনা এডল্ট স্কুল অহুম ব্লোক্তগী লৌথৈ। মদু অমনা চাইরেন্দা, অমনা তাংজেংদা, অমনা পোম্বীখোক্তা থমই। চাইরেনগী হৈক্রুজম তোম্বী ওঝা ওইহল্লি। তাংজেংগী নোংথোনবম য়াইমনা ওই, পোম্বীখোক্তীনা ইশানা ওই। মদুগীদমক ব্লোক্লা লাইরিক, শ্লেট, লেমটর্ন, কেরোসিন পী, অদুগা ওঝা ওইবগী থাগী লুপা ৬০ ফংই। মদুনা হান্না ময়েক থংদ্রবা অহল লাইরিক হৈহৌদ্রবশিং অদু তম্বীদুনা ময়েক পাবা অমদি মথুংনা মমিং ইবা তমংল্লি।

নোংমা কোইরেংনা চিফ মিনিষ্টর ওইরিঙৈ মতম খোংয়াই ফবা অমদা ঐনা ওঝা কোইরেং পোম্বীখোক্তা পুথৈ। মদুদা

ঐনা ওঝাদা হায়ঞ্জে, ওঝা চাইরেনগী চক্ অসি চুড়াচান্দপুরগী ইচিন-ইনাওশিংনা লৌই। মতু তুরেল লানথোক-লানশিন তৌবদা য়াম্না খুদোং চাদে। মুঙ্, চাইরেন, পোম্বীখোক, তাংজেং নরুখুবা খুঙ্গংশিং অসি তুরেলসিনা মরম ওইদুনা য়াম্না লাপ্পরে। নিংথৌতা চৌংখোংসিদগী মুঙ্ ইরুম নিংথৌ লাইমাং তম্না মীয়াম লাম্থোক লানশিন তৌবা য়াবা লিতান থোং অমতদি শাবীয়্। ময়াম মমাংদা সি, এম, না ঐখোয়গী প্রেমানন্দনা তানবা দাবীমথৈ মরম চাবা ঙাক্তা ওই। ফরে ঐহাক লিতান থোং অসি প্লান্দা হাপ্লগে হায়রগা নুমিৎ অদু পোম্বীখোক থাদোক্নুনা চংখি।



# ঈশিং ঈচাও ১৯৬৬

মণিপুরগী মনুংদা ঈশিং ঈচাও কয়া থেংনখ্রে। ককচিং, থৌবাল ঈশিং চাওদুনা চৈশু পায়দুনা লৈরক খুল্লক খ্বাং য়ৌনা ঈশিং চোংপা থেংনরে। ইম্ফালদা ঈশিং চাওবা থেংনরে। পুন্নমক অদু মাইকৈ মাইকৈগী ওইবনি। ইং ১৯২৪ গী ঈচাও অদু মাইকৈ শুনা চাওবা ঈশিং ওইবনা অচৌবা ঈচাও অমা ওইথি। ইং ১৯৬৬ তা চাওবা ঈচাও অদুসু হান্নদগী ৱাংখিদে। হেন্দোকপা অমনা ১৯৬৬ কী ঈচাওনা মফম অতৈদা নোংথর থর তারবসু চান্দেল মাইকৈদা লেপ্তুনা নোং তাখি। মরু নকপা ঈচেল কনবা চকপী তুরেলনা ইম্ফাল তুরেল ফৈনা থংখিবনা মীয়ামদা ৱাবা হেনখি। থৌদোক অসি থোকত্রিঙৈ ঈশিংদি য়াম্না চাওরবা মতম জুনগী তাং ১৮ দা সি, এম, দা রিপোর্ট পীগে হায়দুনা ইম্ফাল চংখিবদা ক্বাকৈথেলদগী হেন্না গাড়ী, মী চংপা য়াদনা ঈশিং চাওরম্মী। ক্বাকৈথেলদা মীয়াম পোং হোন্দোক্লরম্মী। ঐহাক সি, এম, উনবগী চংনবা লম্বী লৈত্রে চংপা য়াদ্রে। মতম অদুদা তেরা হ্বোমচা এম, এল, এ, ক্বাকৈথেলদা থেংনরে। রাজনিতি য়াওবা মশেন্নিনা নগা অহল ওইরবসু থংনৈ। ইবুংঙো প্রেমানন্দ

ঐস্মু সি, এম, বাঙ্গলোদা চৎকে তৌবনি অহুবু য়াগ্রে। তঙাই ফত্রবদি কুলবীধুগীদা চংলগা ফোন ভৌতুনা উনরসি হায়তুনা কাকৈথেল কুলবীধুগীদা চংলে। ফোন্দা সি, এম, গা রারী শান্নরে। ঈশিং ময়াম অসি থা মাইকৈদা সোইদনা য়ৌরগনি হায়বগী অরাবা অমগা লোয়ননা ঐহাক য়াম্না থুনা য়ুমদা চংলে। ঐনা পোম্বীখোক য়ৌবদা মীয়াম চেন্নতুনা নিংথৌতা চীংদা হোংবা হৌনরম্লে। ঐস্মু ময়ামগা লোয়ননা নিংথৌতা চীংদা হোংলে। মীয়াম তান্নতুনা ঐহাক সরকারগী মতেং ফংনবা হোংনরুগে ঐনা চংখ্রিডৈদা খুন্না ঐগী য়ুম থব য়েংশিনবীরম্মু হায়তুনা বিষেনপুরদা চংতুনা এস, দি, ও, সাহেবতা হায়জরুরে। এস, দি, ও, তেংথম সাহেবনা থা মাইকৈদা চেং হরাই কয়া য়েন্দুনা প্রজাদা ফংহনখি। কুম অহু মাইকৈ কয়াগী নোং হাংখ্রবস্মু চান্দেল মাইকৈদদি নোং লেপ্তে অহুনা ইম্ফাল ভুরেল্ল ঈশিং চাওবা নোংম নোংমগী হেনগংলি। ঐগী প্রজাগী অরাবা নৈনতুনা রিলিফ ৩ লক য়েল্লে। সি, এম, কোইরেংস্মু নোংমা ঈশিং চাওবা য়েংবা লেংলকই। সি. এম, লাকপনিনা এস, দি, ও, নচিংবা ওফিসার লোইনা মাওরকই। শগাং বাজারদা গাড়ী থারগা রাংডু শগাং শোরোক্তগী য়েংবদা অঙকপা ফংনা উথি। মতম অহু ঐহাক ভি, এল, দব্লিউ চমচুংগা পুন্না কাটর অমা রাইতুনা লৈ। ঐ উবদা সি. এম, কোইরেংনা প্রেমানন্দ নংগী খুন্দু য়াম্না রারম্নগনি। ঐনা চহি খুদিংগী ইকং মতমদা লাকপনিনা ঐ থংই। ওনশিল্লগা তেংথম সাহেবতা সাহেব ঐগী ইনাও প্রেমানন্দনা লৈবা পোম্বীখোক খুন্দ ঐহাক তোইনা চংলি, মক্কম অসিদগী হেন্না কুংপা খুননি। ইনাও অসি অশেংবা সোসিএল রার্কর অমনি। মবুক শেংবনি, অচুম্বা ঙাংবনি তৌগদবা থবক্তা মাই ওনশিনবনি। অতুনা খুন অনৌবা তাবনি মাগীদমক্তদি থর থরা য়েংবীখো হায়রম্মী। অতুনা তেংথম সাহেবনা ঐবু লুনা চান্না

তৌবী। চকপী তুরেলনা সুগংতুনা ঈরিতুনা লৈরবা মফম ওইবনা নোং থক্তিক্তুং তাবগা তেংথমদা হেক্তা হায়রকই। অসুম্না লোক্তাক, খোর্দাক রিলিপ অনিরক য়েনবদা ঐগী জাগাদা ৭লক শুরে। এস, ডি. ও গা অরাবা তারিবা য়ুমশিং লেপ্লবদা শন্দংখোংদগী তাংজেং য়োবদা অরাবা তাবা য়ুম ২০০ নি মসি লৌরুংশংদা ফজনা রিকোর্ড থগ্রে। ৮লক শুবগী খোংফম অতুদি মনিপুর চিফ কমিস্নারেনা য়াগ্রে। তেংথম সাহেব নংগী পোম্বীখোক প্রেমানন্দগুম্বা মী ভাক ওইরবদি মনিপুর শেমগংনবা পৈশা লৈররোই। ঐহাক মথং রিলিপ অনুক হন্না পীবা উমলরোই হায়বগী পাও এস, ডি, ও না ঐঙোন্দা তমবীরে। মতম অতুগী চিফ কমিস্নারতু বালেস্বর প্রশাডনা ওই। অতুদা ঐনা এস,ডি,ও, দা হায়জে অতুদি সাহেব ঐখোয়গী লম অসি অমুক্তুং য়েংবীনবা শিনবীয়ু। ঐসু সি, এম, দা অমুক্তুং হায়জরুগে হায়না হায়জে। ঐসু সি, এম, দা চংতুনা চিফ কমিস্নার অমুক্তুং পোম্বীখোক য়োহন্নবা শিনবীয়ু। ঐহাক হিগী থৌরাং তৌজগে হায়না কোইরেংদা তরুরে। লোইননা এস, ডি, ও, সাহেবনসু প্রেমানন্দগী লম অসি হৌজিক ফাওবা ঈশিং চাওতুনা তৌফম থংদনা লৈরি। অমুক্তুং মিংয়েং তাবীবা ওইরবদি য়াম্না মুডাইগনি মখোয়গী অরাবসু উবীগনি হায়না তরুরে। মাইকৈ অনিদগী হায়জিল্লকপা অতুদা চিফ কনিস্নারতু ফরে অগষ্টকী তাং ২৭ দা ঐহাক মফম অতু য়োরগে তাকপীরে পাও অতু এস, ডি, ও, না ঐঙোন্দা মপুং ফাবা পাও পিরে। নংগী থুন য়োহনবা য়োহন্দবা নংগী নথৌ তারে চিফ কমিস্নারদি সোইদনা লাক্কনি তাকপিরে। রাক্ষমশিং অসি তারগা ঐ য়াম্না মুডাইরে! ঐহাক শগাং কাটরদগী থুনা পোম্বীখোক চংলে মীয়াম তান্নরে। চাইরেন্দা ফৌপোং ৮০ চনবা হিজাও অমা লৈ মতু রাইরুরে। পোম্বীখোক্তা লোংজম কুলসিংগী ফৌপোং

৩০ চনবা হি অমা লৈ। হি অনি অতু রাইরে। তোবর্বান তাবনিনা মী খুদিংমক হি হোনবা হৈ। মতু পুম্নমক ঐনা মী খুদিংদা অয়ুক চাকঙন চারগা পুং ১০ গী মমাংদা থুংলনবা শিনখ্রে। ঐহাক শগাংদা ঐগী ক্বাটরদা তারিখ ডাইতুনা লৈরে। খোংফম অতুদা চাইরেনগী হিজাও অতু অহল ওইনা য়াহেংবম অঙৌ, ওক্রম চাওবা, থিংঙুজম অচৌ, সোরোকখাইবম মধু, মাইবম মনি ময়াংমদা নিঙোম চাওবা, রাজম তোম্বা, খোঙাম মনাওবী, থিংঙুজম মুক্তা নহা ওইনা য়ুম্নাম বাবুসিং সোরোকখাইবম অমু, ওক্রম থোইবা, থিয়াম চন্দ্রসিংনচিংবা মীওই কয়া, তাংজেংদগীসু খোকচোম তোম্বা মেম্বরনচিংবা প্রজা কয়া, চাইরেন লৈঙাংতাবীদগী সন্দংখোং য়োবগী তুরেল খোংবান্তাবা মীওই কয়ানি ময়াম অতুনা হি অনি অতু পুতুনা পুং ১০ দগী থুংলরে।

## অগষ্ট তাং ২৪

সুমিৎ অসি মনিপুরগী চিফ কমিস্নার লাকদবা সুমিৎনি। ঙমচুংগা ঐখোয় অনিসু চাক ঙন্তানা চারে। পুং ৯ লোম তাবা মতমদা পোস্বীখোক চাইরেনগী মী ৪০ রোম য়ায়রম্বা হি অনিতু পুতুনা লাক্লে। পুং তরামাথোইমথাই তাবদা হান্না লৌরুংশংগী এস, ডি, সি, থুংলরে। মুংথিল পুং অমা তাবদা চিফ কমিস্নার স্কোংকা লোয়ননা এস,ডি,ও, নচিংবা থুংলরে। শগাং বাজারদা গাড়ী থাতুনা থগ্নগা হান্না থোরাং তৌতুনা থম্বা হি অচৌবদা মোড়া ৫/১০ থাতুনা বালেশ্বর প্রসাড এস, ডি, ও, এস,ডি,সি, পুলিস ওফিসার ময়াম তোংহল্লে। হি মচা অতুদসু মীওই কয়া তোংতুনা মথা পাংনা চংলে। থজিংখোম্বীদগী শন্দংখোং তারগা তুরেল অচৌবা মরিন তমতুদা লাকপনা পাংনা কদাইদা তুরেন্না কদাইদা হায়বা অতু অরাকপা মীনা খংবা ঙমদে। ঐখোয় তুরেল খোংবান তাবনা মফম অসি তুরেল মরিন্নি থংই। তুরেল মরিন্দি ঈশিং থজিক থজিক চেল্লি। চংথিবদা য়ুম কয়া ফুমজাওনা নমথেক্তুনা তেকপা, থর লিংনা শাবা য়ুম্না মাঙ্গোন্দা কর্ফান হাতুনা অঙাং তাদনবা কোয়না থাজিনবা অতু কমিস্নার উবীথি। য়ুম শঙ্গোই কয়া ফুম্না নমতুনা লৈবা উবীথি।

অসুম হায়থ হায়থরগা কুংপা হেনবনিনা খুঙ্গংশিংগী অৱাবা মফম অতু উবীখি। পোম্বীখোক য়োরে চীংখোংদা ফান্দোক্তুনা মী ৫০/১০০ চন্নবা শেমলিবা মফম অতুদা পুং অহুমমখাইদা থুংই। পোম্বীখোক্কী শঙ্গোম শুম্বী ষণবী কয়াগী ঈশিং য়ান্দবা শঙ্গোম অতু চিনি হাপ্তুনা ফজনা লোল্লগা থকমিন্নে। ঐনা তেংথম সাহেবতা হায়জৈ। ঐখোয়গী খুন্দগী মথা থংবদা তাংজেং লৈ মতুদংগা য়োনবা হায়জরুবদা চিফ কমিস্নারনা য়ারে পুং ৪ তারে ঐ থংলে। হৌজিক ঐখোয় হল্লসি হাংহনা অমুক হি হোনগংতুনা লাক্লে। ঐখোয় শগাং শোরোক য়োবদা পুং ৫,৩০ তারে। য়োবগা চিফ কমিস্নার অমদি এস,ডি,ও, নচিংবা লোইনা চংখ্রে। ময়ামসু হি হোন্দুনা চংহনখ্রে। ঐহাক শগাংদা লৈহোরে। অসুম্না অগষ্টকী তাং ২৪ দা মণিপুরগী চিফ কমিস্নারনা থা মাইকৈগী ঈশিংগী অৱাবশিং য়েংবীখি।

---

# নিপাল শুবা রিলিফ

অগষ্ট থাগী অরোইবা চয়োল্নি সুমিং অহু নোংমাইজিংনি। ঐহাক সুমিং অহু নোংমাইজিং ওইবনা ওফিসারশিং লাকলোই হায়না থল্লি। অয়ুক চাকওন চারগা শগাং খুল্লক্কা কোইথোকই। ঐনা কোইথোকখ্রিভৈদা এস, ডি, ও, তেংখম এস,ডি,সি, বীরচন্দ্র এস, কে, দেবেন এস, ডি, ও, গী পিএ ব্রজমনি এস, ডি, সি, গী পিএ মনিহার লৌরুংশংগী ওফিসার শুনা লাক্লমই। ঐগী ক্বাটর সো লোনবহুদা তেংখম্না শগাং বাজারদা প্রেমানন্দহু ময়ুম চংখিবরা হংনবদা বাজারগী মীনা মহাক ময়ুম চংখিদে। অয়ুক ঐখোয়না উনবদা য়ুম চংলোই হায়রম্মী। মতাং অহুদা রিলিফ ৭ লক য়েনবদা য়াওমিন্নরবা ঐনা লৈরমগদবা মফম খংলবা ব্রজমনি, মনিহার অনিনা সার ময়ুম চংখিদ্রবদি ঐখোয় থিরুগে হায়হুনা মখোয় অনিনা ঐবু থিরকই। মতম অহু ঐহাক চাওমুগী য়ুমদা নোংমাইজিংনি কনাসু লাক্লোই হায়হুনা ফমহুনা লৈ। মতম অহুদা ব্রজমনি মনিহার অনি চংলকপদা ঐ খওই। শোইদনা এস, ডি, ও, সাহেব লাক্লমগনি। তেংখম সাহেব খৃষ্টানগী চর্চ্চ

কাবা মীওইনিনা য়ু থকপা মীবু থিনা তৌই। ঐবু কৌররিবত্নদা ঐনা নখোয় অনি চৎলয়ো ঐ শোইদনা লাক্লগে হায়ত্নুনা ঐনা নাকল অমা মখোইনা নাকল অমদা চৎনরে। ঐনা ফোরেষ্ট তাবা ফাওদোক্লগা থবক অমা চৎলুবা শাহুনা শগাং শোরোক্কা লাকই। ফনা শেম শাহুনম্ম য়ু থকপা মীনা চৎপদা ব্রা ভাংবদা থক্কবা মীনা লাইনা থংই। তেংথমদা সলাম তৌজহুনা সাহেব ভসি নোংমাইজিং ওইবত্নদা ঐহাক থবক অমা চংচক্লরে হায়জৈ। তেংথম্না ঐগী খোংচং, ব্রা ভাংবদা লাইনা থংলহুনা হায়রকই। প্রেমানন্দ য়ু থকপা মী ফারগা জেল পীবা মীহু ঐনি। নং ভসি য়ু থব্র থকপা মাল্লি। নংবু ঐনা থাজনা প্রজাগী সেবা তৌবা মী অমনি থনবনি য়ু থক্লবদি মীয়ামগী সেবা তৌবা ভয়োই। ভসি ঐনা নোংমাইজিং ওইরবসু লাব্রিবা অসি নংগীদমক লাকপনি। ঐখোয়না তাং ২৪ দা চিফ কমিস্নার পুথবা অত্নুদা মাগী থমোইদা পেল্লমাল্লে হৌজিক টাটা গাড়ী অনিদা য়াওরিবা পোংশিং অসি নংগী প্রজাদা য়েন্নবা পিরকপনি। মসি লৌশিল্লু গাড়ীদি হৌজিক অমুক হনখিগদৌবনি। সাহেবকী ব্রা তাবদগী ঐনা মী নেকুনা পোং হোম্ব্হুনা ঐগী ক্বাটরদা থম্বদা চংল্র। মমাংগী তুকান তাদ উদোই ঐখোয় মেম্বর ওইমিন্নবগী অহাংবা কা অমদা থমহুনা গাড়ী থাগ্রে। এস, ডি, ও, এস,ডি,সি, নচিংবা অয়াম্বা চংখ্রে। য়েনবগী রেকোর্ড থংনবা এস, কে, দেবেন পিএ মনিহার থম্লমহুনা লৈহৌই। ঐনা হেক হেক রিলিফ য়েল্লিবা য়ুমশিং অসি সন্দং-খোংদগী তাংজেং ফাওবা য়ুম ২০০ নি। তাং ২৪ দা চিফ কমিস্নার বালেশ্বর প্রসাদনা য়েংবীরম্বা অত্নুদা পেনখ্রমাল্লে। য়ুমিং অত্নুদা পীরম্মীবা পোংশিং অহু শেংপা য়াবা খুদৈ অরাংবা ২০০ ফনেক ২০০ চাদর ইনফি ২০০ সিলভর চাক থোংনবা মথুম পানবা ২০০ ষ্রেস্থাং থোংনবা মথুম পানবা ২০০ ঈশিং থক্লবা মক ২০০ নি।

চেং কুইন্টল ১০, আটা কুইন্টল ৫ হন্নাই মাইরোংবী কুইন্টল ৪ হঙ্গাম থাও টিন ৩, কেরোসিন টিন ৫, থুম বেক ২ নি।

এস, কে, পিএ, অসি কলম থাদবা হোংতুনা ইহুনা লৈবা মীওই ভাক্লি। ঐ:খোয় অহুম্না হোংতুনা য়েংবদা ফি-রোল কোন য়ুম:থোং কোন্নবনি। য়ুম অমদা চেং কে, জি, ১০, আটা কেজি: ৫ মাইরোংবী কেজি: ৪ হঙ্গামথাও কেজি: ১ কেরোসিন পন্না ৬ থুম পন্না ২ থুংই। অহুবু ঐহাক্না মশক থংনা খর তানা পীবা য়াবা ইমুং, খর হেন্না পীবা য়াবা ইমুং থাইদোতুনা শন্দংখোং, খুল্লাকপাং, চাইবেন, য়েনবদা নুমিং হুমনি চংখ্রে। পোম্বীখোক তাংজেং, খুন অনি, নুঙুগী য়ুম অহুমতা ভাইরে। এস, কে, অমসুং পিএ, অনিদি ওফিসকী মখৌ লৈবনা চাইরেন ফাওবা য়াওরম্নগা অতৈ অসি ওঝা প্রেমানন্দনা য়েনবীহৌরো লোইরগা লিষ্ট পীবিরকউ হায়না শিন্নরম্মী। মহু ঐনা মখা চংথনা তাংজেং ফাওবা য়েল্লি। অসুম তৌনা ঐহাক মীয়ামগী সেবা তৌজরকই।

সেপ্টেম্বর তাং ২৮ দগী ম্যাগী মাগী ময়ুম মকৈ শেমজিন্দুনা য়ুম হোংজিন্নরে। ঐখোয় গ্রাম সভাগী থৌ লোইত্রিভৈদা মনিপূরগী ওইনা লেণ্ড সেটলমেন্ট বোর্ড ফমখি। মহু ইং ১৯৬৭ তনি মহুগী মরমদি মশা মশাগী অশেংবা লম থংহন্নবা হোংনবনি। কনানা পাইরম্বা লম কনা অমনা ওইখিবা মহু নিয়ম চুম্না জমা বন্দি শেমহুনা মশাগী পাটা অশেংবা পান্নবা লম্বীনি। বোরা য়াংবীদগী তাংজেং নাপং য়ৌবগী লৌয়াম অসি প্রেমানন্দনা পীবা রিপোর্টনা অচুম্বা ওইগনি হায়না তেংথম সাহেবনা হায়বদগী ঐগী য়ুমদা মী কম্না লাকখি ঐঙোন্দ সেটলমেন্টগী শিন্দোকপা রেকোর্ট ৯২ চাইরেন ৯৫ কমস্যোন ১০২ তাংজেং মফম অহুমসিগী পীরকই।

ডাক অহুম অসি অমনা অমদা লোকোকমন লৌহুনা অমনা অমনা ওইখিবা, অমনা অমুক ওইবা অমদা অমুক পীখিবা লৌ পরি ৫০০/৬০০ অতু হান্নগী লিষ্ট য়াওবা মীগী মমিংদা পানবা অশেংবা লমদি য়ামদ্রে। ঐহাক মীঙোন্দগী শেল লৌরোই, ঐনসু মীঙোন্দা শেন পীজরোই হায়বা মীওইনি। থা অমা অনিদি ঐগী য়ুম সেটলমেন্ট ওফিস মোইরাংগা থোইনা খেন্নদ্রে। সিটি অহুম অসিগী অকোনবা মপু ওইগদৌরিবা অতুনা হান্ন মপু ওইরম্বা অতু থেন্নগা পুরকই মখোয় অনিগী য়ানবা সহি ঐনা লৌহুনা ঐগীসু রেকোর্ড থমই। শেল খর হাপকদবা লৈবনা হান্নগী মপু অতুনসু ঐঙোন্দা থবকসিদা পাংথোকপীয়ু হায়জৈ। অকোনবগী মপু ওইগদবা অতুনসু য়ারিবৈদো তৌহৌদ্রবদি শেল সাংখিনি ব্লাবদগী ঐঙোন্দা ব্লানোমই। শেল কয়া লৌগদগে হায়না ঐঙোন্দা হংই। ঐনা মীঙোন্দগী শেল চারগা থবক তৌদে খুমই। মখোয় মখোয়না হায় শেল চাবগী থবক নত্তে চুন্না উপ প্রধান্না বিষেনপুর চংপগী ভারানি হায়তুনা লুপা ২০/৩০ পীবসি লৌ পরি ৫০৩/৬০০ কী ওই। মসিদা ঐদি তরং উপু অমসু লৈজদে শেল হাপ্পবা শংবাই অমদা হাপই; শেল চাদনা শংবাই থনবা য়াওই। অতুবু ঐনা ইমুংদগী চানবা থন্নগা শেলশিং অতু পুতুনা চংলি। ঐগী থবক পাংথোকপা লোইরগা অথেংবদা ওফিসারশিং অতুগা চামিন থকমিন্নবদা লোইনা খরচ তৌই। অসুন্না ভসি ফাওবা ৯২, ৯৫, ১০২ দা দোখোন পায়নরিবা ময়াম অসি ঐগী মতমদা তৌরম্বনা অয়াম্বনি। মী খুদিংনা ঐবু থাগংপিখি মতৌ অসুম তৌহুনা মীয়ামগী ফনবা তৌবনা পোম্বীথোকপু শেমজবা ভমখি।

---

## ফিয়ার প্রাইস শোপ

ঈশিং থুমলুহুনা চাব থকপদা অন্নাবা ওইরবা লৈতলাইর কয়াগী মতেং থরদম্নু পাংনবা হায়দুনা এস, ডি, ও, সাহেবতা চে থাহুনা থা থাগী ফো কুইন্টন ১০/১০ অহোংবা মমলদা লৌই। প্রজা লৈত লাইর কয়াদা অহোংবা মমলদা য়োন্দুনা প্রজাগী উপায় তৌই। ঐনা মীয়ামদা অহোংবা মমলদা ফো ফংহনবহ্ন লাইঙৌবীগী মাইমুনা কল্লকই। ঐনা তৌরিবা হৈথোহ্ন শেল য়াম্না তোংলবোই নিংহ্নুনা মানা এস, ডি, ও সাহেবতা হায়জহুনা মাগী থুন মচাহুগী ফো কুইন্টন ৫ লৌই। অহুগা মানা লৈবাক্কী ওইবা চংনবা রেস্তা য়োল্লি। মহাক শেল তোংই। ঐদি অহোংবা মমলদা য়োনবনিনা শেল তোংদে খোংফম অমদি ঐহাক য়াওদনা ঐনা হায়রকই হায়হুনা ঐগী কোটাস্ন মানা লৌথিরম্লে। কুম্বী পোডাউন্দা ঐগী ফো শরুক পীরো হায়রুবদা ওঝা প্রেমানন্দনা হায়রকই হায়হুনা মাইমুনা লৌখ্রে হায়না হায়রে। ঐদি ককচিং লোমদগী শেল থিরগা ইম্ফালদগী লাকপনি। ঐনা থল্লি ঐগী ক্বাটর মাইমুনা থংই ঐগী ক্বাটরদা লৈরম্লগনি হায়না চংথিবদা লৈরমদ্রে। ঐহাক শাওহুনা নোংঙানবগা বিযেনপুর চংহুনা রিপোর্ট পীরুরে।

মাইমু হায়বা নিপা অসি য়াম্না হৈ শিংবা ঝাংঙু খুনগা খৎনবদা মানা ঙমদুনা লাকপা মীনি। ঝাংঙু খুন্না ময়াম শেল থাইনরগা ঝানোমসি মাইমু হাংলসি হায়নবা মীনি। মাইমু অমুক্তা ফারগা জেল পীবা ঝাংঙুনা ঙম্লকত্রি। অদুবু এস, ডি, সি, বীরচন্দ্র থৌবালদগীনি মাইমু ঐথোয় অনিগী করি লমচং চংপগে খংবা মীনি। এস, ডি, সি, না হুকুম পীদুনা থানানা ফারগা নুমিং ১৫ নি ফাদোক লৈখি। ঝাংঙু খুন্না ঐবু অদুক্কী মতিক থাগংনৈ। মানা জেলদগী থোরক্লগা ঐবু হাংনবা হোৎনৈ ঐস্সু খংনা চংপনা ঐবু হাংপা ঙমখিদে।



# লেভি লৌবা

মতম অসি এম, কোইরেংনা চিফ মিনিষ্টর ওইবা মতমনি। কোইরেং মনিপুরগী ওইনা মতিক চাবা সি, এম, নি। গান্ধীজম শেংনা চংপা মীনি। ওইনাম য়াইমনা এম, এ, পাস তৌরুবগা গান্ধীজম কংগ্রেস পামহুনা মনিপুরগী লৈমায়দা পোকলিবা মীয়াম য়েংলকই। মহুদা ওইনাম য়াইমনা মী অনি ফংখি। মখোয় অনি অহু মীয়ামদগী রাথল লৌশিং থোইদোকপা মীনি। মহুদি অমনা মোইরাং কোইরেংনি, অমনা ককচিং পুত্রম্বম তোমচৌনি হায়না হায়খি।

অহুগুম্বা সি, এম, কোইরেংনা থল্লি। মনিপুরসি থোদোক কয়াদগী মীয়ামগী অরাং অপা কয়া থোকনি। অহুনদি বাজার কয়াদা মহাজন শেল পাইবশিংনা ফৌ কয়া রানশিল্লগা তাংলবা মতমদা তাইহুনা প্রজাগী ঈ চুপ্পসি কন্নবা লেভি সিষ্টেম পুথোকই। খুঙ্গং খুদিংগী পঞ্চায়েং প্রধান, মেম্বর খুদিংনা মাগী মাগী ফৌ রানবদা অহেনবদা মনা পীগনি। লেভি সেণ্টর লৈবা মফম কয়াদা সরকারগী শেল পাইবা মী থমখি। মতাং অহুদা ইশামক

লেভি সেন্টর অমা হাংহনা তাংজেং তুরেল কাকুপ, চাইরেন তুরেল কাকুপ, সুগু, খোংয়াম, পোম্বীখোক, কমসোন, মুংবান প্রজা কয়াগী অঙনবদা তাইগদবা ফৌ মথৈ অহু ঐনা সরকারগী মীগা লোয়নননা ব্লানশিন্দুনা য়ুম্নাম মনি সিংহ পোম্বীখোকী মুমদা সেন্টর গুইহনা টাটা গাড়ী অহুম পীহনা লুপা ২০০ প্রাইজ ফংখি।



## অনিশুবা পঞ্চায়েৎ

ইং ১৯৬৭ য়োবতুনা গ্রাম সভাগী তার্ম লোইখ্রে। মথং গ্রাম পঞ্চায়েৎ মীৎশল লাক্লে। হৌখিবা গ্রাম সভাদা উপ প্রধান ওইরিঙেদা রাংঙু গ্রাম সভা মীশিং য়াম্মল্লি। সন্দংখোং বোরা-য়াংবীগী মথাদা পঞ্চায়েৎ অমা থমতুনা অনি থোকহন্নবা দিমান কয়া তৌখিবনি অদুবু ঙমখিদে। অদু ওইরবসু তৌখিবা থবক ময়াম অদুনা ঐবু নুংশিবা মী কয়া লৈবঙ্গা য়াই খল্লি। অদুনা অমুক হন্না রাংঙু গ্রাম সভাগী প্রধান লেপ্পবগী আশা তৌরে। ঐগী সার্ভিসনা কাধা য়াই থন্দুনা পোম্বীথোক পোলিংগী মেম্বর অদু য়ুম্নাম নিপামচাদ্দা পীখ্রে। ঐহাক শিঙ্গল প্রধান লেপ্লে। পোম্বীথোক খুন লিংজেন মান্নশি অদুগা ঐখোয় হায়দোক্তুনা ভোট থোমশি হায়নতুনা লেপ্পরে। অহানবদা পোম্বীথোক্কী নুপী অঙাং য়াওনা চাক অমা চানসি হায়তুনা লেপ্পরে। ফৌ লৈবনা ফৌ পুথোক্তুনা শেল লৈবনা শেল পুথোক্তুনা থৌরাং তৌরে। লা হেক্কদবা মী খন্দোক্লে। শীং থিগদবা মী খন্দোক্লে। হয়েং চাক চানগদবদা শীং থিবা নহারোল মথুত্তা থাং শীংজং পাইতুনা চংখ্রে। মখোয়না চংখিবদা পোম্বীথোক খুনগী এরিয়াদা হৌবা

অচৌবা থান পাম্বী চাহি কয়া কংলবা অমা লৈবহৌ য়ানশি লেপ্লরে। হায়রিবা মফম অদুগী মনাক্তা লোকনিংথৌ ইবুংঙোগী মুংবন লৈ। মহু তাংজেং লাইফমগী মীনা চহি খুদিংগী মফম অদুদা ইকৌরগা লোকনিংথৌ হরাওই। পোম্বীখোকী নাহারোলনা উজাও অদু য়ান্দুনা তুবগী সন্ধ অদুদা তাংজেং খুনগী হঞ্জবা হিদং নাহারোল কয়া লাক্লুনা পোম্বীখোক খুনগী নহা মরি ফাব্রগা পুখ্রে। ভোট নক্লবনিনা ঐদি খুঙ্গং কয়া চংলুবগী হল্লকপদা পাও অদু তারে। ঐনা অহিংদা খুন তিন্দুনা নোংঙানবগা শুগ্নু থানাদা রিপোর্ট তৌসি লেপ্লদুনা অহিং অদু হৌখ্রে। নোংঙানবগা শুগ্নু চংদুনা থানাদা চে থারে। চেগী মতুং ইন্না থানা লাক্লুনা তাংজেংদগী অঙাংশিং লৌথোকলুরে।

ইলেক্সন তৌরে ব্লাংঙু সাবন্দগী লোইতোংবম কুংবা কৌবা অমনা কাপ্লে। ইলেক্সন লোইখ্রবদা ঐখোয় পোম্বীখোক খুন তিল্লে। মথা তাবা পোম্বীখোকী ছাত্রসু য়ামলে। অপগ্রেট তৌদুনা এমই ওইনবা হোংনসি খনদুনা ময়াং ইম্ফাল মুতুম ফিবৌদগী য়ুম্নাম ইরাবোংপু হেড মাষ্টর ওইহল্লে। য়ুম্নাম থম্বা পোম্বীখোক, লৈশাংথেম শমু পোম্বীখোক, শুগ্নুদগী ইবোপিশক ওঝা ওইহন্দুনা এমই, ওইনবা হোংনখি। অদুবু সরকারনা মুংশিবীদুনা এমই, ওইহনখি।

পোম্বীখোক হায়বা খুন অসি মণিপুরগী মফম কয়া, খুঞ্জা ওদগী লাক্লগা খুন্দাবা খুন্নি। মাগী মাগী খুঙ্গংদা হরাওবুং লৈনদুনা উমং লাই হরাওবা য়াওরকপা মীওই ঙাক্নি। অদুগী মথক্তা ঐখোয়গী এরিয়াদা লৈবা লোকনিংথৌ ইবুংঙোগী জাগা অসিবু লাইফম প্যানাদা লৈবা তাংজেংনা মখোয়গীনি হায়দুনা ঐখোয়গী অঙাংশিং ফারুবা অসি মুঙাইতে। অদুনা লাই অসি মুনসি।

ইবুধৌ ইবুংঙো অসিগী লাইবুং অমা শেমতুনা হরাওবা খৌগল তৌসি খন্নরে। মনিপুরদা লৈরিবা উমংলাই পুম্নমক মণিপুর মহারাজগী অধিকারনি। ঐখোয় মীওই খর সনা কোন্নুংদা চংলগা লাই খুভম নিরূরসি। খুনগী ৱারেপ মতুং ইন্না ১। থিংঙুজম অচৌ ২। ৱাহেংবম অংঙৌ ৩। ওক্রম চাওবা ৪। এম, প্রেমানন্দ ঐখোয় মরি সনা কোন্নুংদা হায়নরুনবা ইম্ফাল চংলে। মুমিং অদু ঐখোয় নিংথেম পুখ্রি মপান্দ লৈবা য়ুম্নাম তোয়াইমগী মুমদা লৈরে। য়ুম্নাম তোয়াইম থৌবাল ক্যামদগীনি। নিংথেম পুখ্রি মপান্দগী মুপী অমা লৌতুনা কোর্ট খুদিংদা ৱাচং ৱানোম তৌবা মীনি। ওক্রম চাওবা, থিংঙুজম অচৌগা মকম অমদগী হৌরকপা লুনা তিন্নবা মীনি। ওকেন্দ্র মহারাজগস্থ য়ুম্নাম তোয়াইমগা য়াম্না লুনা তিন্নবা মী ওইরম্মী। অহিং অদু ঐখোয় য়ুম্নাম তোয়াইমগ ৱা কয়া খন্নরে। নোংঙাল্লগা কোন্নুং চংতুনা মহারাজদা হঙ্গংপা লেপ্পরে। নোংঙাল্লে ঐখোয় সনা কোন্নুংদা চংলে। তোয়াইমা অমদি ঐখোয় উবদা শ্রীযুৎনা লুনা তৌবী। শ্রীযুৎনা তোয়াইমদা নঙো হায়না কৌই শ্রীযুৎনা হায়বী নঙো; অহলশিংগা লোয়ননা লাকপদি করি মরম লৈবনো? শ্রীযুৎ য়াথং ফংলবদা ঐনা হঙ্গংচৈ। শ্রীযুৎ ইবুংঙো ননাই ঐখোয় অহল্লুপ পানা ইম্ফাল তুবেলগী নোংচুপ্পা লৈজবনি। শিট নং ১০২ নি বিযেনপুর সব দিভীজনগী মীনি। ঐখোয়গী খুঙ্গংতুদা লোকনিংথৌ ইবুংঙোগী খুভম লৈ। শ্রীযুৎ সনা হাক্তকসিদা ইবুংঙোগী খুভম অমতং য়াতুনা হরাওজগে। সনা য়াথং অমতা পীনবীয়ু। শ্রীযুৎনা তাকপী য়াই লাইবুং মশিং হেনগংপা ঐগীদি অফবনি। অতুবু খুঙ্গংগী থবকসি য়াম্না য়েংনগল্লি য়েংনবা য়াওব্রা? ঐনা খুমজৈ শ্রীযুৎ ইবুংঙো থৌবাল তহশিন্দা লৈবা তাংজেংনা মখোয়গী ইকৌফম লাই উমংনি হায়। ঐখোয়না হায় মফম অসি মী তাব্রিজৈদা

ওইরবসু ঐখোয় খুনফম অমা ওইরকপা চহি ২০ হেল্লে নখোইনা লাইফম পানানি ঐখোয়না অহল্লুপ পানানি। তুরেল অচৌবনসু খল্লে অত্তুনা মফম অসি ঐখোয়গী ওইফম থোকই হায়নবা থ্রাফমদি লৈ।

অডাং ওইরবসু মৈতৈ লৈবাকী নিংথৌ অমনিনা তাকপী। উমংলাইদি ঐগী হক্তি অহুবু শিন্নবা পণ্ডিত লোইশং হায়বা অমা থমই। অত্তুনা ঐহাক পণ্ডিতশিং থাত্তুনা য়েংহনখিগে অচুম্বদা ঐহাক মতেং পাংগনি তাকপী। মতম অতুগী পণ্ডিত লোইশংগী পণ্ডিত অচৌবা ককচিংগী অমুয়াইমা ম্যহোরীনি। পণ্ডিত য়াইমনা ভারিয়ানবম কুল্লচন্দ্রনি ঐখোয়সু পণ্ডিত লোইশংদা চংত্তুনা থল্ল নৈনরে। পণ্ডিত য়াইমা ভারিয়ানবম কুল্লচন্দ্রনা লাইফম য়েংবা চংপা তাখ্রে। ঐখোয়সু য়ুম য়ৌনবা হোংনরে। খোংচং অসি ১৯৬৮ গী ইলেক্সন (পঞ্চায়েৎ) লোইরবা মতুংদনি। কোন্নুংগী ইনকারী ভাইত্তুনা লৈবা মতমনি। খুনৌ লোকচাও লোকলিন তুরেল তাবা অসিদা অকুংপা পুখ্রি শেম্বদা খুদোং চাগদবা অশাংবা অকুংপা অমা লৈ। মত্তুদা পুখ্রি তৌসি ভা য়োকসি থল্লত্তুনা মী থোমলে ১। রাহেংবম অভৌ ২। ময়েংবম নিপামচা ৩। সোরোকখাইবম মোধু ৪। খিংভুজম অচৌ ৫। ওক্রম চাওবা ৬। কামদেব ৭। সুম্মাম তোয়াইম ৮। সোরোকখাইবম অমু ৯। থোংভাম সুরচান্দ ১০। খিংভুজম মুক্তা সিংহ ১১। মোইরাংথেম প্রেমানন্দ ঐখোয় ১১ অসি লুপা ২০০/২০০ পুথোক্লত্তুনা সোসাইটি অমা শেমত্তুনা ঐখোয় ইশাসু য়াওনা পাওত্তাবীদগী থ্রাংজিং অচৌ মতৈ মনাও নেক্লগা ফুট ৩০০ শাংবা পুখ্রি অমা ফুট ২৯০ শাংবা পুখ্রি অমা ভৌত্তুনা পিসি কলচর সোসাইটি হায়বা অমা শেমত্তুনা ভা য়োকপগী থবক তৌই। শেল থাইনবা অত্তুদা

য়ুম্নাম তোয়াইমদি রেডিও অমা থাংদুনা য়াওবনি। ঙানা মপুং ফানা চাওরবা মতমদা অহিং নুংথিল নুমিৎ নিনি নোং তাবদা লোব্বী ঈশিংনা পুখ্রি পাথোক্তুনা ঙা চেনথোকখিদুনা মাংখি। ইকংথা ওইরবদা ঐখোয়না ঙা অদু ফাবদা মতিক চানা ফংবা ঙমখিদে। মমৈদা পুখ্রিগা পুন্না কামদেবদা য়োনথোকখি।

ইং ১৯৬৯ দা ঙারিয়ানবম কুল্লচন্দ্র কোন্নুংগী মীওই কয়াগা লাইফম য়েংবা লাকই। কোন্নুংনা থারকপনি, কোন্নুংগী পণ্ডিত লাকপদুদা, তাংজেং পোম্বীখোক্কী মী শুনা য়াওরে। পণ্ডিতকী মমাংদা তাংজেংনা ঐখোয়না খুন্দারকপদগী ঐখোয়গী ঈকৌফম (লাইকোন) উমং ওইদুনা লাক্লবনি। মফম অসি ঐখোয়গীনি। ঐখোয়না অমুক হায় মফম অসিদা খুন্দাদ্রিঙৈদা মী লৈত্রিঙৈদা তাংজেংনা শিজিন্নবা লম ওইরবস্থু ঐখোয় হৌজিক খুন্দাদুনা চহি ২০ হেন্না লৈরে। পানাস্থু তিন্নদে নখোয়না থৌবাল সব দিভিজননি ঐখোয়না বিষেনপুর সব দিভিজননি। হৌজিক ঐখোয়গী এরিয়া ওইরবনিনা লাইফম অসি ঐখোয়গী ওইফম থোক্লে। মরম অদুনা কোন্নুংগী পণ্ডিতনা লেংবীরকইঙৈদা রাই অমা তাবিরম্মু। কুল্লচন্দ্র পণ্ডিতনা ফরে ঐগী ইথক্তা পণ্ডিত অচৌবা লৈরি মাগা তান্নরগা অমুক্তা থন্নখিগে হায়দুনা পণ্ডিত চংখ্রে। কুইদগা ঐখোয় য়ুম্নাম তোয়াইমগা লোইননা কোন্নুং চৎতুনা মহারাজগা উনদুনা থন্নরুরে। ঐখোয়না ঙমজবা খর সনা কাকোক হান্দুনা শ্রীযুৎতা কৎলে। শ্রীযুৎ মহারাজনা ইপু পণ্ডিত অচৌবা নহাক চৎতুনা পোম্বীখোক্লা ইবুধৌ লোকনিংথৌ লাইবুং য়াজগে হায়বসি য়াহল্লু। লাইবুং মশিং য়াম্নগা ঐখোয় কোন্নুংগী কান্নবনি হায়না থারকই। অমুয়াইমা পণ্ডিত অচৌবা লাক্লুনা পোম্বীখোক্লা মখোয়গী লমনি হায়বা চুমই। মখোয়

পোম্বীখোক্তা চীংঙ্ ইবুংডো লোকনিংথৌগী লাইবুঙ শেম্বা য়ারে হায়না সনা য়াথং পীরে। তাংজেং লাইফম নখোয়গী লাই হরাওবদা লোকনিংথৌগী মুংবন্দ লাই ঈকৌবা পোম্বীখোক্তা য়েংতসন্নু হায়না পণ্ডিতনা তাকপীরতুনা রাই তারমই।

পণ্ডিতকী হুকুম মতুং ইন্না পোম্বীখোক খুন হৌত্নুনা লাইবুং শেম শারে। লাইগী লমসি পিকই হায়তুনা ককচিংদগী মোইরাংথেম অচৌগী (প্রেমানন্দগী মনাও) লৌফম লাইবুংগা তাইনবদা লো লোথাই অমা পীত্নুনা লাইবুং শেম শাখি। ইং ১৯৭১ গী কালেন নোংমা পানবদগী লোকনিংথৌ ইবুংডো পোম্বীখোক খুন হরাওবা হৌখি।

---

# লোকনিংথৌ করম্বা লাইনো

ঐখোয়না পোস্পীখোক্তা খুন্দারবা মতমদা উ য়ানবা, উকা লাংগোন থাংবা চংলি। মখোংদা কমসোন কোবা খোংজাই খুন অমা লৈ। লোক উ য়ানফম অদু শুনৌ লোকচাও হায়না খংনৈ। লোক অদুগী মরম ইন্না কাখৎখিবদা চীং খেগাংদগী হায়গংপা মতোন য়ৌদ্রিভৈদা ফজখ্রবা নুংপাক ফুট ১৫ পাক্কদবা ফুট ১০ রোম শাংগদবা অমা লৈ। মদু লাইনা ওইরো মীনা ওইরো, অতমননা শেয়গা থম্বা মাল্লি। মতাই মতাইদা ফান মানবা নুংফান লৈ। য়েংবদা পুক্লিং তুজুংবা খুদম অমা ওইনা উই। ইথক খোংবা অহলশিংদা হংবদা, ঐখোয়স্থু মুন্না মরম খংদ্রে। লোকনিংথৌগী পোত্থাফম নুংপাক্লি হায়নৈ।

অমনা কালেনগী নোংমা পানবদা তাংজেংদা লোকনিংথৌ হরাওবদা শুগ্নুদগী মাইবা মাইবা য়াওনা পোংল্লানবা লাক্লিবা মরম অসি থংনিংতুনা থিজিল্লি। ঐনা অহল কয়াদা হংবদা থর মথৈদি থংবা ওমই মপুংদি ফাদে। মসি পুম্নমক মমুং তানা থংগদবদি পুয়া কয়া কয়া শিজিন্নবা শুগ্নুগী হিদং থাইদেম

নিয়মসিংদা হংগে খন্দুনা নোংমা থাইদেম নিয়মসিংগী য়ুমদা চৎলি। থাইদেম নিয়মসিং মৈতৈ ময়েক পাবা পুম্না কয়া লৈবা শ্রীযুৎ বোধচন্দ্র মহারাজনা থাজবা মীনি। ঐবুশু অঙাং নাহা, ওইরবসু পোম্বীখোক খুনগী মরু ওইবা নিপা অমনি খংবী। অহলগী মফমদা ঐনা হায়জৈ ইপনবু ঐহাক লোকনিংথৌগী খুভম লৈবা মফমদা লৈজবনি। ইবুংঙো অসিগী মপুং ফাবা রারী খংবীরবদি খর তাকপীয়ু।

ঐগী রাহং অতুদা অহলন হায় নংনা হংজবনিনা ঐনা খংবা খরদি হায়রগে হায়তুনা অহলনা রারী লিখি। ঐনা অরিবা লাইরিক খর য়েংবদা অমুম্না ফংই। এলাহৌঙৈদা মৈতৈ লৈবাক অসি চীংনা ইকোই কোইরগা ঈশিং ঈরম লৈত্তুনা চীংদ নত্তনা তমদা জীব লৈবা য়ারমদে। তাইবং মপু গুরু শিদবনা লৈশেমগে নিংতুনা ইবুংঙো মাগী মশাদগী মতিক লৈবা লাই (মপারী) অমা পুথোকই। মপারী য়েংতুনা শিদবনা তাকপীরমই। ইপারী ইবুংঙো ইপানা মালেম কংলৈ পুংময়োন শেমগে নিংলে। পোইরৈ অসি থানা নেম্বনি অতুনা নংনা ইরম থোংলম ফাংতুনা থা মাইকৈদা ঈশিং চিংথোও। গুরুগী ময়াথং ইন্না পাওতাক লৌতুনা লোক চীং কয়া ফাংতুনা ঈশিং চিংথখি। পারী নংগী নমিংদি চীংবু ঙমই চীংঙুজাও, লোকপু ঙমই লোকনিংথৌ হায়না ইপানা থোনগে হায়তুনা থোনখি। মতিক লৈবা লাইনিনা মরোমদোম লৈনিংলকত্রে। মপারী রাখল উতুনা গুরুনা মাগী হকচাংদগী নোংথাংলৈমা পুথোকখি। নোংথাংলৈমগী চেংলৌ উবদা পুক্নিং ক্ষুংওন্দুনা নোংথাংলৈমা পাম্নতুনা পোইরৈ থা মাইকৈদা লৈখি। করিগুম্বা রাফম অমনা চীংঙু মতিক চাওই চীংঙুজাও লোক্না কাইদোং ওই লোকনিংথৌ হায়না খংনখি।

মালেম তম্পাক্কা ঈশিং কংলবদা গুরু শিদবনা মপারী অনি পোক্লে। মপারী অমনা য়ুমথোংগী নিংথৌ ওইহল্লে। মপারী অমনা কংলৈ নিংথৌ ওইহল্লে। মাইকৈ নিপালগী লাই নিপাল, শুংদাই মাপনগী লাই অমগা শেমহুনা থল্লে। অরাং কৌব্রুদা খুন্দিনফম শেল্লয়ে। পংলেম মমা লৈমরেন্দা মপারী অমদি লাইয়াম শিন্নরম্নগা গুরু নোংদোন থক্তা খুপল্লে। মপারী অহল য়ুমথোং নিংথৌনা মী শেমহুনা তাইবং খুন্দাহল্লে। মতম অনিদা কৌব্রুনা লাইগী নিংথৌ ওইহুনা মাইকৈ নিপাল ঙাক্রবা শরোই ৬১ পুহুনা রাকয়ে হি তোংহুনা তুরেল লুগী মরিন্দা লাকই। রাংবরেন্না লাকপদা ঈরেন অমগী মথক্তা পোত্থাই। লমদম অসি য়োগদোরে চীং অসিদা কারগা অমুক্তা লম য়েংসি হায়হুনা শরোইশিংনা রাংবরেনবু দোলাইদা পুথৎলি। দোলাই থাবা মফম অহু দোলাইথাবী হায়না খংনরি। রাংবরেন্না লম অহু য়েংবদা পুক্লিং হুবগী মশক ওই। তাম্না য়েংবদা তুরেল নোংপোক্তা চীং লৈবা নোংচুপ্তসু চীং লৈবা মফম অসি ঐগী খুভম ওইবা মুঙাইনি থল্লে। অমুক্তী মুংশানা রাতোন রাইরকপা মতমদা মমাং পাংনা তুরেল তোববান্দা হোবা খান উজাও অমগী মথক্তা উচেক ওইনা লোকনিংথৌ মুংশা য়াইরি। লাই মশেন খংনবনিনা রাংবরেন্না লাই অমা লৈ হায়বা খংখি। রাংবরেন্না খল্লি লাই অসি খংহন্দনা ইরোননুংদা চংকে নিংলে। লাই মশেননিনা রাংবরেনগী অনিংবা লোকনিংথৌসু খংই। রাংবরেন দোলাই তোংবদগী কুমথরে শরোইশিং হিদা লোইনা হাপ্লে। অহুগা ঈরোলনুংদা হি হোল্লক্লে।

লোকনিংথৌনা খল্লি চীংঙ্কনা ওইরিগবা ঐ অমা ইচাও চাওনা লৈরগা, মানা লোন্না চংকে নিংলিবা। ফৈ ঙসিদি চীংঙ্ ইতিক খংহনগে। থিন্দে লোকনিংথৌ লোকনুংদগী চাওর চাওরবা মুং কয়া হোনহুনা মিকুপ থরগী মনুংদা তুরেল থিংখ্রে।

থিংলিবা মুংবন অতু য়েংবদা মমাই মান্নবা ফজে। ব্রাংবরেন্না ঈশিং মমুংদা লাকপনা মুংবন অতু য়োরে। শরোই ময়ামগা লোয়ননা ঈরোনমুংদা লাকপা হি অতু মুঙদা থেংতুনা তাওখৎলে। লোকনিংথৌনা ব্রাংবরেন লাইবু ফাতুনা সনা শঙ্গাইদা পুশিল্লে। হি অতু মচি অমদা থাংহল্লে (হি থাংবা মফম অতু হৌজিক লেংদনা লৈরি)। লাই অনি ব্রাহং পাওখুম তৌনরে চীংঙু মশক তাক্লরে করি থবক্কী লাকপনো হায়না লোকনিংথৌনা হংই। ব্রাংবরেন্না ঐহাক খা মাইকৈ ঙাকপা লাকপনি খোয়ুম লাইয়াম্না থারকপনি। লোকনিংথৌনা অতুদি হল্লো খা মাইকৈদি ঐনা ঙাক্লি। খা মাইকৈ ঙাকপদা লোকনিংথৌ কৌবা লাই অমা লৈহৌই হায়না খোয়ুম লাইয়ামদা তমলুরো। ব্রাংবরেন্না খল্লি, ঐবু হৌজিক অমুক হন্দুনা লাইয়ামদা পাও তমলুখিগদ্রা। ঐবু খা মাইকৈ ঙাকপা মতিক চাবা লাইনি হায়না থারক্লগা অমুক পাওহনবা ইকাইরে। অতুনদি চীংঙু মঙোন্দা হায়জরগা ঙম্নবা হোংনরগে খন্দুনা হায়রকই। চীংঙু লোকনিংথৌ নহাক নতিং লৈবা লাইনি। পোইরৈ খা মাইকৈনদি চাওবনা চীংঙু নংগী নতেং পাংনবা লাকপনি। ঐঙোন্দগী চীংঙু নংগী নতিক নগুম্না হেল্লি হায়বা তাইবংনা থংসনু। কুমওন খুদিংগী হৈরাং-লৈরাং অনৌবা চীংঙু নংনা হৈতং লৈতংলবা মতুংদা ঐহাক কোন্না ফংজগে। কালেনগী নোংমা পানবদা চীংঙু নংনা হরাও মথোই কাবা ওইবীয়ু। মতুদা ব্রাংবরেন ঐনা হৈরাং-লৈরাং অনৌবা পোংলানগে। মতুংদা ঐনা অমুক হরাও মথোই কাজগে মতুদা চীংঙু নংগী খুভম থমগে। রাহৈ কয়া ঙাংনরবা মতুংদা লাই অনি য়ানরে। ব্রাংবরেন্না ঐহাক্না মথা থর চংথরগা লৈগে। চীংঙু নংনা নখুভম অসিদা লৈবিহৌ হায়নতুনা য়ান্নরে। মতুংদা লোকনিংথৌ ইবুংঙোনা মুংবন ফাংতুনা ব্রাংবরেন থাদোক্লে। ব্রাংবরেন্না থর

চৎথরগা লৈখি মফম অদু শুপ্নু হায়না থংনখি। অদু নোংদগী কালেনগী নোংমা পানবদা নুমিৎ অক-ফত্ত য়েংবা হায়বা লৈতনা লোকনিংথৌ ইবুংঙো হরাও তয়ামখি। নুমিৎ অদুদগী রাংবরেন লাইনা হৈরাং-লৈরাং অনৌবা পোংলানবা হৌখি। মতুংদা নুমিৎ তম্লগা রাংবরেন হরাও তয়ামখি মতুদস্তু লোকনিংথৌনা পোংলাল্লি। রাংবরেন ইবুংঙোগী লাইবুংদা লোকনিংথৌ খুভম য়াওহল্লি।

অসিগুম্বা লোকনিংথৌ ইবুংঙোগী অশেংবা খুভম অসি পোম্বীখোক্কী এরিয়াদা লৈবনা তাংজেংগা খুভম মুন্নবদা ইং ১৯৬৯ দা পোম্বীখোক্কা ওম্লে। শ্রীযুৎ সনা য়াথং ফংলবদা খুঙ্গংনা লাই ইবুংঙোগী লাইশং শাদুনা হরাওবুং নিংথিনা শেমদুনা ইং ১৯৭১ গী কালেন নোংমা পানবদগী চৌংভু ইবুংঙোগী হরাওবা হৌখি। অদুবু লাইবক থীবা হায়গদ্রা শাজিবুগী ১৯ নি পানবদগী ইচা নিপা অহল সনাজাওবা মবুক মনুংদা পোমদুনা নাবদগী ককচিং ডাক্তরদা লাইয়েংবা পুই। খোংফম অদুদা রাইখোং বাজার মৈ চাকখি। ককচিংদা লৈবদা ককচিং ডাক্তরনা লমফেন্দা থাদুনা লায়েংই। খোংফম অদুদগী ঐহাক ককচিংদা অদুম লৈরে। ইশানা থরাই য়াওনা শেমগৎপা য়াওজবা চৌংভু লোকনিংথৌ হরাওবা য়াওবা ওমদবগী মুভাইতবা অমদি ফাওই। ঐহাক মতম থরা ককচিং অমম্লুং পোম্বীখোক খুন অনিগী চংন থোক্লা তৌই। পোম্বীখোক যুমখোংগী মশা মশাগী পাট্টা নামা পানবা লোইরে। এল, পি, স্কুলদগী এম ই-অপগ্রেট তৌদুনা যুনিয়ার হায়স্কুল ফাওবগী সজেসন লোইরে। পোম্বীখোক পাংকী লোখোং অদু চহিগী পান্নবা মীদগী দোনেসন লৌদুনা চৌংভু ইবুংঙো হরাওবগী ফন্দা হাপ্লে। খুন অমা সৈবগী মওংদি তারে। চাওখৎ থৌরাংগী মরমদদি মতমনা সোইদনা পুরক্লগনি থন্দুনা খুন অমদি নহারোলগী খুত্তা থন্নরগা ঐহাক ককচিংদা তং তানা লৈরে।

ইশানা ককচিংদা মপুং ফানা লৈরবদা ইশানা পামজরকপা রাজনিতিদা মাই ওনশিল্লে। মতম অদু হরাইবম নিলমনিনা কংগ্রেস প্রেসিডেন্ট ওইবা অসি ইলেক্সন তৌসি য়াদনা চহি ১০ হেন্না ওই। নিয়ম কাইরে হায়না য়েংলুবা মী মথ�ৈ একজিকুঢ়িভ মেম্বর য়াওহন্দে। য়াওহন্দবা মীওইশিংগী মমিংদা ১। দাইহো ২। কোইরেং ৩। বীরচন্দ্র ৪। অমুতোম্বীনচিংবা মরু ওইবা মীওই কয়ানি। হায়রিবা মীওইশিং অদু এম, পি, সিদগী রিজাইন তৌবগী সিমান্ত প্রতিকাদা ফোংখ্রে। মীওইশিং অদু পুন্না উনদুনা মুমিং অমা লেপ্পরগা শগোলবন্দ বীরচন্দ্র সনাগীদা মিটিং অমা তৌদুনা চীং-তম হায়বা পার্টি অমা শেম্বদা ইশা য়াওরে। ওফিস ওইনবা খন্নবদা দাইহোনা মাগী য়ুমদা ওফিস পীবিরে। ইশামক ককচিং লমদমগী ওইনা চীং তমগী কমিটি মেম্বর ওইরে। ককচিং লমদম্ব নিলমনিগী পোলিসি য়ানিংদবা মীওই কয়া থোকুনা চীং তম শেম্বদা য়াওখি। শ্রীনোংমাইথেম তোমচৌবু প্রেসিডেন্ট, এম, প্রেমানন্দ ইশাবু সেক্রেটরি থন্দুনা ককচিংদা রাজনিটি চীং-তম শেমখি। মতম অদুদা ককচিং কৈথেল পুখ্রিবু বামোন্না শম্বল খাজিনখিবা অদু ননথেকুবা খন্নবদা পার্টি অমতগী অততাই ওইদনবা ওল পার্টি অপুনবা কমিটিদা চীং-তম অমা ওইনা য়াওই। মতম থর লৈরগা মাইরেনবম ওইনাম ধননা চীং তমগী প্রেসিডেন্ট ওইরে মদুদম্ব ঐবু সেক্রেটরি ওইনা পুহল্লি।

শ্রীযুং মহারাজ চুড়াচান্দগী মতমদা মণিপুরগী খুঙ্গং মফম কয়াদা এল, পি, স্কুল থম্বীরম্বা ককচিংগী ২৬ শুবা এল, পি, অদু শোরোক শেম্বদা স্কুলশং লোথোকখিবদগী কনা কনাগুম্বগী শঙ্গোয়দা পুশিন্দুনা লাইরিক তমখি। ঐনা ইং ১৯৭১ দা ককচিংদা লৈরবা মতমদা ইশানা তম্নকপা স্কুলনা মফম থংদনা লৈবা অদু মুংডাইতে। ইশানা ককচিং কৈথেল মম্না মোইরাংথেম লৈকাইগী

লাইরিক-লাইশু হৈরবশিং অহল-লমন কয়া তান্নহুনা য়ুমথোংগী শেল থাইহুনা স্কুলগী লম লৈনবা হোংনৈ। লৈকাই কমিটিনা য়ুমলেনবম গোসাইদগী লম লৈহুনা স্কুল শঙ শাই। মহুদা ২৬ শুবা ককচিংগী অমতা ওইখিবা স্কুল অহু পুশিল্লি। মতম অহুগী ইডুকেসন মন্ত্রি ৱাঙ্গোই নিপামচানা স্কুল শঙ্গাবগী থৌরম পাংথোকখি।

মণিপুরদা ষ্টেটহুং তানবদা ইম্ফাল জেলদা নোংমা লৈখি মথংদা পলেন জেলদা নুমিং হুমনি লৈখি। ইং ১৯৭২ দা মনিপুর ষ্টেটহুং ফংলবা মতুংদা মনিপুরদা ডিষ্ট্রিক্ট ৮ থোক্লা থাইদোক্লে। চীংদা ডিষ্ট্রিক্ট মঙা, তমদা অহুম হান্না ইম্ফালদা অমা লৈজে। খা মাইকৈ শুগ্নু লাইন্দা অমা টিডিম রোডতা অমা অনি অসি থুংই। নোংপোকলোমদা ককচিং থৌবাল মুন্নে। নোংচুপলোমদা বিষেনপুর মোইরাং মুন্নে। ককচিংদা ওল পার্টি শেমহুনা খুৎথাং চরা হেনবগী থৌরম কয়া পাংথোকখি।

থোংফম অহুদা ঐহাক জনতা পার্টিগী প্রেসিডেন্ট অমা ওইনা নোংমগী লিদর ওইখি। মণিপুর এসেমব্লি ফমলিঙৈদা ডিষ্ট্রিক্ট দিমাও, মোইরাং অমস্থুং ককচিং পুন্না চংপদা, ফাহুনা মণিপুর জেলদা মী ২৫০ লৈবদা ককচিংগী লিদর ওইরকই। ককচিংগী মথারোমগী এম, এল, এ, শিংনা ওপোজিসন ওইবনা থৌবালনা ডিষ্ট্রিক্ট ফংখি।

ইং ১৯৭৪ দা ককচিং রাইটস এসোসিয়েসন্দা মিং চন্দুনা মেম্বর অমা ওইনা অইবা সমাজদা য়াওরে। ককচিংগী অহল লমন্না লিবিরম্বা ৱারী মতম কুইথ্রবদি মাংথিবা য়াবা ৱারী শিংবুন কয়া থোমজিন্দুনা ককচিংগী থরদং কৌবা লাইরিক ফোংই। লাইরিক অহুমা ফোংলবা তুংদা ককচিংদা পোকখিবা ময়াংলম্বম

শেঙ্গাও যাত্রাগী ৱারী শিংবুন থিগৎলি। তাং ২৬/১০/১৯৮০ দা ককচিং রাইটর্স এসোসিয়েসনগী ভাইস প্রেসিডেন্ট ওইনা খনবী। ঐনা ভাইস প্রেসিডেন্ট ওইরিবৈদা কছার লক্ষিপুর খোরিরোন শিল্লুপ্পা শিনবা সাহিত্য মীফম অমা বার্ত্তন ফংহুনা এসোসিয়েসন্না ঐবু থাবি। খোংফম অত্তুদা মণিপুরগী শরুাইরবা বিকমসনা, ওইনাম ভোগেশ্বর নহারোল সাহিত্য প্রেমিগী প্রেসিডেন্ট সেক্রেটরি পুন্না ঐখোয় ৫ না শরুক য়ারুই। লক্ষিপুর মীফম মনুংদা শিলচরদা মীফম অমগী বার্ত্তন পিরক্নুনা স্বাখ্যা বিকমসনাগা ঐখোয় অনি লক্ষিপুরদা মীফম লোহ্রগা য়াওরুই। চাকলেন য়াওবা মীফম্নি অয়ুক্কী মীফমদা ঐবু লক্ষিপুর খোরিরোনগী সেক্রেটরিনা শক তাকই। মণিপুরগী ককচিং রাইটর্স এসোসিয়েসনগী ভাইস প্রেসিডেন্টনি। মরম অত্তুনা মী ৮ ৱা ডাংগদবদা মনিপুরদগী বিকমসনাগা ঐখোয় অনি য়াওই। ৬ শুবদা ঐবু ডাংনবা থমই অয়ুক্কী মীফম লোইরে চাক চাফমদা চংলে। চাকলুক থাবা তৌরবদা অগরতলাদগী এম, এল, এ, কোমোলজিং সনা লাক্নুনা য়াওরে। মাগী লমনিনা ডা থোংবা নিংথিনা মরাং কাই। চাক চাবা লোইরত্তুনা মিটিং হোলহায়স্কুলদা অমুক চংলে। পুং ২ রোম তারে মিটিং ৱা ডাংবা হৌখ্রে। ঐহাক করি ডাংসিগে হায়ত্তুনা ৱানা খল্লি ডাংলিবা ময়াম অত্তুস্নু তারি। মথং মথং ডাংখ্রে ৬ শুবদা ঐগী মতম য়ৌবত্তুনা ঐবু কৌশিল্লক্লে। নুমিৎ অত্তু নিংথৌ মচা অত্তুন্না প্রেসিদিয়ম ওই মণিপুরগী বিকমসনা, অগরতলাগী কোমোলজিং সনা, কথা কান্তিগী কোম্না কান্ত সনানি।

ঐস্নু নুমিং ৫ নি চুপ্পা কছারদা লৈরকই। কছার মণিপুরী মীশিং চাওরাক্না লাখ ২ হেন্না লৈ। বিষ্ণুপ্রিয়াগী লিশিং ৭৫ লৈ। মনিপুরগী মী অমতা এম, এল, এ, কাদে। বিষ্ণুপ্রিয়াগী লিশিং ৭৫ লৈবনা এম, এল, এ অনি কাই। মসিগী মরমদা মণিপুরী মচাগী

লিংজেন মান্নবা রাংখিবা অসি মৈদিংঙু চৌরজিৎ, মার্জিং হাক্তক্তা নিংথৌ ফম মুন্নবদা, শকাব্দ ১৭৪১ দগী ১৭৪৭ ফাওবা চহি ৭ খুন্তাকপদগী থোকখিবনি। মতুনা কছার অসাম অসিদা লাঞ্জেল্লবা ফাওবদা তিসাইন চৌংগী থা অরাং নোংপোক, চৌরজিৎ, মর্জিং, গম্ভীরসিংহ মচিন মনাও অহুম থাইদোক্লতুনা মাগী মাগী মচা মনাই মিচং সঙ্গম্নহুনা নুংশিনহন্দবদগী কছার মনিপুরনা এম,এল,এ কাবা ঙমখিদবনি। রারমশিং অসি ঐনা হায়জবদা লমদম অতুগী অনিংবগা চানরুরমাল্লি ময়াম খুবাক শাংনা খুবী। নুমিং অতুগী প্রেসিদিয়মদি নিংথৌ মচা ঙাক্ত ওইবনা, শাওদনবা ঐনা হায়জরিবা নিংথৌ মচাশিং অতু ঙসিগী প্রেসিদিয়মশিংবু নৎচদে। রাহৈ থর হায়রগা রা ঙাংবা লোইশিল্লি।

ঐনা রা ঙাংবা লোইহুনা থোরকপদা তেরাপুরদগী মোইরাংথেম ফাঙ্গুনী কৌবা অমনা চংলক্তুনা ইয়াম্বা ইবুংঙো ননাওসু মোইরাংথেম শাগৈগনি। শাগৈ মশেল নুংশিনবা উৎপা ওইনা ঙসি অহিং ঐগীদা পোথাবীয়ু ননাও সেবা ফংজগে হায়বীরে নুমিৎ অতু ঐহাক ইনাও ফাঙ্গুনীগীদা লৈরে। অয়ুক মিটিং হৌত্রিবৈদা শিলোং য়োনবা হয়েংগী টিকেৎ কক্তুনা পায়রে। অহিং অতু রারী শান্নবদা হয়েংগীসু ননাওনা শিঞ্জগনি হায়না লেপ্পরে। অহিং অতু শারেং থোংবা পীজহুনা হুঙাইনা পোথারে। আসাম কছারগী চৎনবী পুং ৪ দগী নুপীনা হোংগৎতুনা ঈশিং লুমহুনা শাহল্লে। ঐবুসু, ফাঙ্গুনীবুসু ঈরুজহল্লে। ফাঙ্গুনীনা মচানিপা হোদোক্তুনা শিলচর বস সেন্টরদা ঐগী ফক্ফম হুঙাইগদবা অমা কন্নবা থাগ্রে। ঐখোয়না ঈরুজবা লোইহুনা চন্দোল চরা থিল্লে মঙ্গোন্দা ফক থাহুনা ফমহল্লে। চা চেংপাক পিজরে মতু লোইবগা কা মনা কাকোক পুথোক্তুনা থন্নরে। ঐসু কা পামজবা ওইবনা চাজরে।

ক্কা চাবা লোম্বগা ফিরোল শেংতুনা শোরোক্কা থোকুনা ভাইরে। মিনিট থরগী মতুংদা গাড়ী লাক্লে মী য়াম্না চিল্লি মতু থংনা ফাঙ্গনীনা মাংজোননা মচা নিপা থাবনি। অতাং অতুনা কল্লম্বা সিট অতুদা ঐহাক ফমতুনা শিলোং চংলে। মুমিদাংব্রাই শিলোং য়োরে, লক্কিপুরদগী হান্না থংনবা ছাত্র অমগা অহিং অতু লৈমিন্নরে। নোংডাল্লগা ইচাশিং থিবদা, দাউকীদা লৈথি হায়রে। শিলোংদা অয়ুক্কী চাক চারগা ঐহাক দাউকী চংলেলম্বী অতু শিলোংগী মনুংদা খ্বাইদগী ৱাংবা লম্বীনি। মুমিদাংৱাই পুং ৪ দা দাউকী থুংলে মফম অতুদা ইচা অনিমক উনরে মথোয় অনি থংনবা তুকান অমমমগী থবক শুরম্মী। লংফৈ অতুদা মথোয় অনি মপা মমা অমতনা পোকপনি থংহল্লমদে।

লম ফজবা নুংশিবা হায়বসি ঐহাক মফম থর চংলে। ইম্ফাল টু কলকতা, শিলচর, শিলোং, গৌহাটি টু শিলোং চংপদা ফজবা নুংশিবা কয়া উজবে। মণিপুরগী মনুংদসু চীংনুংহুৎনচিংবা লোইজি লোয়াদি থর চংলে। অতুবু শিলোংগী খ্বাইদগী ৱাংবা চীংদোন্দা চংপা লম্বীদগী লাপ্না য়েংবদা বঙ্গলাদেশ জয়বঙ্গলাগী খুঙ্গংশিং পাং কয়া তাম্না উবদা ফজরবা চীংদোন্দগী মাইল থংদনা চীংখোংদগী খুল তারিমাল্লে হায়না উবা, ফজবা নুংশিবা অমদি অকিবা দৃশ অতুবুদি অরোইবা মতম ফাওবা কাওররোই। দাউকী হায়বা টাউন মচা অতু শিলোংগা জয়বঙ্গলাগা তাইনবা থা থংবা চীংখোংনি। মরক অতুদা দাউকী কোবা তুরেন অমনা মরক্তা থনবনি। তুরেলগী মথাদা জয়বঙ্গলা অরাংদা মেঘালোয়নি। বোর্দর ওইবনা সেক্যুরীটি ফোর্সসু কেম্প শাক্তুনা লৈ। মফম অতুদা থা অমরোম লৈরল্লগা ঐহাক অমুক মণিপুর ককচিংদা লাকই।

য়ুন য়োরকপগা মিটিং চেন্দুনা ঐনা চংলুবগী পাওদম রাইটর্স এসোসিয়েসনগী মেম্বরশিংদা পাও তম্মী। মতুংদা ঐনা থিজিনবা হৌখিবা ময়াংলম্বম শেঙ্গাও যাত্রাগী য়ারী মপুং ফানবা অহিং মুংথিল থিজুনা মচাক অয়াম্বা খোমজিল্লে। খোমজিনবা স্কৃপ অদু ইং ১৯৮১ দা ময়াংলম্বম কান্দের সিংহগী য়ুমদা পাথোকখি। মতুদা শেঙ্গাওগী মচা মশু ইমুং মনুং ককচিংগী শক্লাইরবা মীওই কয়া বাত্তর্ন তৌদুনা তিনখি। অয়ুক পুং ১১ দগী পাবা হৌবনা নুমিদাং পুং ৭ তা লোইখি। লাইরিক ওইনা ফোংবা য়ারে হায়না ময়াম্না তাকপী। ঐগী কন্দিসন ফত্তবনা স্কৃপ অদু ভোলুম থাইদোক্লে। ইং ১৯৮৩ দা শেঙ্গাও অহানবা শরুক ফোংলে। তাং ১৭/৭/৮৮ইংদা রাইটর্স এসোসিয়েসন ককচিংগী প্রেসিডেন্ট ওইরে। ইং ১৯৮৮ দা শেঙ্গাও যাত্রা অনিশুবা শরুক ফোংলে। রাইটর্স এসোসিয়েসনগী প্রেসিডেন্ট চহি ৭ ওইরম্লগা ইং ১৯৯৪ দা শ্রীপুখ্রম্বম কুঞ্জোনা প্রেসিডেন্ট ওইখি। ঐহাক এসোসিয়েসনবু মুংশিবদগী একজিকুাটিভ মেম্বর ওইনা য়াওই। ১৯৯৬ ইংদা শেঙ্গাও যাত্রা অহুমশুবা অমসুং মৈত্রবাকী মুক্লা লাইরিক অসি ফোংই। মথংদা ডম্ পোরোম অমদি ডারিন ফোংলে অইবগী ফোংদ্রিবা ফোংগদবা লাইরিকশিং; ককচিং অমসুং থল্লাংবা মথংদা চন্দ্রমুখী অইবা ওইনা লৈজরে।

— লোইরবা —

## শেলগী মতেং পাঙবীরকপশিং :

| | | |
|---|---|---|
| ১। | ময়াংলম্বম ঙৌবা | লুপা ৫০০-০০ |
| ২। | ডাঃ নোংমাইথেম বীরচন্দ্র | লুপা ৩৬০-০০ |
| ৩। | ক্ষেত্রিময়ুম দোরেন | লুপা ২২২-০০ |
| ৪। | পুখ্রম্বম সনাজাও | লুপা ২১০-০০ |
| ৫। | মোইরাংথেম রন্ধোনি | লুপা ১৫০-০০ |
| ৬। | ডাঃ মোইরাংথেম রাজেন | লুপা ১০৫-০০ |
| ৭। | নাওরেম সনাতোম্বা | লুপা ১০০-০০ |
| ৮। | যুম্নাম খম্বা | লুপা ৫০-০০ |
| ৯। | ওক্রম থোইবা | লুপা ৫০-০০ |

---

অইবগী ফোংথ্রবা লাইরিকশিং :

১। ককচিংগী থরদং ১৯৭৫
২। শেঙ্গাও যাত্রা অহানবা শরুক ১৯৭৮
৩। শেঙ্গাও যাত্রা অনিশুবা শরুক ১৯৮৪
৪। শেঙ্গাও যাত্রা অহুমশুবা শরুক ১৯৯৫
৫। মৈত্রবাকী মুক্তা ১৯৯৬
৬। ভমু পোরোম অমদি ঙারিন ১৯৯৮
৭। পোম্বীখোক চাইরেন থৈচংপুড ১৯৯৯

অইবগী ফোংত্রিবা লাইরিকশিং :

১। থম্মাংবা অমদি ককচিং
২। চন্দ্রমুখি ( শৈরেং )